বিজয় পাঞ্চালী।

# মণিপুর ইতিহাস।

লেখক:—

শ্রীমুতুয়া ঝুল্ল্যোনসিংহ।

# কৎচবা।

নোংচুপকী মডাল উৎপিতনা মৈতৈদু অনৌবা লম্বীদা চিংবিবা
অমসুং লাইবক চাওবদু মাচদা থৌগল তৌহনবিবগী
মতম কুইনা নিংসিংজবগী মমস্তা,
পাংজদবগী থৌরাংগী মহৈ,
"বিজয় পাঞ্চালী"
কৌবা লাইরিক মচা অসি,
মহাক চাওরবা মৈদিদু য়াইফরেন য়াইফবা
মহারাজ সার চূড়াচান্দসিংহ কে, সি, এস, আই, সি, বি, ই,
ভক্তরাজবি, শ্রীকৃষ্ণসেবা বিনোদ,
ঙয়েন লাংজন ফাংগী
তোল্লবা থৌরাংনা থমজবিবা নিংথিনা মাথুম্বা
পানজবা রাজভক্তিগা লোইননা
হাপচরি।

# বাহোদোক।

ঐহাক্না চহি ১২ হোন নিক্ত তুমহন্দুনা ঐখোই নৈহৈ ঙাংবী থোরকপা অমসুং ঐখোয়গী ইরৈপাক্কী পানবা নিংথৌ পারে অসি চাওখাক্না থংননবা হায়দুনা ইতিহাসগী মখল লাইরিক অসি ইরে। লাইরিক অসি হৌজিক খালগী চানবি নতিক নাবা ইতিহাসশি থোক্লে। লৈখরকপু মীংরু-পাক মখোনা চবনুমি ঐখোয় নৈহৈত ইশানা ইবনা থবা হেক্না যগদা হায়দুনা থনহৈ। মমাংহৈদগী নিংথৌরোন মথং মথং লেনবকলিবা নিংথৌরোন ইবা বিজয় পঞ্চালী হৌবা লাইরিক অদুগী মনিং লৌদুনা ঐনা ইজদিবা লাইরিক অসিমু বিজয় পঞ্চালী হায়না থোনজরে।— শ্রীযুক্ত অতোম্বাপু দেব শর্মা বিদ্যারত্ন হিষ্টরিকেল সোসাইটিগী সেক্রেটরীনা ইত্তে পাংবিদুনা লাইরিক অসি মী খুদিংগী কাওদনবা ইংশোক্ত ১৯০৪ গী সেপ্টেম্বর থাদা ললিত মঞ্জরী পত্রিকাগা যোংজরে। ঐনা ইজদিবা লাইরিক অসিনা ঐখোয়গী লৈপাক্কী ইতিহাস অমা হৌইমদা হায়না থাইনা থনবিববদি নোমজরকপগী মহৈ য়াম্লে হায়না থনজগনি অমসুং সুভাইজগনি।

শ্রীমুতুম ঝুলনসিংহ
ইম্ফাল।

# পন্দুপকী লৈফম।

## ( সূচীপত্র )

## BIJOY PUNCHALI

# HISTORY OF MANIPUR

*Approved by the Historical Society of Manipur.*



---

by

Mutum Jhulon Singh

Brahmapur Chungkham Leikai

Imphal ( Manipur State ).

| | | | |
|---|---|---|---|
| ৪৫। কোংয়াম্বা ( কীর্ত্তিচন্দ্রসিংহ ) | শকাব্দ | ১২০৭ |
| ৪৬। ভেলহৈবা ( সুদর্শনসিংহ ) | ,, | ১২২২ |
| ৪৭। তবুংবা ( জ্ঞানদাতাসিংহ ) | ,, | ১২০১ |
| ৪৮। পুনসিবা ( চন্দ্রহাসসিংহ ) | ,, | ১২৭৬ |
| ৪৯। নিংথৌখোম্বা ( শ্রীপতিসিংহ ) | ,, | ১৩১১ |
| ৫০। ক্যাম্বা ( চিন্তামণিসিংহ ) | ,, | ১৩২৬ |
| ৫১। কোইরেনবা ( মুক্তাবলিসিংহ ) | ,, | ১৪৩০ |
| ৫২। লম্বাই চম্বা ( গায়চন্দ্রসিংহ ) | ,, | ১৪৩৫ |
| ৫৩। নোংইন ফাবা | ,, | ১৪৪৬ |
| ৫৪। কগেম্বা | ,, | ১৪৪৭ |
| ৫৫। কহোংজাম্বা ( মাধবসিংহ ) | ,, | ১৪৬৫ |
| ৫৬। চালাম্বা ( রিপুসিংহ ) | ,, | ১৪৬৮ |
| ৫৭। মুংযাম্বা ( কেবলকৃষ্ণসিংহ ) | ,, | ১৪৮৬ |
| ৫৮। খাগেম্বা ( খোগিন্দ্রসিংহ ) | ,, | ১৫২০ |
| ৫৯। খুন্দাওবা ( শেতাম্বরসিংহ ) | ,, | ১৫৭৪ |
| ৬০। পাইখোম্বা ( পাইকিন্দ্রসিংহ ) | ,, | ১৫৮৮ |
| ৬১। চরাইরোংবা ( পিতাম্বরসিংহ ) | ,, | ১৬১৯ |
| ৬২। গরীবনিবাজ ( গোপালসিংহ ) | ,, | ১৬৩১ |
| ৬৩। খাগী লাম্বা ( চিংথাই ) | ,, | ১৬৭০ |
| ৬৪। চিংথোই তানবা ( ভরতশাহ ) | ,, | ১৬৭? |
| ৬৫। মোরাম্বা ( গৌরশ্যাম ) | ,, | ১৬৭৫ |
| ৬৬। চিংথংখোম্বা ( নাওজিংংসেন নোংত্রেনখোম্বা ; কার্ত্তা, ভাগ্যচন্দ্র, জয়সিং ) (১) | ,, | ১৬৮১ |
| ৬৭। লোইরেনখোম্বা ( লাবন্যচন্দ্রসিংহ | ,, | ১৭২০ |

৬৮। হঞ্জেন খোম্বা ( বুধচন্দ্র সিংহ ) শকাব্দ ১৭২২
৬৯। ভালক য়াইরেং পামহৈবা (চৌরজিৎসিংহ) " ১৭২৫
৭০। নোংপোক য়াইরোং পামহৈবা (মারজিংসিংহ) " ১৭৩৫
৭১। জয়সিংহ (২) —
৭২। যচসিংহ
৭৩। রাঘবসিংহ
৭৪। ভদ্রসিংহ (খাবা) নোংচুপ লমথাই ঙম্বা
৭৫। চিংলেন নোংঙ্গ্রেন খোম্বা (গম্ভীরসিংহ) " ১৭৪৭
৭৬। নৈরেন নোংলেন খোম্বা ( নরসিংহ ) " ১৭৬৫
৭৭। মনিক নোংলেন খোম্বা ( দেবেন্দ্র সিংহ ) " ১৭৭১
৭৮। নাওজিংলেন নোংগ্রেন খোম্বা (চন্দ্র কীর্ত্তি) " ১৭৭২
৭৯। চিংলেন লাম্বংবা ( সুরচন্দ্রসিংহ ) " ১৮০৮
৮০। কুলচন্দ্রসিংহ ১৮১২
৮১। হুয়েন লাংজন ঙাবা ( চূড়াচান্দসিংহ ) " ১৮১৩

শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউ খুরম্বা ( রচনা )

মমাংহৈদগী হৌনা হৌজিক ঙাওবা চৎনরিবা থাজায়
খোংবদা হাপ্লিবা অরোয়বা সালামী।

তাইবংপানবগী নপু, শ্রীগোবিন্দ নংগী খুরাদা
মৈতৈ নিংথৌ ঐনা হায়জরে।১।
নৈপাক গুমমক লোয়ননা নংগী সেথাবু তৌজবনে,
নংগী দমকনি পেনবিয় হায়না খুরুমজৈ।২।

মণিপুর লৈপাক অসি সমুদ্র ইথায় থকপগি কুট ২৮৬৭ ব্রাংনা লৈ।

চিংগী অরাংবা।

১। কৌব্রুচিং —কুট—৮৪০২ 1st

২। নোংমইচিং— „ ৫১৮৫ 4th

৩। থাঙ্গাচিং— „ ২৭৬২- 5th

৪। লাইমতোনচিং „ ৫২৭০ 3rd

৫। মাওচিং „ ৫৭৬২ 2nd

মণিপুরদা লৈবা মাং পুম্নমক্কী মপুনবা মীশিং ৪,৪৫,৬০৬নি।

লাইব্রিক অসি থিবা হৌরকপা ইংশোক ১৯২১ দগী; অরোয়বা ইংশোক ১৯৩৭ শুবদা।

# মণিপুরগী লমথৈ।

শ্রীযুক্ত ক্যাম্বাসিংহ মহারাজগী মা হাক্তকগীনা শ্রীযুক্ত গম্ভীরসিংহ মহারাজগী মাহাক্তক কাওবা লৈরম্বা লমথৈ। মখা লোমদা ইম্ফাল কোন্নুংগী শুগ্নু চিংখোং য়োবা মাইল ৫২ রোম লাপনৈ। ইম্ফাল কোন্নুংদগীনা চিংনুংহুং য়োবা ফাওবা অসি মাইল ১৭৫ রোম লাপনৈ। মুরাংলোমদা ইম্ফাল কোন্নুং-দগীনা চিংগা মাইল ১৫।৹ রোম লাপনৈ। ইম্ফাল কোন্নুং-দগীনা মোরানচিং লমথৈ ফাওবদা মাইল ২১৫ রোম লাপনৈ। লোকচুপ্পা ইম্ফাল কোন্নুংদগীনা চিং ফাওবদা ১৪ রোম লাপনৈ। ইম্ফালদগী বদরপুরগী লৈতোং (টিলাইল চিং) য়োবদা মাইল ১৪২ রোম লাপনৈ। নোংপোকারোমদা ইম্ফাল কোন্নুংদগীনা মাইল ১৯ লাপনা চিংখোং লৈ।৹ ইম্ফাল কোন্নুংদগীনা লোইজরী চিংশাং হৈনৌ খোংনেম্বা ফাওবা অসি মাইল ১৩৮ রোম লপনৈ।

মণিপুর মতুংদগী অকোইবা চৎলিবা লম্বী।

মোইরাংগী চিটাগোং সমুদ্র মপাল য়োবা লম্বী অমা।

বিষ্ণুপুরদগী বদরপুর য়োবা লম্বী অমা।

কাংচুপ্তগী বদরপুর য়োবা লম্বী অমা।

শেকমাইদগীনা ডিমাপুর য়োবা লম্বী অমা।

য়াইঙাঙপোকপীদগী উখ্রুল লম্বি ফাওহনা নিশমি য়োবা লম্বি অমা।

চন্দ্রখোং নিঙেন্দগী চসাং লান্দুনা কমখি য়োবা লম্বি অমা।

থৈবোংখোং চুরাচাঁদপুর পোকপী ফাওহনা [illegible] চিংশাং হৈনৌ খোংনেম্বা য়োবা অমা।

[illegible] ফাওহনা সিংঙ্গি ভুবেল য়োবা লম্বি অমা।

[illegible] চিংনুংহুং য়োবা লম্বী অমা।

# পন্দুপ অহানবা।

## মহাদেবনা অহানবা পোক্লৈরঁ তাবা।

### থুংঙোকপা রারি।

——:(*):——

মণিপুর অসি ভারতকী নোংপোক থংবা শরুক্তা লৈ। ব্রহ্মাদেশকী নোংচুপ্তা, আসাম হৌরবা দেশকী মথাদা অমসুং খাসন্দ্র মখাদা লৈবা চিনা কোংশিনবা তম্পাক অমনি। হৌখিবা হানবদা শিবনা নীলকণ্ঠ গিরি (নোংমাইজিংদা) দা খুল তায়। খুল তাখিবা মফম অদু হৌজিক সংগাই যুম্ফম হায়না খংনরি। মরম অসিদগী শিববু পোইরৈবা অহানবা হায়না খংনে। শিবনা মণিপুরদা খুল তারকপসি অমুক্তা নত্তে, অহুমলকনি।

খুন্দা অনি শুরকপদা মহাদেবনা ভুবনেশ্বর গিরি (হৈবোকচিং) দা। অমসুং দেবীগা লোইননা লৈরে। মণিপুরগী মীশিংনা "নীলাচল পর্ব্বতে কামাখ্যা" হায়বা রাহে অসি হায়রকনা খুরুম্নরম্মি। মতম অদুদা শিবনা শনজিং [illegible]

(সপ্ত শৃঙ্গ) দগী চয়োল তরেৎ কৌতুনা খুল তাহল্লি। মণিপুর অসি দেবীগী থৃাং তাকমনি হায়গনা অহানবদা মেখলে দেশ হায়না কৌরম্মি। মতম অসিদদি শিবগী মিংদগী লৌতুনা শিবনগর থোনখি। শিববু অশিগা হায়না কৌরম্মি, অতুগা পোইরৈ তাদগী লৌতুনা পোইরৈতোন হায়নগ্ন থংনরম্মি। (অতুগা কোম্থোবা রাজগী হাক্তুতা চহি মতা লৈপাক কাঙ্গবা মতমদা নোংচুপলোমগী নিপা অমা লাকখিবা অতুবুসু পোইরৈতোন হায়না মমিং চৎলি)।

চয়োল তরেৎগী মৈতৈ কৌই। মৈতৈগা পোইরৈতোন (মহাদেব) গা খুন তামিন্নে হায়তুনা মফম অসিবু মৈতৈ-পোইরৈ লৈপাক হায়না থংনখি।

মহাদেবগী খুন্দা অঙমশুবদি কৌমাব পর্ব্বত (কৌব্রুচিং) দনি। মতম অসিদা মহাদেবনা মহারাস শান্নবি অমসু লৈপাক অসিগী মমিং মণিপুর থোনখি।

মহাদেবনা গণেশক্তা লিখিবা লৈশেম মংশেম্নগী ৱারি (লৈথক লৈখারোন পুরাণ) অতিয়া গুরু শিদবদগী কোনন কৌবা নিপা অমা চোংথোরকই। পোকলগা শিবা অসি শেম্মু হায়তুনা গুরুনা কৌদিন্দা শিন্থা পিবে। কৌদিম্মা অহানবদা হংজাই তরেং "অমসু" য়োং তয়েৎ শেমতুনা অতিয়া গুরু শিদবদা উংলি। মাতু উবদা গুরুনা পুক্নিং চাদে হায়তুনা য়াদরে। অতুদগী গুরুনা লেপাশংলগা তাখিবা মি (ছায়া অতুগা) চপ মাননা শেম্মু হায়না তাকপিরে। গুরুগী খুথ মতুং ইন্না কৌদিম্মা "শেম্ম" অতুগা মথন্নাই হায়দি তমদরে। উবদা গুরুনা মথন্নাইদি 'ঐ' হাপকে হাইদুনা গুরুনা মথন্না

হাপ্পিরে। মতৌ অস্মুম্না মী হায়বসি শেমখি। থৱাই অতুবু ঈশ্বরদগী পৌথুন্না স্বর হায়না খোল্লে! হংঙোই তরেং অতুবুনা ঈশিংদা, য়োং তরেং অতুবুনা চিংদা অমস্যুং মীবুনা তম্পাক্তা থমখ্রে। হায়রিবা মী যোং অমস্যুং হংঙোই অহুম তসিদগী পোকপা অমস্যুং শিবা হায়বতু ওইখি।

অতিয়া গুরু শিদবনা হুমিৎকা থাগা অনি অসি মীগী মূর্ত্তি ওইনা পুথোকলে। হুমিংপুনা কোঞ্জিন তুথোকপা অমস্যুং থাবুনা আশিবা হায়না মিংথোল্লে।

অতুদগী বরাহদেবনা পৃথিবী অসি তুম্বক তুম্না পুথোকলে। মনাতোনগী স্বৰনা কাম্বদা পৃথিবীতুনা ফাওতুনা চোখি; অহোবা অতুদগী বরাহগুরু ফাওগৎলকই অমস্যুং অমস্যু থুম্রিক থুনা অতুদগী গুরুনা খোরকখি হায়তুনা মফম অতুদগী মমিং খুবাক হায়না থোনখি অতুদগী গুরুনা রাংনা লেপখৎতুনা মী কদোমদা লৈবগে হায়তুনা অহানবা যেংখিবদা থৈখিবা (থমখিরা) লম অতুবু রাংথে কৌখি। অতুদগা খাই ময়ামনা লৈবা মফমদা চোংতক্তুনা তরৈ অমস্যুং খাইগী মরক্তা তারৈ হায়তুনা তারবা মফম অত থাই কৌখি। মীয়াম্না গুরুনি হায়বা খংঙতুনা মতম কুইনা লেংদনা লৈনবগীদমক হীজমখ্রাইচম পাংতা পুরক্তুনা থাদরৈ, মরম অতুদগী মফম অতুবু খ্রাইখুল কৌখি।

গুরুনা চোংথোকখিবা মফম অতুদা লৈতোংগুম্না তোংতক তোবা অমা লৈহোবা অতুবু কুরুমচিং কৌখরে। অথুবা অহোবা [illegible] ওইনা লৈখি।

[illegible]য়া, গুরুশিদবনা, হুমিৎথা অনিবু কৌরকই, অনি

অসিবু কৌবদা চয়োলগী গুরু তরেৎ পুল্লপনা থু ডরে। মখোই তরেৎ অসিনা গুরু শিদবদা মীওইনা পোকচগে হায়তুনা বর নিরে অমসুং গুরুনা মখোইনা নিজরিবা বর অতু পিবিখি।

ইবুধৌপুরেল অককপা (গোত্র আদিপুরুষ) য়েক (শলাই শগেক পুবাগ) লাইরেম্বী তরেৎখক অতয়া গুরু শিদবগী মতুং ইল্লকই; মখোইগা মসিংদি অসিনি— লৈরাং লৈরাংবী, লইরবী (মাহেম্মু)। থোইনুং, তোনথাংম্বু, চেনুলৈনা, থবো-লেগী অমসুং খমজিকন্ত কৌই।

লাইরেবীনা নোংমাইজিংবু (নোংলুম থাবু) কোন্দুনা কুপাত্রেং পোকই, লৈরেং লৈবাংবীনা নিংথৌকাবাবু (নুমিৎপু) কোন্দুনা শেন্থে পোকই, থোইনুংনা ইরোইমকেক পানবা লাই লৈপাক-পোকপাবু কোন্দুনা পাম্মরিংগী পোকই, তোনথাংম্বুনা শমুমকেক পানবা লাই য়ুমশকৈশবু কোন্দুনা লৈশংতাও পোকই, চেনু লৈনা শাজংকোক পানবা লাই শংগানশেনবু কোন্দুনা কোন-শৌরেম পোকই অতগা থবোলেগী অমসুং খমজিকন্তনা কৈ মকোকপানবা লাই ইরাই থংজবু কোন্দুনা অশংবা অমসুং তুম্বা ঙানবা পোকই। অসুম তৌনা অতিয়াগুরু শিদবগী বরদগী চয়োলগী গুরু তরেৎ অসি মীওইবগী মপোক্তা শায়োনখি। মখোইগী পোকনফম লমদমশিং অতু হুজক ফাওবা তীর্থগী মশক ওইনা লেরি। কুপাত্রেংনা কোংবা মৈবোম্বা (কোংমরু) দা শেন্থেনা বিন্দু সরোবর (খুজেং) দা, পাম্মরিংবানা লম্ফেল (শঙ্গাই য়ুম্ফম) দা, লৈশংতাওনা পুমলেন্দা, কোনশৌরেম্না করাংচিংলক্তা, অশংবনা তক্-নখাদা অমসুং তুমা ঙানবনা লৈশাংখোং (লৈতাংলাইরম) দা পোকই। মখোই অরেৎ অসিবু

শপ্পাই (পরবর) কৌই ; অর্থদি শন্দোক্লপা লাই, হায়বদি মচা মশু শুথাংনচিংবা মীপোক মথং মথং শন্দোরক্লিবা অসিগী মক্ল ওইবা লাইবু মখোইনি হায়বগনি। য়েক ভরেংকী মীংথোল রারি (পক্ষি) অতিয়া গুরু সিদবনা মপাবু অমদি গুরুবু মশক খংব্রা য়েংগে হায়দুনা শল অশিবা ওইনা বিজয়া নদী (তুরেল অচৌব) দা তাওখরবই। মাদু উবদা কুপত্রেংনা শল অপুম্বন তুক্কচৈ হায়রে ; তদুদা শেন্ত্রেংনা শল অপুম্বা ওইরমদবসু য়ায়, বরিহথা লাইগী মায়াসু ওইবা য়ায় হায়না খুম্মকই। অসুম হায়দুনসু মখোই অনি ভহাক য়েংনরে। অদু-দগী কুপত্রেনা মায়া ওইববদি মতৌকরম্মা খংবা য়াগদরে হায়রনা হংভকই। মাদুগী লৌশিংগি ঐনা তৌগনি হায়দুনা শেন্ত্রেংনা তাওরিপা শল অলোমদা চংশিল্লগা শল অশিবনবু মমৈ হাইবা হৌনদে হায়না হায়রকই। মাদু ভাবদা গুরুনা মমৈ তাইত্তা হাহখ্রবোহ নিংদুনা, খংখ্রবদি নিংথিনা খংহল্লগে হায়বগী মতৌগুন মমৈ তাইরকই। মাদু উবদা কুপত্রেং শেন্ত্রেং অনিনা গুরুনি হায়বা খংলদুনা কংফান্দা চিংশংলে। গুরুনা মৃত্তি ওইনা চোংথোরক্লুনা শেন্ত্রেংদা হায়রকই। "নহাকতি নপা অমাদ গুরু মশক নিংথিনা খংই, অদুনা নংগী নমিংদি পা-শংবা (পাশংবা) বৌজরো।" মতম অদুদগী হৌনা শেন্ত্রে বু পাখংবা হায়না কৌনাখ। কুপত্রেংবুনা সনা অহিংবা মচুমাল্লি চায়দুনা সনামচি হায়না খংনখি।

গুরুনা ওইরিবা শল অশিবা অদু য়েক ভরেংনা যক্তপী চাম পিনবগীদমক য়েন্নখি। মানা মানা ফংবা শরুকং অদুদগী বৌদুনা মখোইগী য়েক মমিং থোনখিখ মাদুদি

ঙৌনা তাংবা থৌরি লৌই হায়তুনা কুপত্রেংগী য়েক মমিং অঙোম থোনখি; মরম অসিদগী লুজিক যাওবা অঙোমনা দোলাই অঙৌবা, পে অঙৌহনচিংবা শিজিন্নরি! শেংত্রেংনা নিংথিজবা মিং লৌখিবা মরম্না মাগী য়েক নিংথৌজা থোনখি; পাম্মরিংবনা লরাইলেম্ফু লৌখিবদগী লুরাং, লৈশংতাওনা থুমাং লৌবদগী থুমন, কোনশৌরেম্না মৈকুপকমগী মখাথংদা মরিং মরিং লাংবা শরুক অদু লৌবদগী মোইরাং অমসুং অশংবাগী তুমা ঙানবগনা চেংদৌ (মাইথোং)গী মখা ওইনা লৈবা অঙাংবা থাম্মোই লৌথি হায়দুনা মখোই অনিগী য়েক মথংশিংনা চেংলৈ খাবা অমসুং ঙানবা থোনখি।

শক মউম অদুনা সরুং মপান্দা যৌই, মাদুদা বংই হায়দুনা মফম অদুবু কংলা কৌথি।

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | নোংমাইজিং— | কুপত্রেং— | অঙোম |
| ২। | নিংথৌকাবা— | শেংত্রেং— | নিংথৌজা |
| ৩। | লৈপাকপোকপা— | পাম্মরিংবা— | লুরাং |
| ৪। | য়ুমশকৈশা— | লৈশংতাও— | থুমন |
| ৫। | শগোনশেন— | কোনশৌরেন— | মোইরাং |
| ৬। | ইরাই— | অশংবা— | খাবা |
| ৭। | থাংজা— | তুমাঙানবা— | ঙানবা |

সনামহি অমসুং পাংবনা লৈপাক ঙাকপ—শুরু শিদবনা কুপত্রেং অমসুং শেংত্রেং অনিদা পৃথিবী কোঙবা হানবা অমদা নিংথৌগী থুফম পিগে হায়রে। মাহু হেক তাবদা সনাহল

(কুপরেং) না পৃথিবী কোইগনি হায়নুনা কংলাগী মখা পাংনা চংথখরে। পাখংবসু পৃথিবী কোইগে হায়রুনা থোরকপদা লৈমরেন শিদবীনা গুরুগী ফানখোং তরেংলক কোইরবদি পৃথিবী কোইবগা মান্নবনি হায়না তাবপিরে। পাখংবনা ফানখোং কোইবা লোসরগা গুরুদা থুরমই। গুরুনা পৃথিবী কোই-রুরব্রা হায়রুনা হংলবই; মাদা পাখংবনা ইমা লৈমরেন শিদবীনা তাকপিবা মতুংইন্না ফানখোং তরেংলক কোইজরে হায়রুনা খুম্মি। মতু তাবদা গুরুনা চুম্মি হায়রুনা পাখংবদা নিংথৌগী থুকম পিরিরে।

পাখংবনা নিংথৌ হেক ওইবা মতম তসিদা সনামহিসু মহাক্না লৈপাক কোইবা হৌখিবদা চিংগুনা থমম্বা লৈই অতুগা লৈপ ক কোইরুবা হন্নরুনা থুংরে। মফম অসবু গুজিক ফাওবা লমদাইবুং হায়না হংরি। সনামহিনা নিংথৌ ওইরগনি হায়রুনা কংলা তান্না লাকপদা পাখংবনা ফম্বাল তোংরুনা লৈরমলে। মতু উবদা শাওরুনা লাংগী খোরং তৌরে। পাখংবনা কির-তুনা লাইরেম্বীশিংগা রাত্তন্নরে। লাইরেম্বী শংনা পাখংববু বন-বিগন হায়রুনা খুজেং পায়নহুনা ঔগ্রি হঙেল চোংলক্লে। লাইরেম্বী তরেং অসিনা কয়েন্নবা পাউরৌনা ঈশে ওইনা শকলকই।

(১) কে ক্রেক্ কেক্ মোঃ মো,
য়াঙ্গাই শম্বা শ্যাও শ্যাও,
তোকপগা কাম্বগা, কৈগা য়েনগা,
য়েনখোং ফত্তে চাশিল্লো
লাইগী য়েন্নি চাফদে।

মাসিগী অর্থদি—লমকোইববু য়াঙ্গোইবা কৌই; য়াঙ্গোই শম্বা হায়বদি পৃথিবী শম্না কোঙ্গক্লরবা হায়না সনামহিবু কৌথুনা শাও শাও হায়রবদি তপখৌ তপথৌ হায়বনি। পাখংবনা তোকপনি. সনামহিনা কাপ্পনি অমুকস্সু পাখংবনা য়েননি. সনামহিনা কৈনি; লাম্বচাদে তপখৌ। য়েনদি ওই-রগা থাইগী য়েনদোনা কে ক্রেক্ কেক্ হায়দুনা খোংচগত্তা তোক্কে, নোং মোপ্পু হায়। য়েনখোং ফাও হায়বদি অসিনি। তাবদা সুংশিদবা মখোনি, সুংশিদে চাথোকলো হায়রবস্সু লাইগী য়েননিনা চাফদে হায়বনি।

মফুংগী অর্থদি—পাখংবা অসি সনামহিগীদি মনাওনি, ময়েতীদি সনামহিনা নিংথৌ কইফম থোক্লবস্সু গুরুনদি মহাকপু হাপলমলবনিনা শাওথুনা কান্নদে, পাখংববু হাংকে খৌবাংডি-বদো অরেম্বনি—অসিনি

(২) শং শংদ্রো শংদ্রোবিনে শংদ্রো ভাই,
ব্রাইনৌশে ব্রাইনৌশে চরাগাংমৈ ব্রাইনৌশে।

অর্থ—অঙানবা পরেং অসি করেম্নবা ব্রৈ ওইবগী পংহায় হায়জিনবনি, ভাবতি অসিনি ইশং শংথ্রবা (ইশং শংনা হৌরিবা) চরলাংমৈ (চরোট্ লাংনচিংবা অসিগা) ব্রাইনৌশে (শল ব্রাইনবগুম ব্রাইনো)।

মফুংগী অর্থদি—শলদাবা অঙাওবনা মমাম্নবগদি ব্রাইনদ্রুনা চরোট্ লাংনচিংবা নাপি-শিংনা মরক্তা ব্রাইশিন্দুনা তেকপা মতৌ অহুগুম্না লহাকপু ইশং শংনা হৌরিবা নাপি মরক অঙদা ধমকা তৌদুনা তোকলমগদবনি, পাখংববুদি কদৌঙৈদস্সু হাংপা য়াররোই।

মতৌ অমুম্মা পাথংববু লাইরেম্বশিংনা কোইশিল্লুনা থমখ্রবা অতুনা সনামহিনা করিস্থু তৌবা ঙমদ্রে। অতুগা অশাওবগী মৈনদি অমুম হোঞ্জল্লকুনা লৈমায়দা খোংবি মৈশিন্দুনা পৃথী মাংহল্লগে হায়না থৌরাংলক্লে। তৌরিবা মতৌ অসি উরহনা গুরু শিদবনা চোংথোরক্লুনা থাম্নরে অমস্থুং নখোই অনি চহি ১২। ১২ শিল্লা শিগ্না লৈপাক ঙাকনৌ হায়না তাকপিরে; অতুগা ফম্বান তোংবদ পাথংবনা হানখ্রবনিনা সনামহিবুদি য়ুম খুদিংগী নিংথৌ ওইজৌ তাকপিরে অতুগা লৈমরেন শিদবীবুস্থু সনামহিগা লোইননা য়ুম খুদিংদা লৈগদবনি হায়তুনা শিল্লাবিরে। মৈ, ইশিং, নুংশিং ( ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর ) অমস্থুং য়েক তরেৎকী নিংথৌ লৈপাক অসিদা ব্রাংনা পানবা য়াদে হায়না তাকপিরে; অতুগা গুরুগী শাদোং ভাওরোইনাই (নাগরাজ আনন্ত) বু থনম্নগা অমস্থুং হৌজিক্কি নফম নফমদা অতম্মক লৈথো, হয়েং কলিদগী হৌতুনা লৈপাক ঙাকদবনি হায়রম্নগা গুরুদ অতুম্মক থুপখরে।

গুরুনা চোংশিবা মফম অতুদা সনা অতিংবা মচু মামবা মরিক মারকপা মতুম অমা তাহৌই। মাতুবু লৈমরেন শিদবীনা বিষ্ণু হায়বা অতনি হায়না সনামহি অমস্থুং পাথংবা আনদা তাকাপতুনা লাংতুনা থমখি। মহাদেবনা মমাই মঙা পানবা মূত্তি লৌতুনা বকদণ্ড বন ( মহাবলী উমং ) দা লৈখি; অতুগা শায়োন অমনা নোংলুম নুংনাওবী ওইনা নীলকণ্ঠ গিরি (নোংমাইজিং) দা তাখি। নুমিৎনা মৈবিয়ায় ওইনা চোংথোক্লনা কংলাদা লৈখি। মতৌ অমুম্মা লৈশেম নুংশেমতৌদগী সৃষ্টি, পালন অমস্থুং সংহারগী লাই অতুম অসি লাংনরকলি। মৈ,

ইশিং, নুংশিৎ ( ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর ) হায়বস্সু মখোইনি।




তাইবংমী – তাওরোইনাইদগী "তাও" বংশদগী "বং" অমস্যুং গুরুগী মমিদগী "মী" হায়বা অহুম অসি পুনশিন্নগা তাইবংমী হায়বা য়াহৈ অসি থোকখি। ( রাজ তরঙ্গীনিদা ইবা মন্নুদগী মান্নুষ ওইখিবগুম্বনি )

# পন্দুপ অনিশুবা।

## মহাদেবনা মণিপুরদা পোইরৈতাবা।

পোইরৈতা অহানবা—মণিপুর অসি অহানবদা দেবীগী থাং তাফমনি হায়তুনা মেখলে দেশ কৌরমই। মমাংঙৈদা ভষ্মাসুর হিংচাবনা তাঃরকলবদা মহাদেবনা কামখ্যা দেবীনা লৈবা মেখলে দেশ অসিদা চেল্লকই অমসুং চিংগী সুরুং মনুংদা চংতুনা লোৎপি। শ্রীকৃষ্ণনা লেংঙক্কুনা হিংচাবা অতুবু মাংহল্লি শ্রীকৃষ্ণনা মহাদেববু থোকলকউ হায়না য়াথং পিরৱদা মহাদেবনা কিরতনা য়াদ্রে। মমৈদা শ্রী কৃষ্ণনি হায়বা থাংগৈ শেংনা খংলবদা থোক্লক্কুনা উনখি; শ্রীকৃষ্ণনা মোহিনীরূপ সুরুং মপান্দা পুথোকখি। মরম অসিদগী চিং অতুগী মমিং বিন্দগিরি (নোংমাইজিং) কৌখি। শিব কবচ পুরান্দা মণিপুরের মহারুদ্র ঝারিখণ্ড মহাবাহু হায়রসি মরম অসিদগীনি।

মহাদেবনি চিং অতুদা অতুম্মক খুন্দাংহৌরে অমসুং চিং অসি মহাদেবগী মিংদগী লৌতনা নীলকণ্ঠ গিরি হায়নসু কৌখি।

মহাদেবনা নোংমাইজিং (নীলকণ্ঠ গিরি) দা অহানবা খুন্দারকপা অসিদা মৈ হৌগত্তুনা শিজিন্নবা তম্বিরমই। মতম অসিবু পুরান্দা মৈহোরোন হায়না খংনৈ। অহানবা হৌগৎপিরম্বা মৈ অতু হুজিক ফাওবা মুত্তনা অম্রোগী উমংলাই পনম নিংথৌগী মফমদা লৈরি। অসিদসু নত্তনা লৌ ইংখোল কোইবসু হৌদোকপিরমই। চহাও জাং অমা পুরক্কুনা লিংবিরমই, মাতুবু পোইরৈতোন (মহাদেব) না পুরকপা চহাওনি হায়তুনা হুজিক ফাওবা চহাও পোইরৈতোন হায়না খংনরি।

বৈদিক অমসুং তান্ত্রিক ধর্ম্ম হৌদোক্নুনা চৎহনলম্মি। "ওঁ গুরু" হায়না খুরুম্নসি মহাদেবনা মতম অসিদা তম্বিরমই।

পোইরৈতা অনিশুবা — কামখ্যা দেবীগী খুবম লৈবা স্থিরাচল গিরি ( চিঙ্খোং ) মনাক্তা নোংপোকপাংনা লৈবা ভগ্নেশ্বর গিরি ( কৈবোক চিং ) দা হবেম্মগা লোয়ননা শিবনা খুন্দারে। মরম অসিদগী মণিপুরগী মীশিংনা "বিন্দ পৰ্ব্বতে কামখ্যা" হায়না খুরুম্মরম্মি। অতিয়াগুরুশিদবগী য়াথং মতুংইন্না সপ্তশৃঙ্গ শনজিং মতোন তারেং ফাংবদা থুপ্নুনা লৈরম্বা য়েক তারেংকী ক্ষেত্রি তারেং অমসুং লাইহেম্বী ময়ামস্তু কৌশহনা খুন্দাহল্লে। হৈপোক চিংদা লৈরম্বা শিবগী শঙ্গাই অমসু কাৰ্ত্তিক গণেশ অনিনা থোং ডাকখি। য়ুমশা কৈশা, পুং ইশৈ তৌবা, লাইলাংপা, হারনাম শোনবনচিংবা মীপুম্নমক্তা তম্মিখি। অকোইবা চিংগী কিরাট্-শিংবুসু 'হরি হে' শেল্লু হায়না তম্বখি। মথোইনা হরি হে হায়না শোল্লম্বদগী লোল থৈথরক্নুনা "হৌ — হে —" হায়না হাজক ফাওবা শোল্লি।

পোইরৈতা অহুমশুবা — শ্রীকৃষ্ণনা বৃন্দাবন্দা মহারাস শান্নে। গোপেশ্বরনা দেবীগা লোইননা রাস অমসু ডাকই ইশৈ তারগা মশক উদবা অমুদা দেবান য়াম্না থৌরাংলহুনা অমুক্তা উজগে হায়রনা তকই। মহাদেবনা য়াত্রবা অমুদা অসিগুম্বা অমতং শান্নহনবিয়ু হায়না বর নিজে। মাদুদা মহাদেবনা য়ারহুনা শান্নফম অসুম থল্লকপদা মণিপুরগী রা থংনিংনিংশিং-লকই। মতৌ অসুম্না মণিপুরদা রাস শান্নগনি হায়রুনা মহাদেব লেংওকলে। অহানবদা কৌমার পৰ্ব্বত ( অরাং কৌব্রু চিং ) দা থুংলে। মরম অসিদগী মহাদেববু অসুম হায়না খুরুমযরি

"অৱাং কৌব্রু অম্পা লোইনাই খুন্তা অহানবা
চারিক মপাল থাবিবা নোংথৌ মউ লিংবিবা।"

মাসিগী অর্থদি—অৱাং কৌব্রুচিংগা (কৌমার পর্ব্বতকা) তম্পাক্কা আনমক শুম্নগী মথক্তা লোয়ঙনগা নাইঙনগা লোয়ননা পোইরে চিংদা (নোংমাইজিংদা) খুন্দাবা ইহান হানবা মহাদেব ইবুংঙো।

শনরিকপু চারিক কৌই, য়েক তরেত্তা শলাই তরেত্তা পোকপা মীশিং অদুনা চারিক অদুগী মশক ওইবা, চারিক অদুনা মহৈ ওইনা য়ানবা উপাল্দবু চারিক মপাল কৌই। ক্ষাত্র তরেংনা (অযত তরেৎনা) চারিক মপাল অদুগী মশক ওইবা মপাল (পান্থী) তরেংপু নোংথক্কগী (স্বর্গদগী হায়বদি শনজিং মতোন তরেৎ ফাংবদগী) পুথবিরক্লুনা মৈতৈ পোইরে লৈপাক্তা থাবিবা হে মহাদেব ইবুংঙো।

নোংথক্কী লৈবু নোংথৌ কৌই, য়েক তরেৎতা পোকপা মীনা নোংথক্কী লৈ অদুগী মশক ওইবা লৈ অদু শংপা লৈপানগী মউবু নোংথৌ মউ কৌই। ক্ষত্র তরেৎনা নোংথৌ মউ অদুগী মশক ওইবা মউ তরেংপু মৈতৈ পোইরে লৈপাক্তা লিংবিরম্বা হে মহাদেব ইবুংঙো নহাকপু খুরুমজরি।

টীকা—শনজিংগী মতোন তরেংপু নোংগী মখক্তা লৈ হায়দুনা মমাংলৈদা নোংথক কৌনরমই। মফম অসিদা উপালগা ক্ষত্রিয় তরেংকা, মহৈগা মখোই তরেংকা বংশদা পোকপ মীশিংগা পান্দমনরি। অমুকস্থু লৈগা শলাই তরেংকী বংশদা পোকপা মীশিংগা অমম্নং মউগা শলাই তরেংকা পান্দমনরি। লোয়নবা, শগোম্নবা অমম্নং শাগোম্নবা মনাইবু লোয়ইন কৌই অমম্নং চুম্নগী মনাইবু নাইইন কৌই।

মন্নুংগী অর্থদি— নোংথক্কগী ক্ষত্রি তারেং পুথবিরক্কুনা মৈতে পোইরৈ লৈপাক অসিদা ইহান হান্না খুন্দাহনবিরম্বা হে মহাদেব ইবুংঙো নহাকপু হন্না হন্না খুরুমজে।

মহাদেবনা কৌব্রুচিংদা লাকপা মতম অসিদা মণিপুর অসি চিং নিংথাইডুনা লৈমতাক, কারোং, থাইনচিংবদগী ঈশিং হাজিনডুনা ইরিরম্লে। মহাদেবনা নীলকণ্ঠগিরি তাম্না অমুক লেংই অমস্থুং মফম পুম্নমক ঈশিংঙাক্কা লৈবা উরবদা মথা মাইকৈদা অমুক লেংখিডুনা ত্রিশূলনা চিং থিনবাংলগা সনক্রু তন্না ইশিং চিথখি। চিং থিনবাংখিবা মফম অড়ু ভুজিক্তি চিংমুংভুৎ হায়রিবা অসিনি। মহাদেবনা চিংমুংহুক্তা লেংঙকপা মতম অসিদা মথা মাইকৈগী মীনা অস্থুম হায়নস্থু খুরুমনরি, মাতুদি—

"শেল্লোই তঙুপ পোইরৈ চিং,
সোজং চিংমুং পোক,
খোইযুম নোংপোক ভরিবা।"

অর্থ—নোংমাইজিংবু শেল্লোই তঙুপ পোইরৈচিং কৌই। মাতুগী মরমদি নিংথিজবা শংবান্নপা উ, উরিনচিংবগী উনানা লৈতেংলবা নোংমাইজিংনি। চিংথক্কী নিংথিজবা শংবান্নবা উনাথক অড়ুদা অহিংগী অরুবা লিক্লনা শিনবা থুংনা তায়। মাড়ুদা অয়ুক্তা থোকপা তানোবা ভাংভ্রাবা মুমিংকী তঙাং তঙাংবা মশেক্কা য়্যেবদা, চিংথক্কী অশংবা মচুগা মুমিংকী অঙাংবা মশেক্কা লিক্লাগী লিক্লাই মানবা ঙৌরুনবা মচুগা অহুম্মকনা তিম্মডুনা ইলংলংবা, ইঙান ঙানবা, তনিক তনিকপা অমস্থুং চুমথাং খনরগুম্বা নিংথিজবা মওং অমা চিংথক থুংনা

ফাওরকই। ফাওরকইবা মওং অদুবু শেল্লোই তগুপ কৌই। শেল্লোই তগুপ অদুগী মরওা পোইরৈতোন্না ঙৌরোক ঙৌবা লুপা অহিংবা মানবা মশা অদু ফন্দোক্লুনা চিংশা ওইনা নিংথিজনা ফমই হায়দুনা নোংমাইজিংবু শেল্লোই তগুপ পোইরৈ চিং কৌই। অসুম্না চিংদুং অদুদগী পোকপগুম্না নোংপোক্তা থুম্নাবা ইশান হানবা মতম কুইরবা ওরিবা হে মহাদেব ইবুংঙো নংবু খুরুমজে।

মতৌ অসুম্ন মৈতৈনা মহাদেববু খুরুম্বদা খুন্থোকপগী লায়-রোন অসি হায়দুনা হুজিক ফাওবা থাদোক্কনা খুরুমনরি।

মহাদেবনা চিং থিনবাক্তুনা ইশিং চিংথরবা অদুদগী ইফুংশিং-দগী থোরকপা ইশিং অদুদি কংহনবা ওমদ্রে। থরাই রারদুনা মহাদেবনা শ্রীকৃষ্ণ নিংলে। মাগী মতৌ অদু উবদা পেনাব-রদুনা বিষ্ণু লেংলক্লে। হাওরা লম্মাংদোংগী অচৌবা ইফুং অমা বিষ্ণুমক্তা মেনবিরে অমসুং মহাদেবগী রাস য়াওখিনি। হায়দুনা মফম অসিদা মতম থরা লংশিন্দুনা লৈখি। মরমঅসিদগী লম্মাংদোংবু বিষ্ণুপুর হায়নশু কৌনখি। অদুদগী বিষ্ণুগা লোয়-নরকপা মাইকৈ ঙাকপা লাই অমসুং অতোপ্পা লাইয়ামদা ইফুং পুন্নমক মেন্নবগীদমক বিষ্ণুনা য়াথং পিরে। বিষ্ণুগী য়াথং মতুং ইন্না লাইয়াম্না অতোপ অতোপ্পা মাইকৈদা ইফুং মেনবা চংনখি। নোংপোকলোমদা নোংপোক নিংথৌ (হাওবা শোরারেন, ইন্দ্র) অন্নাংলোমদা মারজিং (কুবের), থারোনদা রাংব্রেল (যমনিংথৌ), নোংচুপলোমদা খোরিফাবা (বরুণ), মৈরমদা ইরুম নিংথৌ (অগ্নি), মোইরাংলায়জিদা থাংজিং নৈরিদ (ঐশিনি কুমার), চিংখৈদা ইশান চিংখৈ নিংথৌ (মহাদেব)

কৌক্রুনায়ুজিদা ( লায়ু কোন ) লোযয়ালাকপা মাতৌ অস্থুম্না লেপলবা, কোংবাময়োম্বা থাঙ্গা চিং নিংথৌ আসনচিংবা লাই-য়ানবা মাইকৈ চায়না চৎনবনা ইফুং পুম্নমক মেনবা লোয়াখি। মতুংদা কংলানা ইগান হান্না কংঙ। অহানবা কংবা লৈমাইনি চাখতনা কলাগী অতোপ্পা মমিং অমা কংলৈ থোনখি।

ইফুং মেনবা লোইরবা মতুংদা লাইয়ামনা ইবন অমুক লেপ্লে। ইফুংশিং অদুগী মরক্তা বিজয়ানদী (তুরেল অচৌবা) ময়ায়াগী ( কোবা তুরেল ), হরানদা ( হারল তুরেল ), নম্বুল তুরেল অসিন চংবনা মখান। নম্বুল তুরেল্না লোকচা ( শৌনিকা) লেপ্পা। লোকচাক ময়ায়দা কাব গংগিবি ( কবং চিং ) অমস্থু মবগথ গিরি ( থংগাচিং ) কৌবা চিং মচা অনিথক লৈ। নম্বুলগী মক্তাচংদগী মখাগী থাংজিং চিংজাও ফাঙবদা লৈরিবা লাচুপকী লোক পুম্নমক তিন্দুনা তরুই ( তুরেল ) হয়বগী মফমদা লোক্তোক থোনখি। লোওয়াক্তগী খোরদাক কৌবা ইচেল থোকাখতুনা বিজয়া নদীদা তিনখি। বিজয়া নদী হায়বা তুরেল অসি মণিপুরগী তুরেল লোক পুম্নমক মাতেংদা তিল্লি চাখতুনা বিজয়ানদী ( তুরেল অচৌবা ) হায়না থোনখি। বিজয়া নদীনা অরাং ওইনা হাওগী চিংশাংদগী থোক্লক্লুনা মণিপুর মদায়দা চেঙগী করো খুল্লক্তা মমি তাকুপানী কৌহুনা সনক্রুদা তাখি।

নোংচুপ থংবা মাইকৈদা লাইকোন পুখ্রি কৌবা পুখ্রি অমা লৈ। মাসিগী মপান্দা লৈরম্বা হাওশিং অতুবু ঙাপুম হাও কৌই। ইশং চিথরকপা নতমদা মথোইনা শোয় ফম্বা মফম অতুবু ঙাপুম চিংজেন কৌই। মখারোমদা মহিরঙ্গপুর (মোইরাং)

গী ভারা ভাথিন চপ্তনা লৈরম্বা মফম অতবু হারা চিংজেন খোনখি।

ইশিং থুমলম্বা অতনা কংগুবদা মহাদেবনচিংবা মথক্তা হায়-খ্রিবা লাই ময়াম্না রাস লীলা শান্নবগী দমক খোৈরাংলে। লাইরেম্বা লাইরেম্বা ময়াম্না মুংচাংনা শান্নবা হৌরে।

## ( লাইশিংনা শরুম্বা লাইহৌ ইশৈ )

হেরিলো হেরিলা হেরিলা হায়ুদে থুলাইতে
আসেবু খোইনা হরাওবা লৈবনি।
হৌ হে হৌ হৈয়ানগেদা।

লাইহৌগী অর্থ মচা খাইনা শন্দোকনা তাকপাঃ—

হেরিলো হেরিলা হেরিলা হায়ুদে থুলাইতে—

ঐখোইনা হরাওরিবা অসিদ উজরে উজরে উজরে ঐখোই পুম্নমক হায়াসদা হায়াসদা!

করি হায়সিগে?

অসিবু খোইনা হরাওবা লৈবনি—ঐখোইনা হরাওরিবা অসিদগী খোইনা হরাওবা শ্রীকৃষ্ণগী মহারাস কৌবা লীলা অমা লৈবনি, হায়াসদা হায়সিদা।

মবম অসিনা

হৌ হে হৌ হৈয়ানগেদা—হরি হরি শোন্দুনা মুভাইনসিদা। পুং (মৃদঙ্গ), বাশি, বীণা, বেণু, মোইবুং অসিনচিংবা যন্ত্র ময়াম খোংতুনা লাইয়ামনা লীলা হৌরবা অদুদা আনন্দনা মাগী স্পর্শ মণি পুতুনা থুংলরে। মাগী মণি অদুগী মঙাল্না মুমিৎ তরেংনি অহিং মুংথিল থায়দনা ভানখি। লীলা লোইরবা

মতুংদা লাই ময়াম্না পেল্লকনা দেবী নংগী লৈপাক অসি হরি ভক্তিদা অমস্তুং ঈশ্বরগী গুণ নাম পকপদা পুক্নিংচংবা অতেক অনৌ পুম্নমক মীওান্দগী চেনবা ওইজো হায়না বর পিবিখি। ভগোইরাসকী মরমদা মণিপুরনা হুজিক থোইদোক হেন্দোকনা মমিং চংলিবসি মরম অসিদগীনি। মণিপুর অসি অহানবদা দেবগী খ্যাং তাফমনি হায়দুনা মেখলে দেশ কৌরমই, মহাদেবগী পোইরৈতা অনিশুরকপা মতমদা শিবনগর থোনখি। ইন্দক লীলা শান্নবা লোইববদা লাইয়ামনা লৈপাক অসিগী লীলা অসিগা মরিলৈবা অনৌবা মমিং অমা থোল্লগনি হায়দুনা খন্নবাক্লে। মহাদেবনা ব্রহ্ম নিরাকাব জোতির্ম্ময়দম্ম পৃথিবী ময়োনবু মণিপুব হায়না লৈ, অতগা আনন্তগী স্পর্শ মণি অসিদগী লৌদুনা মণিপুর হ যবা মিং অসি থোল্লসি হায়না হৌদোরকই। মাদু তাবদা লাইয়ামম্ম য়ামনা মতা চারে হায়না য়ানরদুনা লৈপাক অসিগী মমিং মণিপুব থোনখি। ব্রহ্ম নিরাকার জোতির্ম্ময় খংবা অসিনা হৌজিক ফাওবা মৈতৈনা পুক শুংনা অনাবা লায়েংবদা খ্যাইদগী চেন্না খংই।

অদুদগী লাই ময়ামনা লৈপাক অসিগী কোন্নুং শাফম অমস্তুং নিংখৌ ওইনিনা মতিক চাবা মী খন্নবা হৌরক্লে। মহাদেববু নিংখৌ ওইযু হায়বদা ঐদি মন্ত্র ওইনি হায়না খুমলে। লাইয়ামদা আনন্তবু নিংথৌ থিন্দোক্লে। কোন্নুংদি বরাহ দেবনা স্বরনা কামবদা ফাওখিবা মফম অদুদা খুদোং চারে হায়না লেপ্পরদুনা মফম অদুদা শেমলে। কার্ত্তিক গণেশবু থোংভাকপা হাপলে। মখোই অনি অসিগী খুফম য়াবগী মরোং ওইনা নিংথৌরেন মথং মথং মখোই অনিগী মূর্ত্তি শাদুনা

চৈরাপ গারেট্তা লোংডাকপগী মশক ওইনা থম্নরকই।

কার্ত্তিক গণেশ মচিন মনাও অনিনা তান্নত্থুনা মতম থংনবগী দমক যন্ত্র অমা পুথোকই। মাংবু তাল কৌই, হৌজিক্কী মতমগী ঘড়িদা পুং, মিনিট, সেকেণ্ড খায়বগুম্না মাত্থুদম্মু পুংজা মিকুপ, নাওম, হায়না খায়রি। যন্ত্র অসি থম্বা শং অত্থুবু তানয়ৈশং কৌই; হায়বিবা শং অসিদা তান য়ৈবগী নিয়ম কায়দনা ওজিক ফাওবা নিংথৌরোন মথং মথং চংনরকই।

লৈপাক নিংথৌ শেম্নবা মতুংদা লাই ময়াম্না নুংঙাইবা কুম্মৈ অমত্তা শান্নসি হায়না থম্নরকপদা আনন্তনা লাইরেম্বীগা লাই নিপাগা হিয়াং তান্নসি হায়না হৌদোক্লে। হিয়াং তান্নসি লোইরগা থৌরি চিংনবগী মহুত্তা পৌচিংনসি।

মারজিংনা শগোল কাংজে শান্নবগী কুম্মৈ অসি পুথোকখি। অমসুং মহাকনা পোরম পুন্নমক তাকলগা মিচং খায়ত্থুনা শান্নখি।

## মিচং।

| মথায়ৈবা | অরাংয়ৈবা |
|---|---|
| ১। মারজিং (পনঙাকপা) | ১। থাংজিং |
| ২। থমলাংবা (পনঙাকচং) | ২। খোরিফাবা |
| ৩। ইক্কম নিংথৌ (পল্লক) | ৩। ব্রাংব্রেল |
| ৪। ইকোপ নিংথৌ (লাংজৈ) | ৪। য়াগোই নিংথৌ |
| ৫। ইরৈাং নিংথৌ (পল্লক) | ৫। নম্বুল লাকপা |
| ৬। নোংসাবা (পঞ্জেন চং) | ৬। ওক্রেন |
| ৭। পাম্থোইবা (পঞ্জেনবা) | ৭। লোয়য়া লাকপা |

কাংজৈ শান্নবা অহুগী নিংশিংনবগী দমক লাই ময়ামনা তুদা লাকপা মীশিংগী শগোল, শল, ইরোই নারকপা মতমদা এখোইদা কাংজৈ অমগা কংক্রম অমগা কংলগা মখোই অনাবা অাতু কোকপা ওৎসনু হায়রম্মি। মরম অসিদগী হুজিক ফাওবা রারি অসি খংবা মীশিংনা শা শল নারক্লবা মতমদা কাংজৈ কাংক্রম কংনরি। মতৌ অসুমনা মতম কুইনা নাগরাজ আনন্তনা পাল্লম্লগা গন্ধর্ব চিত্রবাহুদা লৈপাক শিন্নরমহুনা মরৈ-পাক্তা হনখি।

নাগরাজ আনন্তনা পানবা মতমদা মহারাস শান্নবা, হিয়াং তান্নবা অমসুং শগোল কাংজৈ শান্নবা অসি হৌদোকপিরমই।

---

# অহুমশুবা পন্দুপ।

## চিত্রবাহু গন্ধর্বনা পানবা হৌবা।

চিত্রবাহু নিংথৌনা পাল্লবা মতম খরগী মতুংদা পাণ্ডবকী য়াইমবা অর্জুন্না তীর্থ স্নান লাকই; লাকপা লম্বিদিঃ— দিল্লিদগী পুরি পুরিদগী নিলাচল ক্ষেত্র অহুদগী সমক্রু মপান্দা নোংপোক পাংনা লাকলগা বঙ্গদেশ শমলক্তুনা মেঘনা, পদা অমসুং গঙ্গা সাগর স্নান তৌখি। অহুদগী ত্রিপুরাগী মখা সমক্রু মপান্দা লাক্তুনা চট্টগ্রাম য়ৌরগা ত্রিপুরা, কাছাড় অমসুং মণিপুর অঙম অসিগী তাইনফম মহেন্দ্র পর্ব্বততা লাক্তুনা

থুদৈ। চিং অসিদা মহেশ্বর কৌবা মহাদেব অমা লৈ, মাহাক্কী মাংংদগী লৌহুনা চিং অসিগী মমিং মহেন্দ্র পর্ব্বত কৌরমই। ভূবনেশ্বর হায়বা মহাদেবগী মিং অসিদগী লৌহুনা হুজিক্তি চিং অসিবু ভূবন পর্ব্বত হায়রগা খংনরি। হায়রিবা চিং অসিদা লাক্কুনা মহাদেব দর্শন তৌরে অমসুং মফম অদুদা লৈরম্বা মুণিশিংগা উনহুনা অহিং অহুমলোম লেল্লে। অদুদগী শ্রীকৃষ্ণনা মোহিনী রূপ পুথোকখিবা অমসুং তীর্থ য়ামনা লৈবা মণিপুর কৌবা লৈপাক অমা নোংপোকলোমদা লৈবনি হায়না ব্রাহ্মণশিংনা অর্জুনদা তাকপিরে অমসু হায়রিবা তীর্থ ময়াম অদুগী মামং মথা ব্রারিনচিংবা তৌবিরে।

অদুদগী অর্জুন্না ব্রাহ্মণশিং খুরমলগা নোংপোক পাংনা লাক্কুনা খোবুম তম্পাক তারকই; অদুদগী বিষ্ণুপুরলোমদা লাক্কুনা বকদণ্ড (মহাবলী) বন্দা থুংলৈ। ব্রাহ্মণ ময়াম উনরগা বেজয়ানদীদা স্নান তৌই। মণিপুরগী নিংথৌ চিত্রবাহুগী মচানুপী চিত্রাঙ্গদানা মনাই হুপী খরগা বন্দা লৈহেকপা লাকপদা অর্জুনগা উনরুবে। নিংথৌগী মচানুপীগী নিংথিজবা মশক মতৌ অদু উরবদা অর্জুন্না মাগী মীশক মীওং হংলকই অমসুং নিংথৌগী মচানুপীনি হায়বা খংলবদা মাগা লোয়ননা লুহোংনবগীদমক নিংথৌদা হঙ্গংলে। অনিমক য়ানরহনা অর্জুনগা চিত্রাঙ্গদাগা লুহোংলে। মতম খরা লৈরগা চিত্রাঙ্গদাগী গর্ভদা বভ্রুবাহন পোকলে। অর্জুন্না চহি অমগা থা মঙারোম লৈরম্বদা লুপলম্বা তীর্থ ময়ামদি অসিনিঃ—

অৱাংলোমদা (১) কোংবামৈরোম্বী (কোংমরু) (২) বিন্দ সরোবর (হুংজেং) অমসুং (৩) লম্ফেল (শঙ্গাই য়ুম্ফম)

নোংপোক্তা (১) চিঙ্গোই নদী অমসুং মখা রামদা (১) ভরদ্বাজ (লৈতাং লাইরম), (২) পৌলস্থ (পুমলেন), (৩) সৌভদ্র (ককচিং মহামন্নুংগী শেকমাই তুরেল), আগস্ত (মোইরাং তুরেল) অমসুং কারম ধামো (কারাং চিলক) অদুদগী স্থিবাচল গিরি (হিয়াংথাং) অমসুং নোংপোক নীলকণ্ঠ গিরি (নোংমাইজিং) দা লৈবা মহাদেব থুবমলগা মোহিণী পুখোকখিবা মফম অমসুং শুকং য়েংখি। মতৌ অসুম্না লৈবমলগা নিংথৌ অমসুং ব্রাহ্মণ মযাম থুবমলমদুনা অৱাং পান্না চৎখি; অমসুং কৌমাব পর্ব্বতকী তীর্থ হায়রবদি কৌমাব পর্ব্বতকী মতোন্দা লৈবা শিবগী পুখ্রি অমা হাদুদা স্নান তৌখি।

মণিপুর অসি সমদ্র মথান্দা লৈ, মরমদি হৌজিক ফাওবা মণিপুরনা লুসাই পাহাড়সি অকাম-হাও মণিপুর কৌনবি। মসিদগী খংবা ঙম্মি লুসাই পাহাড়সি মণিপুর দেশকী মচু চনবা হাওহাক্কা লৈবা লমদম অমনি।

শ্রীচন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা মাংহাক্তদগী অংহাংবদা খাৎনা খিদ্রবদা মৈতৈনা মখোইগী লাল শোক্কখি। মাদা অদুবু ভূজিক ফাওবা মৈতৈনা অকাম-হাও নাবা হায়না খনবি। মরম অসিনাদি মতম অদু ফাওবা লুসাই পাহাড়সি মণিপুর রাজ্যগী মচুং চল্লম্মি হায়রদা কাবিস্ত চিংনফম থোক্কে।

শ্রীচন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মমাংদসু ইংরেজগী অকাম হাওগী (লুসাই) নিংথাই তৌনবদা শ্রীগৌবশ্যাম মহারাজনা তাইশিল্লুই। মসিদগীসু খংবা ঙম্মি লুসাই পাহাড়সি মণিপুরগী মচু চল্লম্মি

মথক্তা হায়রিবা আসনদি মণিপুরগী অকামহাওগী (লুসাই) অনি অসি লৈবাক অমত্তা ওইরম্মি, অদু ওইরবাদ মণিপুর

হায়বা লৈবাক অসি সমক্রু মপান্দা লৈ হায়বদা করি চিংনং ফম থোকপাগে ?

চিত্রবাহু নিংথৌনা মতম কুইনা লৈপাক ঙাকলমলগা মশু নিপা বক্রুবাহন্দা লৈবাক পিই। নিংগদবা লাইদি শ্রীকৃষ্ণ বিষ্ণুনি হায়না মহাক্কী মপুনিংথৌ চিত্রবাহুনা তাকপিরম্মি।

গন্ধর্ব্বশিংগী খার মমিং :—(১) চিত্রকেতু (২) শিখরগদা (৩) চিত্রধ্বজ (৪) চিত্রবীর্য্য (৫) চিত্রসর্ব্বা (৬) চিত্রব্রহ্ম (৭) চিত্রভানু (৮) চিত্রবাহু অসিনি।

চিত্রবাহু নিংথৌগী মতমদা চাওখৎহনখিবা— মোইবুং মবোল শুনা খোংবা. বাঁশ মরোল শুনা খোংবা, চং শান্নবা, কাং শান্নবা খৌদব (পাশা) শান্নবা, থেঙ নৌন ইশৈগা লোইননা জগোই শান্নবা যঙাইহল্লম্মি।

(বভ্রুবাহন্না নিংথৌ ওইহুনা পাল্লবা মতমদা)
থোকখিবা থৌদোক

অর্জুন্না মতুংগী শগোল মতুং ইল্লক্তুনা মণিপুরদা থুংলগা শগোল অতু ঙাহাক লম্থেলদা পাল্ল। অতুদগী মখাপাংনা চেংগা কোংবক্তুনা অদা পাল্লিরোমদা চেল্লক্তুনা নো পোকথোংদা থুংই। শগোল অতুবু মীময়ামনা ফাগে হায়তুনা পলহল্লি মাতুদগী য়াংনা চেনাখিবা মফম অতুবু তায়াংপল্লি কৌখি।

জয়পত্র থেংপা শগোল অমা লাকই হায়তুনা মহারাজদা হঙংলি। জয় পত্রদা ইরবা লাইরিক অতু পারগা শগোল অতু ফাতুনা থমলে। শগোল মতুং ইন্নবা অর্জুন্না তেংঙোল পুতুনা লাবল্লগা তাকয়েন্দা তেংঙোল শাখি।

চিত্রঙ্গদানা বক্রুবাহনদা নপাবুং নোংচুপ্তা থুলরে, শগোল

পুত্তনা কৎলুরো হায়ত্তনা তাকপিরে। মাতুদা বভ্রুবাহন্না শগোল পুতুনা মপাবুংদা কংলুই। মাতুনা অর্জুন্না মাবু ইচা নত্তে হায়না য়ামনা থীনা চৈরবদা বভ্রুবাহন্না মাগী তেঙ্গোল পন্নিংদা পল শাতুনা শগোল থমখি। অতুদগী অকনবা লান্দ হৌরে। লাফমদা অর্জ্জুন অমস্তুং বৃষকেতুগী মংক কেল্লে।

অতুগী মতুংদা বভ্রুবাহন্না মমাগী য়াথং মতুং ইনা আনন্ত-দগী মণি লৌক্লরগা শ্রীকৃষ্ণ লেংলক্লুনা তেঙ্গোল অপুন্বগা লোইননা অর্জুনবু হিঙ্গংহল্লগা মপা মচা চান্নহনখি।

তেঙ্গোন্না তাকখিবা মফমবু তাকয়েন হায়না অতুগা পন্নিংদা শগোলবু পল শাতুনা থমখিবা মফমবু শগোলবন্দ হায়না কৌখি।

মণিপুরদা ন্নমিং হুমনি লৈরম্লগা অমুক যজ্ঞগী শগোল থাবদা অন্নাং পাংনা চেনখি। অতুদগী অমুক নোংপোকপাংনা চেনখিত্তুনা ময়ূরধ্বজগী লৈবাক য়ৌখি। শগোলগী খোঙ্গুলনা মাখিবা মফম অতবু শগোলমাং অমস্তুং তেঙ্গোন্না লৌরুং তেন্দোং য়ান্দুনা পোথারম্বা মফম অতুবু তেন্দোংয়ান হায়না কৌখি। অতুগী মতুংদা বভ্রুবাহননা মতম কুইনা লৈবাক ঙাক্লুনা পাল্লম্লগা নোঙ্গাখ্রে।

বভ্রুবাহন্না নোঙ্গাথরবা মতুংদা পুরেরোম্বা ইভৌপানবা অমস্তুং পাথংবা অনিসিনা পোক্লদবগী থৌরাংলিভৈদা হস্তিনা-পুরদা পানবা নিংথৌশিংদি মথাদা ইরিবা অসিনি।

## জন্মেজয় নিংথৌগী মচা মশু।

(১) বৃহদ্রথনচিংবা নিংথৌ মঙানা চহি ১৩৮ পাল্লি। (২ প্রদ্যোত মচা বিশাখা যুপোন্নচিংবা নিংথৌ তরানা চহি ১৬

পাল্লি। (৩) নন্দনা চহি ১০০ পাল্লি। (৪) মৌর্য্য জাংকী নিংথৌ তরানা চহি ১৩৭ পাল্লি। (৫) শুঙ্গবংশনা চহি ১১২ পাল্লি। হাঙ্গরিবা মতম অসিদা মণিপুরদা পানবা নিংথৌশিংনা (১) কল্পচন্দ্র, (২) শক্তি, (৩) বলাকপোত, (৪) ককস্বী (৫) ভুলকংথ, (৬) সুকংশু, (৭) অনুসন্ত, (৮) প্রতিলম্বা, (৯) কুলমভোস। মাসিগী তেক থংনবদা নোংপোক লোইজিরি চৌং ব্রাংমদগী ইরাবতী তুরেল মকদগী লাকুনা মণিপুরদা পোং হাঙ্গবা জাং অমা নিংথৌ ওইহুনা পাল্লে। মখোই অসি সোনারেণগী মচা মশুনি হাঙ্গনৈ। নিংথৌসিং অদুগী মমিংদি (১) তৌথাংথু, (২) তোংগাংথু, (৩) তৌহাংপে। মরম অদুগী তৌজিক ফাওবা মৈতৈনা ব্রা ভাংনবা মওমদা মী পোং হাঙ্গনা শিজিন্নরিবসিনি।

মণিপুরদা পুরৈরোম্বা ইংতোপানবা সনাহনা লৈপাক ভাকপা অসি হস্তিনাপুরদা মৌযাজাতিনা নিংথৌ ওইবা লোইরকপা অংস্থ, শুঙ্গবংশনদি নিংথৌ ওইনা হৌরবপা মতম অসি ব্রাইদনি। পুরৈরোম্বনা চহি তরা লৈপাক ভাকুনগী মতুংদা পাথংবনা নিংথৌ ওইবা হৌরে। মমাংগী পৌরাণিকী ব্রারি থরদং উচ্চংনা-মতা অসিনা লোইরে।

## মরিশুবা পন্দূপ

### ইঙৌপানবা স্নাহল্লা পানবা হৌবা।

বজ্রুশাহন্না নোঙ্গাখরবা মতুং অসিদা লৈপাক চাকপিনবা লৈতত্থনা প্রজানা ব্রাণা মতৌ অত উত্থনা লাইতিন কোন্দা করমনো হাইত্থনা লাই ময়ামনা খল্লবা লৌরকলে। মতুং অত্থদা লৈকক লৈয়ারেণবু লাই ময়ামনা নোংমাইজিংদা ( নীলকণ্ঠ গিরি ) গী নোংলুম থাবু নিংত্থনা কোল্লগা নচা পোক্কনা হায়নো তাকপিবে।

মতুং অত্থদা লাই ময়ামনা নোংমাইজিংদা চত্থনা কোল্লু হায়ত্থনা পণ্ডিতশিংগা লোয়নদনা লৈকক লৈয়ারেল মহারাণীনা চংত্থনা চহি ১ লাইনিংবগী মতৌগুমনা কোল্লগা শিব শক্তি ওইনা চৌরোক চৌনা পোকলে। পণ্ডিতশিংনা মতৌ অত্থ উবদা ইশিং ইঙৌ মাল্লি হায়ত্থনা ইঙৌ পানবা স্নাহল খোল্লে। মতুং অত্থদা কংলা কোম্মং তান্না হল্লকলে। মহারাণীনা লৈরম্বা অসং পোকফম অদবু মমাংঙৈগী শিবগী শঙ্গাই যুম্ফম হায়না খংনৈ। চন্দ্রবংশগী নিংথৌ অহানবগী পোকফম খংনবা চীংদোন্দা খলোং ( পোক্কফমগী থুফম ) হায়না থনল্লে।

অত্থগী মতৌগুমনা লৈবাক অসিদা পানবা নিংথৌরেল থুদিংগী হৌজিক ফাওবা মফম অসিদা থুফম অমমম্ থমনৈ। লৈপাক অসিদা নোং তাদ্রগা আঙোম ফাত্থনা পুখ্রি তৌংল্লগা অমম্বং নোংমাইজিংদগী ম্নংলুপ মুংনাওবী লৌকহনা ইরানদী (ইরিল তুরেল) দা পূজা তৌলগা নোং তায় হায়রিবা অসি মরম অসিদগীনি।

মতুং অত্থদা প্রজাপুম্বনা মুঙাইরহনা ইঙৌপানববু নিংথৌ

ওইরো হায়তুনা হায়বদা মানা নিংথৌদি ওইরোই, লৈপাক্ত ভাকৃকনী হায়তুনা চহি মঙা লৈপাক ভাকলগা লৈপাককী মপু লৈতবা .মুভাইত্রে মপু থিকগে হায়তুনা চংখ্রে।

অসিবনা কুপাত্রেং সায়োল্লী, কুপত্রেংনা লৈকক লৈ য়ারেলগী গর্ভদা ইঙৌপানবা মাহন সায়োল্লী।

মাতুদগী মমাংঙৈগী কোঞ্জিন তুথোকপ শাগৈ (নুমিংকী বংশ) থিরকলগা পুতুনা লাবলে।

লাইহৌন-কোন্দা লাই ময়ামনা মাবু লাকপা উবদা লাইনিংথৌ কদোমদা চংলুরিগনো হায়না হংদা ইঙৌপানবনা পুবকলিবা .পাং (অঙা) অত্ত থাদ্রিমখৈ হায়তুনা উম উম লাগনা মরোল .শংদনা মবেরোম্বগী মংগাঙনা খুমখি, মাতুদা লাই ময়ামনা লেবোম্বা হায়তুনা লংনখি।

মতু অতুদা ইঙৌপানবনা পুবক্লিবা অঙাং অতু লাই ময়ামগী মমাংদা পুথোক্লে। লাই ময়াম্না লৈপাকী মপু পুরক্লে হায়না য়াামনা হরাওখ চাতি মহংমগী নমাংদা পুথোবপা মতমদা চপ্ তিংনা লোপ্লে, মবম অসিংগী অঙাং অতুবু চপতিংবা ইবুঙো অমম্মং মৈ (মুনিং) নম্নু পোকই হায়তুনা মৈদিংঙো হায়না পোনখি। মৈগা, তিংগা অসিদগী মৈতৈ জাং থোকখি। লাই ময়ামনা অঙাং অসিবু যবিষ্ঠ অমম্মং পাখংবা হায়না থোম্লে।

কোদিন্না কোঞ্জিন তুথোকপা (মুনিং) সায়োনলী, কোঞ্জিন তুথোকপনা শেন্ত্রেং শায়োল্লী, শেন্ত্রেংনা লৈমুং য়াবীরোক মহারাণীগী গর্ভদা যবিষ্ঠ, পাখংবা সায়োল্লী।

ইঙৌপানববুস্মু মরৈলোমখি হায়তুনা পুরৈরোম্বা হায়না অমম্মং লৈপাকী মপু থিরুই হায়তুনা পুথিবা হায়না থোনখি। মরম অসিদগী মাবু পুরৈরোম্বা ইঙৌপানবা অমম্মং মাহল

পুথিবা হায়না মমিং থো খ্রে '

মতুং অতুদা লাই মহাম্মা ফরে. চুসিদগী হৌদুনা:য়ক তরেৎকি নিংথৌ হা'নসি'হায়না লেপনরে। য়েক তরেং অদুগী নিংথৌ-শিংগী মমিং দি:—

১ | ইংঙৌপানবা ... ... ... ... অংঙাম।
২ | পাখংবা ( যবিষ্ঠ ) .. — .. নিংথোজা।
৩ | লৈশমতাও ... .. ... লুবাং।
৪ | নাদমখুবা . ... .. — খমন।
৫ | তৌরিলখা . .. ... — খাবা।
৬ | তুমহাবা .. — .. - ঙানবা
৭ | তরংখুক — -- -- -- মোইবাং।

মথক্তা হায়রিবা নিপা তরেং অসিবু লাই য়ামনা যেক তরেংকি নিংথৌ হাপখি

মতুংদা লাইময়ামনা মাখ.ইনা সত্য, ত্রেতা যুগতগীনা মখোয়গী মতম ফাওবগী রারি লৈবিরে।

চন্দ্রবংশগী নিংথৌ অগানগা ইংঙৌপানবনা ০টি তবা লৈপাক ঙাকপদা ফম্বাল তোংখিদে। মরুম অদুনা সূর্য্যবংশগী নিংথৌনা লৈপাক ঙাকপগী ফম্বাল তোংবা মতমদা চন্দ্রবংশগী নিংথৌ অহল ইংঙৌপানবনা হান্না ফম্বাল তোংদনা য়াদে হায়না লাই ময়ামনা তাকপিখি। মরুম অসিনা হৌজিক ফাওবা নিংথৌরেন খুদিংগী ফম্বাল তোংলিবনি। লাইতৌনা:কোন্দা মখক্তা হায়খ্রিব নিংথৌ ময়াম অসি হাপখি হায়দুনা মখম অসিবু নিংথৌথে হায়না মমিং থোনলে। অমসুং য়েক তরেৎকী নিংথৌ অ বংপা য়াদে হায়দুনা পাখং:দা লাই ময়ামনা তাকপিরে।

মতুং অন্তদা নিংথৌ তবেৎ অসি কংলা তাম্না হল্লকলে। মখোইনা কংলা য়ৌরগা য়েক—তরেৎকী কুং তবেং ফুমখি। মতুং অদুদা পাখংববু ফম্বাল তোংনবা ময়ামনা মুনিং অফবা থম্লরে।

বনাদা তেংগা শুবা কালেনথাগী থাংজা নুমিংকি অহানবদা পাখংবনা ম্লা ফম্বাল তোই। পাখংবনা ফম্বাল তোংবা পুংফম অদু মহেন্দ্র পুংফমনি হায়দুনা পুরৈরোম্বা ইভৌপানবনা পাখংববু মহেন্দ্রগর হায়না মমিং অমম্বু থোনবির।

মতুং অদুদা খুল অতল লৈসাংখোঃ লৈতাং পাতা চেংলে শানা অমসুং চনবা, কোংবা মপান্দা পুরৈরোম্বা ইভৌপানবা কমহেন্দদা (শঙ্কাই য়ুম্ফম) লুরাং, পুমলেন্দা থুমন, লোক্তাক মপান্দা মোইবাং অমসুং বিন্দুসরোবরদা (কুংজেং) নিংথৌজানা সত্তাদগী চৌনা লেববা তীর্থ মফম অসিদা থম্লারে।

পাখংবনা পানগা মতম শসিদদি মথক্তা হায়রিবা লাই ময়াম অসি কলি চললকু হায়রনা মাইকৈগী মতুং ইম্না শঙ্গাই অমমম্ শাদুনা লাইনিংবগী মতৌঙম্না থুপচিনখ্রে। নিংথৌ মথং মথং পাল্লকপদা মওনা ফুইবনা উ য়ানা হৌদুনা মংলকপগা লোঃ। মথং মথং থৈরবগগা লাংগী মমিংদি হৌংদে লৈফমদি উমংলাই হায়না চৎনরি।

য়েক তরেৎনী নিংথৌ মশিংশুনা লৈগদবদা থাবা, ভানবা অসিদি পুরৈরোম্বা ইভৌপানবগী মচন পুরৈলেম্বুশুনা পোকই হায়দুনা য়েক অনি অসিগী নিংথৌদি চন্দ্রবংশগী হায়খ্রিবা ইভৌপানবা হায়না অসিদা তিংখি। মরম অসিনা নিংথৌ মতাদা ভাইরিবা অসিনি। নিংথৌ মতা অসি ব্রাৎলবদি লৈপাক অসি নোংতাদে মরা তপ্পু।

# পাখংবা যবিষ্ঠনা পানবা

## মতম

যবিষ্ঠনা পানবা মতমদা লৈপাক মিয়াম পুম্নমক লৈপাক চাওখৎনবা কোন্নংদা তিলহল্লগা ( মহাসভা ) সলাই ( শাখা ) য়ুমনাক ১০৮ থোনহনা হান্নগী মতৌগুমনা পানবা হৌখি। অদুগা চীং অকোইবগী হাওসিংবুসু য়েক মমিং থোলহনখি। পাখংবগী স্নাহাক্তক এসিদস্পু লাইনিংবগী মরমদা বৈদিক অমসুং তান্ত্রিকা ওঁ গুরু হায়দুনা খুরম্বা অদু চংনরমই। অদুগা লৈপাক ওাপগী মরমদসু লৈকাই লাকপনাচিংবা হাপ্পিরমই। মতম অসিদা বেদ মরিদগী সোদুনা পুরাণ মরিসু লেংখি।

পুরাণ মরিগী মমিং :—

( ১ ) শিংকক, ( ২ ) শিংথেল, ( ৩ ) শিংথা, ( ৪ ) হিশিক্বা লৈশেমচৈদগী হৌরকপা লাইসিং অদুবু পাখংবগী স্নাহাক্তক অসিদদি পূজা ওইনা অপোকপা খুকম্বা হায়না পুথোকপিরমই।

# য়েক তরেৎকী মপামপু খুরম্বা।

আঙোমগী মপামপু পোকপা খুরম্বাঃ—

মচুদি অঙৌবনি, লাইরিবিনা ( শুমিং লাইমহোমমু ) নোংলুম থাবু কোন্দুনা পোকই। থাদি ব্রাকচিংগী ১২নি পানবা অয়ুক্তনি। থৱালমিচাক্তি থাশেংনি। নাওরোইবিদি খাকপনি, ইরুফমদি কোংবা মৈরোম্বদা, লৈনা থরো অঙৌবনি, লানা লারোংনি, মৈনা মৈবানে। নাহাইবদি তাইরেলনি। থাংদি পুকথানি, অসি হায়না খুরমই।

নিংথৌজাগী মপামপু পোকপা খুরম্বা :-

লৈকোক লৈয়ারেলনা ( ভানুমতি ) মুমিৎপু কোন্দুনা নিংথৌজা পোকলে, মুমিত্তি য়ুমশাকৈশাদনি। থানা কালেনগী পুর্ণিমাগী মুমিং য়ুংদবা পোকই। নাওরোংবিদি য়াইবিরোইগী ( য়ুমজাও লাইরেম্বিনি ) মচুনা অঙাংবনি, থৌরালমিচাক্তি থাদোননি, ইরুফম্না বিন্দসরোবর ( মুংজং ), লৈদি পম্বাল ১০৮ অঙাংবনি, লানা চংবি লানি, মৈনা মৈয়ৈনি, নাহাইবনা উরুংনি ; থাংদি চাকথাংনি। অসি হায়রুনা খুরমই।

লুরাং পোকপা খুরম্বা :—

মচুদি হিগোকনি। ভুরাইবী থোইনুনা ইরোই মংকোক পানবা লাই কোন্দনা লুরাং পোকই। থানা পোইনুনি, মুমিংনা শগোলশেনগী মুমিদাংবাইরমদনি। থৌরানমিচাক্তি থায়াইনি, নাওরোইবদি পিয়াইনুনি। ইরুফমনা লাফেল পাওনি. লানা লায়াই নি, লৈনা খোঙ্গলমেলৈনি, মৈনা কাম্বীথোইজুনি, নাহাবইদি খোকউনে, থাংনা তোনপংনি অসি হায়না খুরমই।

খুনন পোকপা খুরম্বা :—

মচুদি কুমগী নোংনি. সাকরোইবিদি তোমথাংনু শামুমকোক পানবা লাইকোল্লি। থাদি শজিবুগী ১৫নি পানবা লৈপাকপোকপগী নোংয়াইদা পোকই। থরালমিচাকনা শজুংতেলহৈবনি, নাওরোইবিদি পিহাইমুনে, লৈদি লৈশং কাকলৈনি, মৈদি মৈথাং তরেংতগী লৌগনি। ইরুফমদি পুমলেননি, থাংদি তোংককুপা থাংনি, নাহাইবনা পোংফাই নারোংবনি। অসি হায়না খুরমই।

মোইরাং পোকপা খুরম্বা :—

মচুদি শংনা লাংবনি। চোম্নুলৈমনা শজিমকোক পানবা লাই

কোন্দুনা মোইরাং পোকই । থানা লমদা শাগী থাংজা হুমিজুনি, থৌরানমিচাকনা চিংবুরোইবিনি, নাওরোইবিদি লৈমুং ঙাংশবিনি, ইরুকমনা লোক্লাক, লৈনা কাকলৈনি, লানা থাংলানি, মৈদি মৈথোং অহুমদগী লৌগনি। নাহাইবদি লৌরিদগী তুপনৌ মতোলনি। থাংদি য়েলমতোক শাবা থাংনি । অসি হায়না খুরমই ।

থাবা ঙানবা পোকপা খুরম্বা :—

মচুদি অশংবনি. থরেংলোংবী, থমচিক কোন অনি অসিনা কৈ মবোক পানবা লাই কোন্দুনা থাবা ঙানবা পোকই । থাদি ইচাগী ১০নি পানবা লোংমাইজিংগী অয়ুক্তনি মচুদি শংনা লাংলে। নাওরোইবিদি পুরৈলেম্নুশুনি। ইরুকমদি লৈতাং-পাৎনি। লৈনা য়েরুমলৈনি। লানা লৈংথৌরানি, মৈদি লৈথম য়াইবিদগী লৌবনি, নাহাইবদি নাপশেন্নে। থাংনা লাইথাংনি। আঙোম শলাইদগী থাবা ঙানবা পোকঈ। অসি হায়না অপোকপা খুরমঈ।

## মৈতৈরোনগী থৱানমিচক্কী মম্মিং ।

১। শজিক ২ : থাবা ৩। থাদোন ৪। থায়াঈ ৫। নোংথৌশামু ৬। শামু অপিশক ৭। নোংথৌতুরেল ৮। নোংথৌনাগা ৯। উইরিত্তোন কোণ ১০। হুরোইনাই ১১। থাবা লৈতাং ১২। লুরাংসনকোন ১৩। মোইরাং শনকোন ১৪। শন-লুরাংকোক ১৫। খোমচোমহুবী ১৬। উকোংঙা-রাই ১৭—চিংচেংহাইবী ১৮। চুংশেম্নবী ১৯। হাওরৈমা ইয়োং থাং ২০। মনিমমৌ শিনতাকনবী ২১। শজুং তেলহৈবা

২১ । নিকংথা শাফানা ওনশুবোই ২৩ । তাওন্থইবেং ২৪ । তোং-চেংলেন ২৫ । য়াওজখুরেংমাই ২৬ । আরাহনৈমা মুকশর্ন ২৭ । উম্বীরেন ।

---

# মণ্ডাশুবা পন্দূপ

( তীর্থগী নৈনফম মমিং )

১ । কোংবা মৈরোম্বী ( কোংবা মরু ) ২ । সিন্দু সংবাব ( হুংচেং ) ৩ । নশ্মেল ( নঙ্গাই যুমফম ) ৪ । ভরদ্বাজ ( নৈনা লাইবক ) ৫ । পৌলস্ম ( পুংলেন ) ৬ । সৌভদ্রা ( লেনমাইতুবেন মঙামন্নুং নবাহিং ) ৭ । মাবধম ( কাকা চিংলক ) ৮ । আগস্থ ( মোইবা তুবেল ) ৯ । স্থিনাচল কামখ্যা ( হিয়াংথাং ) ১০ । নীলকর্ণ্ঠিনি ( লোংমাইজিং ) ১১ । চিঙ্গাই তুবেল ১২ । একদণ্ডবন ( মতাবলী ) ১৩ । কৌমাব পর্বত ( বৌক্রচিং ) ১৪ । তুবেলচৌবা মকদা লাবদ কুন্দ হৈ ।

হায়রিবা তীর্থশিং অনি সতাদগী হৌনা মচিং চংপা লৈমতুং মনিপুবগীদি আথোইবা তীর্থনি । তৌরিখম্বাদুং ব্রাহ্মণ মুনি অমত্তুং অর্জ্জুনা লাইনিংবদা লৈতাফম ওইরম্বা অসি তীর্থশিং অশিগী মণ্ডমনি ।

লালাই লন্দোকপা লাই (পবরব) । য়েব = ইপুরো অককপাগী গোত্র অদি পুরুষ ।

গুরুনা ওইখিবা শনদগী লৌবা পোং ( পক্ষি ) ।

১। অংোম ( ভরদ্বাজ ) ২। নিংথৌজা ( শাণ্ডিল্য ) ৩। লুৱাং ( কাইশ্যপ ) ৪। খুমন ( মধুগল্য ) ৫। খাবা ঙানবা ( ভরদ্বাজ ) ৬। মোইরাং ( আত্রায় )। হায়রিবা গোত্র মমিংশিং অসি মুনিশিংদগী লৌতুনা থোনবনি।

লাইরেম্বী তরেংনা লোল্লম্বা লোল অতু মৈতৈ হায়বা জাৎ অসিনা লোল্লি। মরম অসিদগী লোলবু ( ইমালোল ) মৈতৈলোন হায়না কৌই। নোংমাইজিং, নিংথৌকাবা, লৈপাকপাকপা, য়ুমশাকৈশা, শগোলশেন, ইরাই, থাংজা হায়রিবা নুমিৎশিং অসি লাইরেম্বীসিংনা থোল্লম্বা নুমিৎ মমিংনি। লাইরেম্বী ৭ তরেৎ অসিনা শেৎলম্বা ফীগী মচুং লিল অরাংবদগী অমসুং তাওরাইনাইগী মপুক্রা লাংবা মরাং অতুদগী লৌতুনা ফীগী য়েকই। হায়রিবা লাই ৭ তরেংবী শালাই অসিনা শেৎলম্বা ফী মচু অমত্তা মান্নদে। আঙোমনা—লাংগৌকনেক, নিংথৌজানা—গুলাপ মচু, লুৱাংনা—হিগোক, খুমননা— কুম মচু, মোইরাংনা—শংনা লাবা, চেংলৈখাবা, ঙানবা—অশংবা।

# সাইরুপ তিন্নবা।

খুমনগী নীপা অমনা মোইরাং নিংঙোল অমা লৌই। মোইরাং নিংঙোল অতুদা নিং থৌজা নীপা অমনা কোইরুরে। মাতুদা নিংথৌজা নীপা অসিনা মচানীপা অমা পোকই। পোকলিবা আঙাং অতু নিংথৌজাদসু তিনদরে, খুমন্দসু তিনদরে, মহাকপু য়ুমনাক মমিং অমা থোনখরে, মাসিবু সাইরুপ তিন্নবা কৌই। মরম অসিনা খুমন অমসুং নিংথৌজাগসু পোকখ্রিবা নীপামচা

অসিগা সাইরুপ তিন্নবা কৌই।

অতগা মুপী অমা য়ুমনাক অমদা ওংতুনা মচা অমা পোকুগা মপুরোইবা অত শিরে অতদগী য়ুমনাক অমদা অমুক ওংতুনা মচা অমম্ভু পোকুগা মন্না অতম্ভু শিরে. অমুকম্ভু য়ুমনাক অমদা ওংতুনা মচা অমা পোকলে। হায়রিবা অকোনবদা পোকলিবা মচা অসিনে অতুগা অহানবদা পোকখ্রিবা মচা অনি অসিগম্ভু সাইরুপ তিন্নবা কৌই। ৮

## পু তিন্নবা।

চেংলৈ থাগা ঙানবগী নিংথোল অমা লুরাংনা কৌই। লুরাংগী মচামশুনে অমম্ভুং থাগা ঙানবগী মচামশুনে হায়রিবা অসিগী শুথাং মথং মথং তারকপা অসিবু পু তিন্নবা কৌই। অতুগা মামাগী য়ুম্নাকম্ভু লৌনাদ অমম্ভুং মমাগা মমিং মান্নবম্ভু লৌহন্দে।

মথকতা হায়খ্রিবা সাইরুপ তিন্নবা, পু তিন্নবা অমম্ভুং য়েক তিন্নবা অসিবু লৌরগা হাওনাইগী লমচৎনি হায়তুনা হাওজোংপন খুদৈপন, অসিদা থমই। মামাগা পোকমিননবা মন্দোন, মচে অমম্ভুং মচল হান্নরিবা অসি করিগুম্বা লৌরুরবদি য়াইথিবীদা তিনহল্লি। অতুনা য়াম্নুদি মাংলগা মখোইনা মৈতৈলোন শেংনা থোকপা অসি মরম অসিদগীনি।

## লোই খাইবা।

লোই হায়বসি মৈতৈ পুরাণদদি মথল মথা য়ামনা কুপনা খাইদোকতুনা ইরি। লোই অহল অপ্রো, অয়াংলোমদা সেকমাই

তামস্থং চকপা, লৈম্রাং, ফায়েং অমস্থং নিংথৌলোই মোইরাং, চেংগি লোই থাঙ্গা অতুগা শজিক লোই খাড়াংবোক, নিংথৌখং, ঙাইখোং অসিনাচিংবা। হায়রিবা লোইশিং অসিগী মরক্তা পাল্লিবা নিংথৌ অতুগী য়াথং ইন্দতুনা থাখিবগু য়াওরি মাতুদি ঃ— অন্দ্রো, শেকমাই, তমস্থং চকপা, লৈম্রাং; ফায়েং অসিনাচিংবা। মখোই অসি লমচক্তা তোংঙাল্লবগু লোদি মৈতৈলোন লোল্লিবা অসি মরম অসিননি। মতম অমদা নিংথৌনা করিগুম্বা চানবিরগা মখোই অসি পানালেন্দা তিনবা য়াই। অতুগা ককচিংখুনেন, লোং, রাং, ঢাইরল, ওগক্ত, খাজাগোক, নিংথৌখোং অমগুং চাইখোং অসিনাচিংবা অসিদি মৈতৈদি ওইরবা লোন্দি লৈনিবা অসি হায়খিবা মৈতৈ জাত্তকী পানালেনগা নিংডোল লৌনদে।

মথকতা হায়খিবা পুমনমক অসি খরাই মীয়াম তিলনচুনা (মহাসভা) খন্নতুনা লোইরগা লোংমাই নিংথৌনা খরাইদগী থেনা কোন্নংদা খুমলে হায়তুন নোংমাইজিং মখোংদা মখোইগী পুন্দাফমনি হায়রেনা পানংবনা শাগরতুনা লোংমাইজিংগী নো মাই শব্দ অমস্থং থেংবদগী থেং শব্দ লৌতুনা নোংমাচখেম হাববা শলাই ওইরো হায়বদা তুংদা মীচং থাহৌরান হায়রনা, নোংমাই নিংথৌনা হাথবিগনু হায়না হায়জরকই। মাতুদা পাখংবনা হায়বা হন্দে হায়তুনা হাংকে তৌবদা নোংমাই নিংথৌনা পুরেরোম্বা ইডৌপানবগীদা চেংংটিনখরে। মতুং অতুদা ইডৌপানবনা পাংবনা কল্লগে হায়তুনা হায়রকই। নোংমাই নিংথৌবু কনজ্রবদি মঙোনদা চংজরকপা নীবু কনদে হায়তুনা অমগুং পাখংববু মাঙ্গনা হায়বা য়াখিদে হায়না তুংদা ঙাংনহৌরনি হায়রবদা পাখংবনা কনবিরো হায়তুনা য়ারে।

ময়াম্বুনা নোংমাইজিং নিংথৌবু পাখংবনা হাংকে তৌবদগী

মচাগী মতৌগুম্না কল্লবনিনা নিংথৌবেল অঙ্গমলক্তি অঙোম চন্দ্র-বংশনা নিংথৌ ওইদহুনা লোংমাইথেংনা ওক্সম্ব হায়না শাপ ওই বর ওই পাখংনা হায়রম্লগা থোম্নুংতাম্না লেংক্লে।

ওদুগী মতুংদা চিং অকোইবদা লৈবা হাও ( কিরাত ) পুম্নমক শলাই ৭ তরেৎ কী মতুং ইন্দুনা য়েক ৭ তরেং থায়ম্ব হায়দুনা পাখংবনা তাকপিখি।

শালাই ( শাখা ) থাগৈরিবা অসি শলাই শকোক পুরাণ কৌখ্রে।

## মনিপুরদা স্না, লুপা থোকপা মফম মবুধো পাখংবগী স্নাহান্তকদগী ফংলকপা ।

কোংবা মৈরোংবা, মুজেং, কারাং চিংলক, মোইরাং কোম্নুং ইরেল মফম অসিদা স্না, লুপা থোকই।

নিংথৌনা যম্বাল তোংবা মতমদা হায়রিবা মফম অসিদগী লুপা অহিংবা স্না অহিংবা লৌনরি।

ককচিংদা য়োং থোকই, সিবোংদা কোরি থোকই থৌবুম দোলান চিংদা মুং অঙৌবা থোকই। তমেংলোং, মাব, চশাং মোনবী আসনা চিংথা চিং ওকোইবদা হেরা মণি মুক্তানচিংবা থোকই অমসুং মৈথোকপা মুং ( মৈয়েমুং ) থোকই। হুজিকতা চৎনরিরা মৈথেৎবী মতৌগুমনা থাইনদগী তৌজিক ফাওবা হাওনা কী মচিদা মুং মচেৎ অনি পুন্দুনা পুরগা মংখাইনা মৈগী থবক তৌনিংবা মতমদা মুং মচেৎ অনি অদু য়েনরগা অদুদগী হৌরকপা মে অদু লৌহুনা হৌজিকী মতম ফাওবা শিজিনরি।

( শুমু থোকফম )

তাংজেং, তৌপোবপি, আইমোন, ককচিংখুনৌ, কোইজম

বোনজিন, অরো তাংঙৌটম্‌, ককসিংখুনৌ মমাং সৌবোন ভুম্‌লোক আইমোন, শোকপাও, কম্বুই অমম্বুং কাশোমম্ব কৌই। ওশুল, এংনৌপোপদী, পুখাও শুম্বলোক, অহুগা কানজখো,—চাহিংতোনদম্ব শুম্ব ফংই।

## শিবনা অহান্না লৌউকন শিবংশী লগায় (দেশেংশী লমথায়)

### (মণিপুরদা তৌনা ফৌগী জাত)

১। চাহাও পোইরেতোন ২। চাহাও শেমপাক ৩। চাহাও অঙৌবা ৪। ফৌরেন খোভাও ৫। ফৌনাক চাহাও ৬। তুমাই ৭। শংসংবা ৮। তাংথ্‌বী ৯। শাগোলহাংবা ১০। শজিখোক ১১। মোইরংফৌ ১২। কুম্বীফৌ ১৩। লৌতুম ১৪। ইরোয়া ১৫। ফৌরেল অমুবী ১৬। ককচেং ফৌ ১৭। কৃষ্ণভোগ ১৮। নোঙ্গানং য়াংগোনবী ১৯। ফৌগাং ২০। রাইস্পুচারা ২১। য়েন্থিক ২২। নোংনিং ২৩। ফৌরেল চাহাও ২৪। কাবোক ফৌ ২৫। ফৌগাক ২৬। মৈয়াংখাং ২৭। মর্শি লাই-ফৌ ২৮। ফৌরেল নাকুপ্পী ২৯। কুলিমরা ৩০। তুমাই অঙৌবা ৩১। লাংমানবী ৩২। তাংথবী অঙৌবা ৩৩। হৈতুপা ফৌ ৩৪। লাইথুরাম ফৌ ৩৫। শজিয়া।

### (থুমখোকপা মফম খনি)

নোংপোকতা তুমুখোং, মোইরাংপুরেন, ইথম, মোনখো, শরং, লাইখো, চন্দ্রখোং, শাগোং, লিংঙন অমিনাচিংবা। মখারেমদা তোর্ব্বুং, রাইখোংনাচিংবা। নোংচুপ্তা বিষ্ণুপুর থুমখোং লোকনা চিংবা, অরাংরোমদা চলৌথুমখোংনাচিংবা মফম অসিদা থুম খোকই।

মতৌ অসুম তৌনা শলাই (শাখা) য়ুমনাক শাগে অমসুং নৈকাই মরি খোকনা থাইদোক্পিরমহ। খুরাই—(নাগ তুরে

মপান্দগী ষ্নাকন পনথোং ফাওবা )। ষ্নাংখৈ--ষ্নাকন পনপোংদগী মখা ইস্কাল তুরেল মপান ফাওবা)। খঙ্কাই—( নাগ মপাদগী কাকৈথেল ফাওবা )। য়াইস্কুল—(কাংখৈপেলদগী ইমকাল তুরেল মপান ফাওবা )। অসি থাইদুনা লৈকাই লাকপা অমমম হাপই।

ষ্নাংখৈ পন্দোল লাকপা পণ্ডিত শাচৌবা (বাস্থু!) অমসুং ষ্নাংখৈরাকপা ওইখি। মখোই অমুম ত্তৌনা হাপ্পগী মখোইগুমনা লৈপাক মরা তপ্পা চহি ১২০ চানকুন পাল্লগা পাখংবা ( যবিষ্ঠ ) শুপথরে।

---

# তরুক শুবা পন্দূপ

পাখংবনা নোংগাখ্রবা মতুংদা মচা ইবুঙো খোইবা তোম্পোকনা (খেমচন্দ্রনা) শকাব্দ ১১৬ চামা তরাতরুক শুরকপদা নিংথৌ ওইদুনা পালই।

নিংথৌ অসিগী মা হাকুম্বা নোংমগী সুমিত্রা মমা ইবেমনা ফৌ ময়াম ফৌতনবদা ফৌ অতুগী মনাকতা নিংথিজবা লীন মতোক পানবা অমা থোকখি। মসিগুম্বা অঙকপা লীন অতু উবদা মনাই অমনা নিংথৌদা হংগংলুরে। পাও অসি তাবদা খোইবতোমপোকনা থাংজা ৭তা শাবা লোং মচিন ৭ পানবা

ভান্দনা লীন অত হাংত্রোকলে। লীন অত হাংলবা মহুং অতুদা নিংথৌ অত্থু সনা পুকনিং কয়া মুংহাইতনা য়ামনা চিংনবগা লোইননা চেপখি। মতৌ অস্থুম তৌনা কুপ্পাই হুঙাইতনা চেপখিবা অহুদা নিংথৌগী মমংদা (স্বপ্ন) তাকপিরমই মাথুদি মহারাজ নং বরিমতা য়াগম্ব, লীন অত হাংপগী নংগী খবিমতা দোষ লৈতে। অতুনা লীন অতুগী মওং মতৌ ফজবা অত্থু লৌতুনা মণিপুর নিংথৌরেন্গী মনা কী ওহজো হায়না তাকপিরমই

(১) মাকোকনা শমজিন (২) মথানা লমথাংখুলক (৩) মপুকনা থামেনচংপা (৪) মনমগন্না নিংথৌ কী (৫) মমৈনা নিংখম (৬) ময়া লেন্না য়াংবিরেন পাখংবা হায়না কংলা মেন্দা যুমহৌ। মফম অতুদা কনাগুম্বা নিংথৌমচা অমনা ফমল্লুরবদি নিংথৌ ওইবা শকনৈ। লীন ফুমখিবা মফমদা য়ুম শাবগী থন্নরিঙেদা খোংচ্ছাক্কী হন্নুবী হন্নুবা লাকতুনা হায়রমই, হন্দক মফম অসিদা শাগদোরিবা য়ুম অসিদি মণিপুর নিংথৌরেনগী সনা ফম্বাল তোংফম ওইয়ু হায়না তাকপিরমই।

নিংথৌগা মনা শমজিন হাপ্পা অসি মচাকুপনা খাইদোক্কই। মতুদি নিংথৌবেন্না ভাঙৌবা মচুদা মপন ৯ ফাওবা হাপকনি অতুগা নিংথৌনা পিবা অচৌবা ফমদা অঙৌবা অমা হাপকনি মরক্কী ফমদা অঙাংবা অমুবা অসি পিরি।

য়ুম মরোংদি :—মনাংঙৈদা পাখংবনা চিংথৈ নিংথৌমচা মহারাণী লাইশ্রাবু লৌগদংগী থৌরাংলবদা তৌরিবা মতৌ অতু মপা নিংথৌনা উরহুনা মশক ফনা ফজে লাইরা মীরা য়েংগে হায়তুনা লাইশ্রানা পাখংবগী হাননবা লুক খিন্দুনা থম্বা অতুগী মমুংদা লোন্না হামুক মাংচং অসিনাচিংবা লুকী মমুংদা ফুমজিনতুন থমলুরো পাখংবনা লেংলকতুনা লুক হাবদা পোং অতু থেংনবদ

অঙকপা মওং অমা ওইহনা লোকচপতা চোংথখিহনা কংলা তান্না লম্বী অমা শেমখি। মফম অহুবু মকেং স্মরুং হায়না হৌজিক ফাওবা মমিং চংলি। মতৌ অহু উবদা লাইনি হা-য়বা খংখি।

অহুগী মতুংদা লাইশ্রানা মপা মশক খংদনা মীরোল্লকপা লৈখোল উবদা মবুং অহুম্না শাওরহনা মচন মুপীবু হাংকে হায়হনা তৌবদা মহারাণী লাইশ্রান। কিরহনা পাখংবনা চোং থখিবা স্মরুং মপান তান্না চংলকলে। মফম অহু য়ৌবদা মবুং অহুম অহনা মচনবু পাখংবনা মুংশিহনবা অমা পোকহনখি মহুদা মচনবু মাখাইগী কোন্নুংদা চংসি হায়না থেমুকই মদুদ লাইশ্রানা য়াদরে। মহু উবদা মবুং অহুম অহনা মাগী মফম অনা স্মরুং অহুদা শাবিরমই। মতম খব লৈরগা লাইশ্রা অসি কংলা তান্না পুরকুনা মহারাণী হাপখি।

মমা মহারাণী লাইশ্রানা মমাংঙৈগী স্মরুংদা শাখিবা কাইরংবা য়ুমগী মওং ওহু নিংশিংহনা মচা ইবুংঙো খোইবা তোম্পোক্না তাক্তুনা মহুগী মওং শাহল্লি। নিংথৌ অমম্বুং নিংথৌগী মচা মশু পিরগা শম্ভুক (কু) মথক্তা য়ুম অসিগী মওং লৌহনা কৈরেং কাইজাও হায়না হাপল্লি।

মৈতৈ নিংখৌনা ম্না ফম্বাল তোংবা মতমদা মমাংঙৈগী গন্ধর্বা ফীজেং শেংলি।

অহুগী মতুং খব লৈবগা খোইবা তোম্পোক মহারাজগী মচাইবেম্মা অমা শিরে। মাগী মোংফম মপকতা তীল অঙাংবা ময়াম থোক্লুকই মাহু নিংথৌদা ওমলুরে। তীলশিং মোংফমদগী থোকক্লুকপনি মাংই হায়হনা চকপা লৈশ্রাম লোই ওহু অহুদা মখোইগী মওং মতৌ করম তৌরকপগে য়েংউ হায়হনা নিংথৌ পিখ্রে। মখোইনা চাবা চিঞ্জাক

মহুং ইননা য়োকখ্রে। তীল অতুগী মচিন্দগী মুকা হায়বা লং অসিং থোকখি। সূর্য্যবংশগী নিংথৌমচা মুপীগী মোংফমদগী থোকই হায়তুনা তীল অসিগী মমিং লৈমা হায়না কৌখি। লৈম অসিদগী অহান্বা লেংনখনা পুশিনবা ইমুং অতুবু লৈমাপোকপম কৌখ্রে।

লৈমাশিজা হায়বা সূর্য্যবংশগী সৃজতাং হায়ব অসিদগী থোনখ্রিবনি। হৌজিক ফাওবা নিংথৌমচা অমসুং মণ্ডপীশিংবু লৈমাসিজা হায়না কৌনরি।

মহারাজ খোইবগী মতম অসিদসু মমাংদা শ্রীরামচন্দ্রনা রাবণ হাংপগী মতৌ অতু তৌরমই। মতম অতুদগী হৌজিক ফাওবা নিংথৌরেল মথং ২ উকাই কাপপা অমসুং ক্বাকযাত্রা হায়না তৌনরি।

খোইবনা লাই খুংলোম্বী লাংলি (পুজা) লাই খুংলোংবিদগী লাইখুরেনবী হায়না মমিং চংখি। হায়রিবা লাই পাম্বোমতরা পানবা দুর্গানি। সেখাদি তাইবংমীদগী মপুকশেংবা অচম্বা মী তাইবংচম মুমনাক অসিনা সেবা তৌই। মরম অসিনদি বৈদিক ধর্ম্ম চংলম্বগা রামাউং নিমান্দি ধর্ম্মগা কোননা চংলি হায়বা অসি মথক্তা হায়খ্রিবা মরম অসিনা প্রমাণ ওইরি।

অসিদসু নত্তনা বৈদিক তান্ত্রিক অমসুং হিন্দুধর্ম্ম চংলম্বগী খুদম ইরাং চাবান, থৌদোরা, নৈঋত (শন্দোং) দা পায়খানা থম্বা, পুখ্রিগীময়ুরদা উচেক শাংনা তোংহনবা, সংস্কার তৌবা ষষ্ঠিশোনবা, (ইপানথাবা) শ্রাদ্ধ কুরাংলমদাইবা শারোইখাংবা চাংগী ফত্তবা হৌদি ঙাকথোকপা অসিনাচিংবা হৌজিক ফাওবা মথং ২ কায়দনা চংনরকই। অসিনসু প্রমাণ অমা ওইরি। অতুগা চৈরাওবা (চরকপুজা) দা খোঙ্গালদা চাক থাতুনা লাই মরিবু লাং নরি। মাসিনসু প্রমাণ অমা ওইরি। লাইগী মমিংদি—লম্বাবা,

তুম্মাবা, লমশেনবা, তুশেনবা কৌই। বেদদদি ভূমা, ভূমি খুইবীয়া খুইবী হায়না লৈ।

মহারাজ খোইবা তোম্পোককী গাস্তকতা চহি অমা লৈপাক অসিদা নোং তাদত্রুনা য়ামনা ৱারবদা প্রজাশিংনা হন্নুবী হন্নুবদা হংই। মখোই অনিদি মণ্ডল কুইনা পুনসিরবননা থংলিগনি লৈপাক অসিদা চহি অমা নোং তাদতুনা পুমনমকনা ৱারিবা অসি করম্বা পুজা তৌরগা নোংচুপদগে, মন্ত্র তারবদা হন্নুবনা হায়রকই পুরৈরোম্বগী ধারাবু য়োৎ পাইত্তুনা পুথি তৌহল্লু অমস্তুং ইশিংদা তিংউ অহ ওইরবদি নোংচুগনি। হন্নুবা হন্নুবীনা হায়বা মতুং ইন্না তৌরে তৌইগুম্বস্তুং নোংদি চুই হায়ববু লৈপাক ফাওনা চুদে। প্রজাশিং 1 তৌরিবা মতৌ অসি উবদা মখোই অনিদা তমলুরে। মাতু তাবদা হন্নুবনা হায়রকই — অতু ওইরবদি নীপা ময়াম কী লৌথোকতুনা পুশেল য়েত্রনা অহিংদা নোং ও চুথরো নাংলিং মতোনথুম্মো হন্নুবা হন্নুবী তাওথরো হায়ত্রনা নোং লাও অতু ওইরবদি নোংচুগনি। মতুদত নোংদি তাই হায়ববু লৈপাক ফাওদে। অত্রদগী অমুক হন্নুবীনা হায়রকই— নোংমাইজিং ( নীলকণ্ঠ গিরি ) কোবা চিংদগী শিব মূত্তিনা ওইখিব মুংলুম অমস্তুং মুংনাওবী লৌরগা ইরিল তুরেলদা ( ইরানদী ) ইতিংত্তুনা পুজা তৌ হায়কই। প্রজাশিংনা তাকলকপা মতুং ইন্না তৌবদা লৈপাকতা নোং য়ামনা তাখি। মাসি অখোইবা অচৌবা পুজানি।

খোইবা তোমপোক মহারাজগী মতমদা পুংগী মওং মতৌ অমস্তুং য়েৎনাচিংবাসি গন্ধর্ব্বনা পাল্লিঙৈগী মতৌগুমনা য়ামনা চাওখৎখি। খোইবা মহারাজ অসি প্রজাসিংবু মচাগী মতৌগুমন ঙাকপিরমলগা নোংগাখ্রে।

# তাওথিংমাং ( জলগতা সিংহ )

মহারাজ খোইবা তোমপোকন শিরবগী মতুংদা মচা ইবুংঙো তাওথিংমাংনা শকাব্দ ১৯৬ শুবদা নিংথৌ ওইরে।

তাওথিংমাংনা পানবা মতম অসিদা মপুথৌ পাখংবনা মনিপুর রাজ চক্রবর্ত্তি পিগে হায়না য়েক ৭ তারেং হসিগী নিংথৌগী মফমদা য়াওই। ইহান হানবদা মোইবাংনিংথৌ ম-মদা ফাওই। মাদুদা মোইরাং নিংথৌদা হংই। মরমদি নোংম ২গী মুমিত্তা মথক্লাই পানব শাবু ওইরবসু ঙাবু ওইরবসু মঙা২ পিক্কবা ঙমলবদি মণিপুরগী নিংথৌরেল হাপ্পিগে হায়, মাদুদা মোইরাং নিংথৌনা খুমজে-- ননাই ঐহাক্তা ঙমজরোই হায়না খুমখি। অসুম তৌনা মপুথৌ পাখংবনা ফাওরিবসি মংদা ( স্বপ্নদা ) ঙাকতানি।

অদুদগী মোইবাং লোকতাক মরিল লাকতুনা য়াঙ্গোই মচা মরিল কারকতুনা ওইনাম খুনজিন য়োরকলে। মফম অদুদা মপুথৌনা লিন তাংলৈগী মওং ওইনা পুথোকতুনা লম য়েংওম্মি মরম অদুনা মফম অসিবু তৌজিক যাওবা ওইনাম তাংলৈ হাদা হায়না খংনরি।

ওইনাম তাংলৈ হাদাদগী লাকতুনা ময়াই ইমফাল খুমন কোক্সুং আমুক ফাওরুবে, মোইরাং নিংথৌদা হংবা অদুগী মতৌ-শুন্না খুমন নিংথৌসু হংবদা ঙমজরোই হায়না খুমল্লকই। অদুগা মপুথৌ পাখংবনা ফাওবা মতম অদুদা খুমন নিংথৌনা কন্না থোওইরুবে মাদুদা পাখংবনা শাওরুনা তেরা মরুবু পালনী হায়তুনা পিজতুনা খুমন নিংথৌ ঙাওরে। অদুদগী অংগং থেংলবা কান্দা নখুল্ ভুরেল মরিন্দা হীয়াং হিরেল তেংতুনা কারকপদা হৈবোকচিংদা হী য়ৈশিন্দনা খুমন নিংথৌ নোংগাখিরমই। মহাদগী হী অদু মুং

ওইদুনা হৈবোক চিংখোংদা হৌজিক ফাওবা খুমন হী হায়না লৈবি।

মতৌ অসুম তৌনা খুমন কোন্নুংদগী অমুক চংখৎলকতুনা লাঙ্গোল লমফেলদা অমুক ফাওরুরে। লুরাং নিংথৌদসু মথক-তা হংখিবা রারম পুমনমক হংবদা লুরাং নিংথৌসু ঙমজরোই হায়না খুমখি।

অদুগী মতুংদা চন্দ্রবংশগী পুরৈরোম্বা অঙৌপানবা অঙোম নিংথৌদসু হংবদা অঙোম নিংথৌসু ঙমজরোই হায়না খুমখি।

মতৌ অসুম তৌনা লৈতাং লাইরনদা ফাওদুনা থাবা ঙানবদসু পাখংবনাহংবদা মাখোইসু ঙম্মোয় হায়না খুমখি।

খরাইগী ইকোন কোনবদা অঙোম নিংথৌদগী লাকতুনা বিজয়া নদী ( তুরেল অচৌবা ) সুংজেং পুখ্রিগী মনাকতা ফাওরুরে সূর্য্যবংশগী নিংথৌ তাওথিংমাং ( জলগত্য ) মহা রাজদা হংবদা মহারাজ জলগত্যশিংনা খুমজরকই। ননাই ঐহাক নোংমগী মথরাই পানবা শাবু ওইরবসু ঙাবু ওইরবসু মরম মঙাশি শোইদনা কৎচবা ঙমগনি হায়না খুমই। মহারাজ জলগত্যসিংহনা নোংমা নোংমগী মবুধোগী শোইদনা মথরাই পানবা মঙা মঙা কৎখি সূর্য্যবংশগী নিংথৌনা নিংথৌরেল ওইরিবা অসি মরম অদুদগীনি।

মথক্তা হায়খ্রিবা মপুংধোনা ফাওখিরা মৃফম পুমননক অদুদা সুরুং অমমম ফাত্তুখি।

মমাংঙৈদা নম্বুল তুরেল অসি নাওরেম ফাইবোক থোংদগী তেরা কৈথেল লাক্লুনা কাক কৈথেলদা চেলক্লুনা হীয়াংথাং মনিংদা রাইশেনগী তিন্নদুনা লোক্তাক্তা তারমই। তাওথিংমাং মহারাজনা স্থিরাচল কামাখ্যা ( হীয়াংথাং ) অমসুং হৈবোক মহাদেবগা অনি তিন্নবসি ফত্তে হায়দুনা নম্বুল তুরেল অসি খরাইরমনলোমদা পুরক্লুনা হীয়াংথাংগা হৈবোকচিংগা অনিগী

মরক্তা পুহ্না লোক্তাক্তা তাহনবিরমই। মহারাজ অসিগী হাক্তক্তা তুরেন অমম্বুং তু, খোংনচিংবা য়ামনা ক্ষাজহনখি।

তাওথিংমাং মহারাজনা নোংগাঙ্গবা মতুংদা খুনিংঙম্বা নিংথৌনা (খগদীপসিংহ) শকাব্দ ২৭১ শুবদা নিংথৌ ওই। নিংথৌ অসিনা পানবা মতমদা উ, ব্রা য়াম্থোকহন্দুনা য়ুম, কৈ শাবগী মরম য়ামনা চাওথৎহল্লমই।

## পেংশিবা মহারাজ পুন্নাক্ষেমাসিংহ।

খুনিংঙম্বা মহারাজনা শিরবা মতুংদা পেংশিবা মহারাজনা শকাব্দ ৩৩১ শুবদা নিংথৌ ওইহুনা পাল্লি।

## কাওখোংবা (একদরসিংহ)

পেংশিবা মহারাজ লৈত্রবা মতুংদা কাওখোম্বা মহারাজ শকাব্দ ৩৯০ শুবদা নিংথৌ ওইহুনা পানখি।

## নাওফংবা (নীলমনিসিংহ)

নাওফংবা মহাজানা শকাব্দ ৭৭২ শুবদা নিংথে ওইহুনা পানখি।

## নাওখম্বা (দেবান্তসিংহ)

নাওখম্বা মহারাজনা শকাব্দ ৫৪১ শুবদা নিংথৌ ওই। মপুংথো পাথংবগী মতুংদা পানবা নিংথৌ ৭ শুবা অসি ফাওবা দ্বাপুরগী মী লৈরমই মতম অসিবু মৈতৈ লৈবাকতা লাইগা মীগা শমনবা হায়না শিজিনৈ। মরম অহূদগী নিংথৌ অসিবু নাওখোম্বা হায়না মমিংথোল্লি। অঙাংমচাবু মচাবু নরা কৌই, নাওবাহু

থমথি হায়তুনা নাওখম্বা কৌথি। অমসুং শাগৈ শাগৈগী লাইরেম্বী শিংশু চংনা নোংগাখিবগী মতৌগুমনা মাংশিকম থংদে। মহারাজ অসিগী স্না হাকতকতা কংলাগী য়ুং মওং অমসুং চফু মওং ফজহনখি।

# সামৈরাংবা [শ্যামচন্দ্রসিং]

সামৈরাংবা মহারাজনা শকাব্দ ৮৭২ শুবদা নিংথৌ ওইদুনা পানখি। মহারাজনা নোংমগী মুমিত্তা শা তানবা লেংবদা (শিকার) শাজি ফজবা অমা উওনা থাং তাগা লোইননা শাত্থ তান্নরকপদা তুরেল অচৌবদা চোংথখি, মাতদা মহারাজগী অপনবা লৈতনা থাং তা অমসুং সাগোলগা লোইননা চোংথখি। মফম অদুবু হৌজিক ফাওবা নিংথৌতা ইরেল হায়না থংনরি।

# কোন্থৌবা রাজ [কবিচন্দ্রসিংহ]

কোন্থৌবা রাজনা শকাব্দ ৬০২ শুবদা নিংথৌ ওই। কোন্থৌবা নিংথৌ ওইদ্রবগে অমসুং সামৈরাংবা মহারাজনা শিখিবা অনি অসিগী মরকতা লৈপাক অসি চহি মঙা নিংথৌ পান্দে। মতম অসিদা নোংচুপলোমগী নীপা অমা লাকই, মহাকনা অশ্রোদা থুল তারৈ।

নীরৈপাকতগী লাকতুনা থুল তারবা অসিবু মৈতৈরোন্দা পোইরৈতা কৌই। পোইরৈতা হায়বা ব্রাহে অসিদগী লৌদুনা নীপা অহুগী মমিংসু পোইরৈতোন হায়না কৌনখ্রে। পনম নিংথৌ কোবা উমং লাইনা লৈবা মফমদা যজ্ঞ অমা তৌই, মফম অসি মমাংঙৈদা পোইরৈতোম্না হৌগৎলম্বা মৈফমনি।

নীপা অসিনস্থু যজ্ঞ অহ্ল লোইরগা মৈ অহুদি মুৎথংলমদনা মহাকনা মৈতৈ নিংথৌ ওইগনি হায়দুনা কাংলাগী স্না ফম্বাল কারুই। ম'হুদা ইথং খংহৌদনা মহাকপু মণ্ডকশম পাইদুনা ইনথবগুম ফম্বাল মথকতগী ইনথরকই। মতৌ অস্মুম তৌনা নীপা অসি নিংথৌ ওইবা ঙমখিদে। স্না ফম্বালগী ফানখোংদা যাম্না থিনা তারে প্রজাশিংনা মতৌ অহ্ল উবদা মপুথৌ পাখংবনা য়াদহুনা ইনথবনি হায়না ঙাংনখি। অহুগী মগাংদদি কোম্নুং অসিবু কংলা কোম্নুং হায়না চংনৈ, পোইরৈত্তোনবু ইনথখিবা মুমিৎ অহুদগী ইনথফাল হায়না কৌখি। মমাংঙৈগী যজ্ঞ মফম অহু হৌজিক ফাওরা মৈ মুত্রি।

# নাওথিংখোং [নীলমনিসিং]

নাওথিংখোনা শকাব্দ ৬৭২ শুবদা নিংথৌ ওই। মহারাজ অসিনা পানবা মতমদা অঙোম ময়াম তকনা হাংত্তোকউরে মরমদি নাওথিংখোং মহারাজগী মনায় অমা তোব্বান্দা লেপ-তুনা লৈরিঙৈদা অঙোম নিংথৌনা তেল অমা তুরেল রাংমদগী কাপলকই। মাহু উবগা নাওথিংখোংগী মনায় অহুনা চেনশন-থিহুনা মহারাজদা হঙ্গংলুরে। মহারাজনা শাওরহুনা তেঙ্গোল শেমহুনা আঙোমদা লান্দহুনা আঙোম ময়াম হাংলে। থরনা চেনখি। মরম অহুনা চহি অমা নো' তারুক্রে, পণ্ডিতশিংদা হংউবদা শক্লাই শপোক পুরাণ ফাকতুনা য়েংউ পুরাণ য়েংবদা পুরৈরোম্বা আঙোমপানবগী নিংথৌ ব্রাংলে অহুননি হায়না নিংথৌ-দা হঙ্গংলে।

অহুদগী মহারাজনা আঙোম শাগৈ কদাইদা লৈবগে থিয়্ হায়হুনা ময়াম থাদ্‌না থিহনবদা নোংমাইজিং মখোংদা লোৎতুনা

লৈরমই । মাহুদা নিংথৌগী মনায়না ফাবদা ময়াম্বনা ঐদি অহল ওইরে, মনাওবু শিরে নরাইবক চাওবে নরাইবক ক্তুইজরুরো হায়না থারকই। মনাও অহুবু শামুদা পুখৎলক্তুনা অঙোম নিংথৌহাপখি।

নাওথিংখোংগী স্নাহাক্তক্তা লুরাংনিংথৌ পুনশিবনা থাইনগী রারী অসি লিবিহুনা হিয়াংতান্নবা তৌদোকলমই।

## খোংতেকচানিংথৌ খেলনন্দসিংহ

খোংতেকচা মহারাজনা শকাব্দ ৭৪০ শুবদা নিংথৌ ওইহুনা পানখি।

## কৈরেম্বানিংথৌ কৃত্তীবরসিংহ

কৈরেম্বা মহারাজনা শকাব্দ ৮৪২ শুবদা নিংথৌ ওই। মহারাজ অসিনা শিখ্রবা মতুংদা চহি ১০ লৈপাক অসি নিংথৌ পান্দে।

## য়ারবারাজ দন্তাবিদিপতিসিংহ

য়ারবা মহারাজনা শকাব্দ ৮৭১ শুবদা নিংথৌ ওইহুনা পাল্লি। মহারাজ অসিগী স্নাহাক্তক্তা খুমনগা মতেক অমা লান থাক্লখি। খুমননা লান ওমহুনা য়াইস্কুল লাম্মি অকনবা মথোঙ ফাখ্রে অমস্তুং লমম্ন লোকপচিং ফাওবা লৌশিন্দনা খুমন

খোং খুমন মুং হায়রদুনা তৌজিক ফাওবা লৈরি। নোংমগী সুমিত্রা খুমনগী ইরাত চাবান্দা (প্রতিকার) মী য়াওবা হায়দুনা মী থিরু হায়দুনা লালোই ৭ পু থারকই মাখোইনা মথক লোমদদি থিরকত্তুনা মথারোমদা চৎথরকত্তুনা মহিরঙ্গপুরগী (মোইরাং) সেনাপতি কায়েন লান্দা থৌবগী (থোংলেন) মতুংবু লালোই ৭ না হাত্তুনা পুরকলে। কায়েন লান্দা থৌবনা মাত্ত তারদুনা তান্নরকদা লোক্তাক খোংজিন্দা লালোই ৭ কা লান শোকনবদা য়াইস্কুল লালোই ৭ কী মমুংদগী ৬ খক হাত্তোক্লে অতুগা ইতে'ন তোনবা অতুদি চেনখিদুনা মথরাই হিংখি।

রাহৌ অত্তদগী মোইরাংগা খুমনগা লান তৌনবদা মোইরাংনা ঙমদুনা লম তাকয়েন মপান ফাওবা লৌশিন্দুনা পাল্লুরে। খুমন নিংথৌনা মতেক অমা পানবা অসিদা মৈতৈনিংথৌগী ইনথফাল অসি মমিং কজে হায়দুনা খুমন কোন্নুংমু ময়াই—ইনথফাল হায়না থোনখি। অমসুং ময়াং কলিশানা খুমন কোন্নুং শেম্বনমু য়ুমফম থোল্লি হায়দুনা ময়াং য়ুমফম হায়না মমিং থোনখি।

মৈতৈ লৈপাকনা চুড়ানথাবা চালি হয়ানরিবা অসি নিংথৌগী ইরাং চবাল তৌবদা মী য়াওবা অতু লালোই ৭ অসিনা মী ফাদুনা পিবিরিবা মথোই ৭ অসিবু চুড়ানথাবা কৌই।

য়ারবা নিংথৌগী স্নাহাকতকতা লোইলমগী মকোক মৃমাং-ভৈগী মত্তমগুনা হাপলমই।

---

৭ শুবা পন্দুপ

# অয়াংবা অখণ্ডপ্রতাপসিংহ

অয়াংবানা শকাব্দ ৮৯০ শুবদা নিংথৌ ওইহনা পাল্লি।

# নিংথৌচেং কণ্ঠমণিসিংহ

নিংথৌচেং মহারাজনা শকাব্দ ৯১০ শুবদা পাল্লি।

# চেংলৈপান লাম্বা চন্দ্রসিংহ

চেংলৈপান লাম্বা মহারাজনা শকাব্দ ৯৪৯ শুবদা নিংথৌ ওইহনা পাল্লি।

# য়াংলৌকৈফাবা ব্যাঘ্রজিৎসিংহ

য়াংলৌ কৈফাবা মহারাজনা শকাব্দ ৯৪৯ শুবদা নিংথৌ ওইহনা পাল্লি। নিংথৌ অসিগী স্না হাকক্তা শা কৈ তানথোক্তুদা লম তু ফজঙল্লি। কৈ খুতুপ তরেৎ শাংবা চংনা ফারগা কৈয়াং থেকতুনা (পুজা) লৈমুংদা ফুমজল্লি। মকম অদু হৌজিক ফাওবা কৈবুং হায়না মমিং চংলি।

# ইরেংবা ইন্দিবরসিংহ

ইরেংবা মহারাজনা শকাব্দ ১০৯২ শুবদা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লি।

# লোয়ম্বা লবঙ্গসিংহ

লোয়ম্বা মহারাজনা শকাব্দ ১০৪৯ শুবদা নিংথৌ ওইখি। নিংথৌ অসিগী সনা হাকতকতা মহিরঙ্গপুরদা ( মোইরাং ) খম্বা থোইবীগী ৱারি অমা থোকখি। মরমদি থোইবী হায়বীসি চিংখুবা, যুবরাজগী অমতা পোকপি মমোমনি। চিংখুবনা থোইবি অসি নোংবানদা পিনিংই। ময়াম্বা নিংথৌনদি খম্বদা পিনিংই থোইবীনসু খম্বাবু পামই। চিংখুবনা মানা হায়বা য়াদে হায়দুনা মতম খর কবোদা লোই থাই। মপা চিংখুবনা গুংশিরকন্দংনা থোইবিবু লোইদগী কৌহল্লুরে। থোইবীনা লোইদগী কারকপা মতমদা শগোল তোংদুনা খম্বাগী মমুম তাল্লা চেনশিনখি। মতৌ অম্মুম তৌনা খম্বাগা থোইবীগা পাল্লখি।

মতম অদুদা মোইরাং অসি খুঙ্গং ৯ থোকনা লোক্তাক মপান ফাওবা তারমই। লোক্তাক অসি মতম অদুদা মাইল ৩ রোমনা কোইদুনা লেত্তাক হায়না লৈরমই। হৌজিক লোক্তা-কনায়াম্না চাওরিবসি মতম অদুদা মোইরাংগী খুম্বক খুনথাগী মামং চৎপা কৈরেম্বা অমস্তুং য়াংঙিবা আন অসিনা নোংমগী অমনা খুম্বক য়েংগে অমনা খুনথা য়েংগে লাকনবদা মুগিত্তা খুলয়াইদা মখোই অনি থেংনরে মাদুদা নিংঙাই তৌনদুনা য়ৈনরে।

মখোই অনি অসি তুম্মিৎ ৭ নি য়ৈনৈ। নোংম নোংমগী য়ৈনবা লোইবগা লেম্নাক তান্না ইশিং পকগা চংলি। মখোই অনিনা ইশিং অসি লাপনা লৈমনখরে হায়দুনা খর চাওহনশি হায়না খন্নরে। মাহু গুরুবর্বাদ মহাদেবনা ইশিং চিংখনবা হায়রু। লৈমুংদা থেংগুমা ফিন্দুনা হোবিগা মখম অতু মেনশিল্লুবগা হায়দুনা চুংপাক অচৌবা অমনা মেনশিল্লুরে। মরম অসিনা হৌজিক ফাওবা ইশিং চাওবনা অসিনি। মসিগী মমিং ইথোংদগী থাঙ্গা চুংথোং হায়না কৌনখি। মাংদগী মোইরাং, থাঙ্গা অমসুং কারাং অসি চিংখাংলোমদা হায়গত্তুনা থুম্তাখি। মখোই অনিস্তু ইশিং থুমদুনা যেংবা লেংবখ্রে। লোয়ম্বা নিংথৌ অসিগী স্না হাওক্তা হান্নগী মতৌগুমনা থাবলচোংবা (ঔগ্রী হঙ্গেল) অমসুং লাই হারাওবনাচিবা চাওখংহনখি।

# লোইতোংবা (লোকনাথসিংহ)

লোইতোংবা মহারাজনা শকাব্দ ১০৭৬ শুবদা পাল্লি। নিংথৌ অসিগী সনা মাংবতা ময়ঙ্কবনা পাখি হৈগী মতৌগুমনা কাংখুং তরেং অমসুং খুং খংনবনাচিবা চাওখংহনখি।

# হেমতৌ ইরান্থাবা (ইন্দ্রিবর)

হেমতৌ ইরান্থাবা মহারাজনা শকাব্দ ১১০১ শুবদা নিংথৌ ওইদুনা পানখি।

## থাৱানথাবা [সুরচন্দ্রসিংহ]

থৱানথাবা মহারাজ শকাব্দ ১১১১ শুবদা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লি। নিংখৌ অসিগী সনা হাকতকতা লোকতাকতা হীগী লালদা খুমন ক্বাকপা সেনাপতি মণ্ডক বকতুনা হিয়াংহিরেনগী ঙিনাওদা হাপলকই।

## চিংথাং লাম্থাবরাজ [চন্দ্রকান্তসিংহ]

চিংথাং লাম্থাবা রাজনা শকাব্দ ১১৫৩ শুবদা নিংথৌ ওইদুনা পানখি।

## পুরান্থাবা রাজ (সঞ্জয়বীতসিংহ)

পুরান্থাবা রাজনা শকাব্দ ১১৪৮ শুবদা নিংথৌ ওইদুনা পানখি

## খুম্বোম্বা রাজ (মালাধরসিংহ)

খুম্বোম্বা রাজনা শকাব্দ ১১৫৮ শুবদা নিংথৌ ওইদুনা পানখি

## মোরানবা রাজ (স্থিরভদ্রসিংহ)

মোরানবা রাজনা শকাব্দ ১১৭৮ শুবদা নিংথৌ ওইদুনা পানখি।

## থংবী লাম্বারাজ (আনন্তসিংহ)

থংবীলাম্বাবা রাজনা শকাব্দ ১১৯০ শুবদা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লি।

## কোংয়াম্বা রাজ (কীর্ত্তিচন্দ্রসিংহ)

কোংয়াম্বা রাজনা শকাব্দ ১২০৭ শুবদা নিংথৌ ওইদুনা পানখি।

## তেলহৈবা রাজ (সুদর্শনসিংহ)

তেলহৈবা রাজানা শকাব্দ ১২২২ শুবদা নিংথৌ ওইদুনা পানখি।

## তবুংবা রাজ (ত্রানদাতাসিংহ)

তবুংবা রাজনা শকাব্দ ১২৩১ শুবদা পল্লি। নিংথৌ অসিগী মতুংদা চাহি মঙা নিংথৌ পান্দে।

## পুনশিবা রাজ (চন্দ্রহাসসিংহ)

পুনশিবা রাজনা শকাব্দ ১২৭৬ শুবদা নিংথৌ ওইদুনা পানখি।

# নিংথৌখোম্বা মহারাজ শ্রীপতিসিংহ

নিংথৌখোম্বা মহারাজনা শকাব্দ ১৩১১ শুবদা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লে। নিংথৌ ওসিগী মমা হাকতেকতা নোংপোক লোমদগী কাবো লাল থোরকই। পাও অসি তাদুনা শ্রীপতি মহারাজনা নাম্মি তেঙ্গাল পুংনা কাবো নিংথৌ আক্লাগা লান শোক্লাখ্রিঙগী মখুংদা, অরাং নোংপোকলোমদগী তাংখুন নিংথৌ পুরিংবা অমম্বুং ত্রশেলনি হৌগা তিন্নদুনা কোন্নুংদা নিংথৌ লৈত্তে হায়বা খংলদুনা মেইতে কোন্নুং অসি লৌগে হায়বগী দমক লান হৌরকলে রাংম অসি তাবদুনা শ্রীপতি মহারাজগী মহারাণী লীশ্বোই ঙানবীনা মপুরোইবগী রাজবেশ শেংচিন্দুনা নীপা শাদুনা অমম্বুং ওপা লৈবা পুমনমকম্বু মাগী মাগী মপুবোইবগী ফিজেং শেংচিন্দুনা নীপা শদুনা তংখম চিংজিন তান্না লানগী যাত্রা তোরক্লে মহারাণী লাশ্বোই ঙানবীনা তাংখুলশিংগা অকনবা লান শোকলরক্লে। মহারাণীনা লান হৌরকলিবা তাংখুল পুমনমক খাইনা মমা কোন্নুং তাননা পূখংলকই।

মতম অমদা শ্রীপতি মহারাজনম্বু ববোগী লান জয় ওইদুনা কাবোশিংবু মাংথিবা লিদুনা মখোইগী নিংথৌ অকলাবু ফাদুনা মৈতৈ সনা কোন্নুং তাননা পুরকলে।

শ্রীপতি মহারাজনা লান জয় ওইরকপগা অমম্বুং মহারাণী অম্মুম ওইবা অঙকপগী মশক ওইবা থৌনা ফবগী মতৌ অদু উন্দা সনা পুকনিং গুঙাইরদুনা প্রজা পুমনমকপু কৌখংদুনা হন্নাও কুম্মৈ য়াম্না তোরে। অদুনগী প্রজা পুমনমকনা মহারাণীগী

মমিং পুরিংবা ফাবী হায়না মিংথোল অসি প্রজানা থোনখি অনশুং নিংথৌনা যারকপা কবোশিং অদুনা খরাইদা খুন তাহনখি অদুগা মখোইগী লৈকাইবু থুবাই কবো লৈকাই হায়না কৌই কবোনা ওইখিবা মৈতৈশিং অদুবু নোংপোক হারম হায়না খংনৈ।

মতম খর কৈরগা মোইরাংনা নিংথৌখোম্বা মহারাজগী মথক্তা লান তাবকই। মাদুদা শ্রীপতি মহারাজনা শাওরদুনা মোইরাং পুম্নমক লোইনা ফারক্লুনা য়াইস্কুলগী হিজম য়াইজম পাং মপান্দা মখাইগী মচি ময়াক চম্ননবা হায়দুনা তক্লা হাংখি। ১৬৯৮ অসিদা লৈপুং অমা থোল্লমই, মোইরাং ময়াম খোমজনা হাংখি হায়দুনা মফম অদুবু মোইরাংখোম হায়না কৌথি মোইরাং নিংথৌমচা খর্বাদা তরা বোম্নুংদা লোংখি।

# কিয়াম্বা মহারাজ (চিন্তামনি)

কিয়াম্বা মহারাজনা শকাব্দ ১৩২৩ শুবদা নিংথৌ ওইদুনা, পাল্লি মহারাজ অমগী স্নাগা কক্তা মনিপুর ওমথৈ অসি অরাংলা- মদা আসাম মোইবাল হাওখুল। নোংপোক্তা হৈনৌ খোংনেম্বী নিংথি তুরেল মপাল লোইজিরি চিংশাং, মখারোমদা চিংনুংহুৎ আবাম হাও, নোংচুপ্তা কাছাড় বদরপুর ফাওবা ওইরমই।

মহারাজ কিয়াম্বাগা কবোগী পোংনিংথৌ খিকোম্বগা মরুপ ওইদুনা য়াম্না চানৈ। শ্রীপতি মহারাজগী স্নাহাত্তক্তা মাংখিবা বিষ্ণু অদু পোং নিংথৌগী কাংগোক মফুংদা লৈরমলে। পোংনিংথৌনা বিষ্ণুবী হায়বা খংদদুনা ফুংগ্রী হোৎনবদা লাইদুংথুংলে। মতৌ অদু উদুনা নিংথৌনা

পাঞ্জিদা হংবদা মৈতৈ নিংথৌনা বিষ্ণুনী হায়না ফাওরে। অতুদা পোং নিংথৌনাকরম তৌরগা লাইথুং অসি কোক্কনি হায়না হংলকপদা পাঞ্জিনা বিষ্ণুগী হৌনবী পুজা তৌরগা কোক্কনী হায়না হায়খি। ৱারম অসি তাবদা নিংথৌনা বিষ্ণুগী পুজাদি মতৌ করম তৌগনি হায়না হংলকপদা বিষ্ণুগী পুজাদি ব্রাহ্মণনা তৌগদবনি হায়না হংগংখি। অতু ওইরবদি মহারাজনা মী থাক্তনা তেঙ্গোল অনিঅসিগী মরক্তা ব্রাহ্মন থিয়ু হায়না থিহল্লকপদা লোক্তা ব্রাহ্মন থর চাক চাতুনা লৈরমই। ব্রাহ্মনশিং অদুবু যাগনা বিষ্ণু পুরান পুথোরকতুনা আরিবগনা বিষ্ণুগী হৌনবী পুজা তৌখি। ব্রাহ্মন অদুবু আরিবম বিষ্ণুলাংপম হায়না খংনখ। অদুগী মতুংদা পোং নিংথৌনা শ্রীবিষ্ণুগা স্নাগী থাগোক ভমগা কিয়াম্বা মহারাজগী হাক্তন্না খুদোলগী মশক ওইনা পিরকই।

কিয়াম্বা মহারাজগী স্না হাক্তক্তা ব্রাহ্মনগী মশিং য়ামথংপা হৌরকই। মরমদি লোংচুপলোমদা মুসলমান নিংথৌশিংনা মখোইগী ধর্ম্ম শন্দোকল্লকপদা হিন্দু অমসুং ব্রাহ্মনশিংনা মখোইগী ধর্ম্ম অদু মাংহন্নবিনংদতুনা মথৱাই হিংল্লবা মফম থিরকপদা লোং- পোকলোমদা য়াম্না খুংকন পাঙ্গনবা অমসুং থাং তেম্নাউংবা য়াম্না হৈবা হিন্দু ধর্ম্ম চংপা মনিপুর কৌবা লৈবাক অমা লৈ মফম অদুদা মুসলমানশিংনা চংবা ঙমদে হায়না তাই। মরম অসিনা ঐখোই মনিপুরগা চেন্নসি হায়তুনা চেলকতুনা খুন্তাখি ব্রাহ্মনশিং অসি মহারাজ কিয়াম্বগী স্না হাক্তক্তা লাকপনি।

| জাং | লাকফম | পুৱকপালাই | মমিংথোনন্দীমরম | য়ুম্নাকওই থবা |
|---|---|---|---|---|
| ১। বেনার্জ্জী, | খরদাহদগী, | গোপালজি, | বিচ রপতি ওইবা, | অধিকারী ময়ুম, |
| ২। চটার্জ্জী, | গুজরট,ভটপূর,রামচন্দ্র, | গোমতী মহারাণী গুরু ওইবংগী, | | শিঙাগুরুময়ুম. |
| ৩। মুখার্জ্জী, | কানপুর, | শ্রীবিষ্ণু, | নিংথৌদা লৈহাওকৎপদগী, | লৈহাও থাবম। |
| ৪। আচার্য্যা, | কুনিলগ্রাম, | শ্রীরুদ্রবতী, | কবচিংদা তাবদগী, | ককচিংতাবম, |
| ৫। চটার্জ্জী, | নন্দগ্রাম, | শ্রীবিষ্ণু, | পোংনিংথৌগা মরূপ ওইনদগী, | অরিবম, ফুর ইলাৎপম |

খামোনশিং অসিগী মতুং ইন্নরকপা ক্ষেত্রি বৈশ্য, সুদ্র ( কিতানা ) অহুম অসি য়াওরকই। মৈতৈগী কিয়াম্বা মহারাজনা পাল্লিঙৈগী মতম অসিদা কবোগী পোংনিংথৌ খিখোম্বগী মচা নীপা থ্যাং যুবরাজগী লাইথং খুংই। মাতু উবদা পোং নিংথৌ খিখোম্বনা নপাবুং মহারাজ কিয়াম্বদা চৎলু মনিপুর হায়ববা অসি লাইগী লৈবাক্তি নিংথোসু লাইগী মচা মণ্ডনি, মহারাজ কিয়াম্বনা কোকউ হায়রবদি মরাংনা কোকচগনি হায়দুনা পোং নিংথৌগী মচা

নীপা খ্যাং যুবরাজবু মণিপুর থারকই।

খ্যাং যুবরাজনা কিয়াম্বা মহারাজগী মফমদা মপানা হাইরকপা রা পুম্নমক কোইনা ওন্মুরে, মাতুংতাবদা কিয়াম্বা মহারাজনা মণিপুরগী অথোইবা তীর্থ ৫ মঙা অসি লুপ্লবদি মংগী লাইপুং অদু বোক্কনি হাইদুনা পোং নিংথৌগী মচা নীপা খ্যাং যুবরাজনা তীর্থ ৫ অসি লুপলুবদগী লাইপুং ১০৮ বোকখি। হায়রিবা তীর্থ ৫ অসি মথক্তা হায়খ্রিবা তীর্থশিং অদুনি।

কিয়াম্বা মহারাজগী মা হাক্তা মপুখো পাঙ্গংবগী মতৌগুমনা অহল্লুপ, নহারুপ, খাবম অমসুং লাইফম হায়না পনা মরি অসি শাইদুনা লালুপ কাহল্লি। অদুগা লৈপাক অতোপ্পদনা মীসু খুল তাবা হৌদনখি মতুংদি – ক্বাথা ( তাখেলদগী লোইনি ) মখোই অদুবু মখা হাবম হাধনা থংনৈ।

মহারাজ কিয়াম্বনা ( চিন্তামনি শ্রী বিষ্ণু ফংবদা হংরাও খিদনা ব্রাহ্মনশিংনা বিষ্ণুগী পুজা চোকশিন্না তৌ হায়না মা য়াথং তাকপিরে, মা য়াথং মতুং ইননা তরিবম, ক্ষুরাইলাংপম ক্ষেত্রিময়ুম অমসুং কিতানা ময়ুম মরি অসিনা চিংবন। শ্রীবিষ্ণুগী গৌরিদা কিতানা পুং খাল থিরুদনা হরিগী সংকীর্তন অসি হৌদোকখি। মরম অদুদগী তৌজিক ফাওবা নিংথৌরেনগী কীর্ত্তনদা কিতানা চঙবা অমমম য়াওদ্রে।

কিয়াম্বা মহারাজগী মা হাওতগী হৌনা বঙ্গালী ময়েক থর থর শিজীনবা হৌখি।

# কোইরেম্বা রাজ মুক্তাবলি

**কোইরেম্বা রাজনা শকাব্দ ১৪২০ শুবদা নিংথৌ ওইদুনাপানখা।**

## লমগাইঙম্বা রাজ ( গাইচন্দ্রসিংহ )

লমগাই ঙম্বা রাজনা ( গাইচন্দ্রসিংহ ) শকাব্দ ১৪৩৫ শুবদা নিংথৌ ওইদুনা পানখি।

## নোংইনফাবারাজ

নোংইনফাবা রাজনা শকাব্দ ১৪৪৬ শুবদা নিংথৌ ওইদুনা পানখি।

## কবোম্বা রাজ

কবোম্বা রাজনা শকাব্দ ১৪৭৭ শুবদা নিংথৌ ওইদুনা পানখি।

## অতোংজাম্বা রাজনা ( মাধবসিংহ )

শকাব্দ ১৪৬৫ শুবদা নিংথৌ ওইদুনা পানখি।

## চলাম্বারাজ ( রিপুসিংহ )

শকাব্দ ১৪৬৮ শুবদা নিংথৌ ওইদুনা পানখি।

## মোংয়াম্বা মহারাজ ( দেবরুদ্ধসিংহ )

মোংয়াম্বা রাজনা শকাব্দ ১৪৮৬ শুবদা নিংথৌ ওইদুনা পানখি মহারাজগী স্নাহাক্তভ। খাগী লৈগাক অদুদা পেয়াঙ্গু কৌবা নিংথৌ অমা পাল্লম্মি। মতম অদুদা খাগী লৈপাক্তা মোয়দন। হাঙ্গীনা কৌবা নিংথৌনা লাকঙম ফাঙমদ্রবা হিংচাবগী পুকচেল চেনবা ফত্রবা নিপা অমা লৈরম্মি।

মহাকনা ওৎপদা নিংথৌ ১স্নুং প্রজাসিংগী ওম্বোক্পা মুংঙাই-তবা ১স্নুং অন্নাবা ওইরম্মি। পেয়াঙ্গু নিংথৌনা মশানা লাকশিনবা মদ্রবা অদুদা মপুক্কিংদা থল্লকলে, “ঐনা মহাকপু লাকপা ঙমগদবা

লৈত্রে; অসিনা মহাক অসিবু থরিগুম্বা লৌসিং অমা তৌতুননা মনিপুর মহারাজগী মফমদা থারগে। মহাক্কী মনাক্তা থম্লবাদি মহাকপু সোইদনা ল'কপা ঙমগনি। অসুম্না লেপলগুন পেয়াঙ্গু নিংথৌনা নোংমা মোয়দনাবু কৌতুনা হায়; "মনিপুর হায়বসি ঐগী লোইনি, মাতু য়াম্নম্ব হুংঙাইবা লৈবাকনি, নংনা মফম অতুদা চত্তুনা লৈরু, তৌনিংবা তৌতুনা ননিং তম্না লৈরুরো"। নিপা অতম্ব হরাওবগা লোইনান নিংথৌগী য়াথং অত য়ারে। মোয়দনাবু থাখিত্রিভৈগী মমাংদা পেয়াঙ্গুনা মনিপুরগী নিংথৌ দেবরুদ্ধসিংহদা ফত্তবা নিপা অতুবু লাকপিনবগীদমক মরোল পুম্নমক শন্দোকনা ইরতুনা চিঠী অমা থাখ্রে।

মনিপুর নিংথৌনা থাগী নিংথৌগী চিঠী ফংলতুনা লৈপাক্কী অঙম অথৌ অপুম্বা কৌরতুনা দরবার তৌরে। অরা থম্নরবগী মতুংদা অসুম্না লেপনরে, থরক অসিনা অরাইবা থবক নত্তবনা মসিগী মঙ্গোলগীদমক মবুধৌ পাখংববু পুজা তৌগনি মরম অতুনা পোংলম পুম্নমক্কী লোইননা থাংজা হুমিত্তা পাখংবগী পূজা তৌরে।

হুমিৎ অতমক্কী নোংয়াই মতুং ওইরকপা মতমদা কংলাগী অন্নাংথংবা ইরেল অতুদা ইথং খংহৌদনা থোঞ্জেল অমা লাওরকই "মহারাজ! নংনা ন্নারিবা অত ন্নারুগনু, ঐনা থাং অমগা তা অমগা থম্বিরমগে অসিনা নিপা অতুবু হাংলু"।

ন্নাহৈ অসি তারতুনা ময়াম পুম্নক থোরক্তুনা য়েংনবদা থাং অমগা তা অমগা ইশোই শোইদনা লৈরমলে। থাং অতুগী মমিংনা খৌবোম্বা তা অতুগী মমিংনা খাংগুনহা কৌই।

থাং অমসুং তা ফংলবদা নিংথৌনচিংবা মীয়াম অপুম্বা ঙমনা হুংঙাইনরে। থাংগা তাগবু মবুধৌ পাখংবনা পিবিবনি হায়বা থংনরে। পাখংবনা লাওতুনা তাকল্লমই হায়তুনা ইরেন অসিগী

মমিং পাওত্তাক ইরেন হায়না কৌরে ।

মতুংগী ( নোংমাইজিং ) মুমিংকী নোংঙাল্লমদাইদা দেবরুদ্ধগী খা থংবা সনথোংদা নিপা অমা থুংলরে হায়না নিংথৌদা হঙ্গংলরে ।

থোংদা লেপ্তুনা মহারাজবু উশিংথৌওইদবগা লোইননা কৌরকই মনিপুর মহারাজ ঐ লাকলে খোক্লকউ মাহুদা দেবরুদ্ধ মহারাজনা হানা কৌবা অহু তারহুনা মোয়দনানী হায়রা অসি থংলহুনা থৌগল থরগা লোইননা খা থোংলোমদা পাথংবনা পিরম্বা থাং তা অনিমক্কা লোইননা লেংথোক্লক্লে ।

দেবরুদ্ধ মহারাজনা মোয়দনাবু য়েংলহুনা হায়রকই, মতম চাদনা লাকলিবা নং কনানো ? নংনা লাকপা মবম করিগীনো? মানা হায়রকই ঐগী ইনিং ময়দনা কৌই থাগী লৈপাক্কগী লাকপনি, থাগী নিংথৌনা মহারাজ নং অসিবু মানা মখাপোনবা অমস্তুং লোইচনবা নিংথৌনি হায়রকই । নহাক্কী লৈপাক অসিদা মহাক্না ঐবু তৌনিংবতা তৌরু হায়হনা থারকনিবনি ।

মাহাক্কী ব্রা অহু তাবদা দেবরুদ্ধ মহারাজনা অশাওবগা লোইননা হায়রকই নংবু খাগী নিংথৌনা লৌনম তৌহুনা ঐগী ইফমদা নংবু হাংলু হায়হুনা থারকপনি । থাগী নিংথৌনা পিরকপা চিঠী অসি উবরা ? নং অসি নথরাই লৌরগদবনি রাহৈ অসি হায়হুনা দেবরুদ্ধা মহারাজগা ময়দনাগা অকনবা লান শোকনরে দেবরুদ্ধ মহারাজনা থাং খোবোম্বনা ময়দনাগী মঙক অহু ককলে । মঙকনাচোকপন মহুংদা তারে অহুগা মশানা চোকপন রাংমদা তারে ময়দনাগী মকোক অহু কংলাগী মুংগোইবীদা চনশিনখি মকম অহু মতুংদা থংহৌনবা হায়হুনা দেবরুদ্ধ মহারাজনা চুংগাকনা ননশিল্লি ।

খাগী নিংথৌনা ময়দানাবু হাংখ্রে হায়বা তারহনা য়াম্না নুংঙাইবহুনা মনিপুরগা চত্তুনা মহারাজদা খুদোলপোৎ কংকে হায়হনা নিংলে । পিয়াঙ্গুনা নিংথৌনা মাগী লৈপাক্কী অঙম অথৌ কৌখত্তুনা স্না লুপা খাগী পোৎ অরূবগা লৈ অমগা পুরক্তুনা মনিপুর তাম্না লাকলে ! মনিপুর স্না কোন্নুংদা থুংলহুনা পিয়াঙ্গুনা দেবরুদ্ধ মহারাজদা হায়বকই মহারাজ হন্দক ঐগী ইতেং পাংলিবা অসিদা ওন্থোকনা নুংঙাইজরে চসিদগী হৌনা ঐহাক মহারাজদা চহি খুদিংগী লোইপোৎ কাজরকদগনি ঐনা পুবক লিবা খুদোল পোৎ অসি নৌশিংবিযু খাগী নিংথৌনা মনিপুর মহারাজদা লোই-পোৎ কারকই হায়বসি মতুংদা মনিপুরদা লৈবা মীনা খংহৌনবা ঐনা পুবকলিবা লৈ অসিগী মমিং খাগী লৈগাও কৌবিয়ু, লৈ অসি মনিপুরদা থাজরমগে ।

দেবরুদ্ধ মহারাজগী স্না হাক্তক্তা চোকশাবা হৌবে খাগী শিংনা চোকনা হোগাইবীথো অমস্তুং কংলানেন মমাংদা নোংশা অনিগা শাবমই ।

খাগী নিংথৌনা মনিপুরদা লৈরিঙৈদা দেবরুদ্ধ মহারাজগী মচা নীপা অমা পোকই খাগী লোইপোং হাবা মতমদা পোকং হায়হুনা খাগম্বা হায়রনা মমিং থোনখি খর লৈরগা খাগী নিংথৌম্ব ময়ুমদা হনখ্রে ।

খাগী ( চীন নিংথৌ পিয়াঙ্গুনা হনখ্রবদা খাগী ( মঙ্গোলিয়া ) থরদি মণিপুরদা অতুম্মক লৈজরগে হায়না লৈখি । খাগীনা পোইরৈতাবা খুনগী মমিং কৌক্রুক, শেঞ্জাম, চিরাং অমস্তুং কান্ত অসিদা থুল তারমই । মখোই অসি অহানবদা বৌদ্ধ ধর্ম্ম চৎলমই । মমৈদা মেতৈগী ধর্ম্মদা তিনখি । মখোই অসিবু নোং-পোক হারম হায়না খংনৈ

দেবরুদ্ধ মহারাজগী স্নাহাক্তক্তা বিজয়া নদী ( তুরেল অচৌবা ) অসি থৈদোকপিরমই, মরমদি তুরেল অসিন। ইশিং ইহৌরকপা মতমদা বংলা কোম্নুংদা থেংই হায়রুনা থৈ। অহানবদা চেল্লম্বা কোইরেংগৈ চিংয়াদা অস্নুম চেল্লক্কুনা চিংথৈরোংগী চিং অনিগী মরক্তা লাকই। চিং অনি অসিগী মরক্তা আরাং চাওখোং ইরেল হায়না য়ামনা থিনরমই। মাতুদগী চেল্লক্কুনা কবর খানাগী মনিংদা লাক্কুনা মিন্নুখোংগী মথক রাইদা তারমই।

অনৌবা থেরকপা— কোইরেংগৈদগিনা, মাইখুল থৈঙাং, লাইরিকয়েংবম লৈকাইদগী লাকতুনা মিন্নুখোংদা তারকই। থিংঙিবা মফম অদুবু অক্রম থিংঙেন হায়না কৌখ্রে, অদুগা অরাং ইরোং হায়নসু খংনৈ।

দেবরুদ্ধ মহারাজগী স্না হাকতকতা উত্তর কাছাড় হিরাম্বা দেশ লান তৌদুনা জয় তৌরমই। মাতুদগী ফারকপা মীশিং অদু তুরেন থৈখ্রিবা মপান থুরাইদা থুন তাহনখি। মতম অসিদা বাঙ্গালদা ময়েক চাওখৎলকই। মখোই অসিবু অরাং হায়রমনি। দেবরুদ্ধ মহারাজবু মৈয়াংভম্বা ( মোংয়াম্বা ) হায়না খংনৈ।

মহারাজ খোয়াম্বগী স্না হাকতকতা হাইস্নাম্বু লাইরেম্বিগী মফমদা শুং অচৌবা শমা য়ুংথিরমই। মরমদি পাখংবগা স্ন মহিগা পান্থোইবীগা মরি লৈনৈ।

দেবরুদ্ধ মহারাজগী স্না হাকতকতা লাকপা ব্রাহ্মণ:--

| হৌরকফম | লাকফম | লাৎপা--লাই | মরম | য়ুম্নাক |
|---|---|---|---|---|
| ১। মিশ্র | বড়খরি | শ্রীনারায়ণ | গুরু ওইবদগী | গুরুময়ুম |
| ২। বেনার্জ্জি | শান্তিপুর | ঘোষ আনন্তজী | লৌবুক তাবদগী | লৌবুক তারম। |

মমাংঙৈদা দেবরুদ্ধ মহারাজ অমসুং খাগেম্বা নিংথৌ ১না খাগী (চিনগী) শরুক খর লোমিনবিরম্বা অসি মণিপুরগা খাগিগা য়ামনা নকনরি। মাহুদি খাগিগী নোংচুপথংবা মাইকৈ ঙইরপনা ইয়াংসিকিয়াং কৌবা তুরেল অচৌবা অমা চেল্লি। তুরেল অসিগী নোংচুপথংবা মপালদগীনা মণিপুর ফাওবা অসি তমগী লম্বী অমসুং চিং লম্বী য়ামনা শমনা লৈরি। মাহুদি অরাংলোমদা মিসমী আবড় পাসিঘাট তিবত ফাওবা। মখা-রোমদা নমতু সুনাপাহার অমসুং বর্মা। মথক্তা হায়রিবা অনি অসিগী মরকতা মণিপুরগী লম্বী চনদ্রখোং নিংঙেল চশাট তোংজু লোইথরি চিংশাং কমথি অমসুং পোং হায়রিবা লম অসিদগী তমগী লম খর চংলগা চিনগী লম ফংলে।

---

# ৮ শুবা পন্দুপ

## খাগেম্বা (খোগেন্দ্রসিংহ)

খোগেনদ্রসিংহ মহারাজনা শকাব্দ ১৫২০ শুবদা নিংথৌ ওইহনা পাল্লি। মহারাজ অসিগী সমা হাকতকতা কাছাড়গী ময়াং নিংথৌগা লান শোকনৈ। মরমদি মহারাজ খাগেম্বা অসি মচিন মনাও অহুম শুই। মহারাজ খাগেম্ববুনা শানৌহল অমসুং

মনাও ইবুংঙো অনিনা শানৌ য়াইমা শানৌতোন হায়না খংনৈ। মতম অদুদা শানৌহন্জগা শানৌ য়াইমগা তিয়াংতানবা তারবদা শানৌয়াইমগী হি অদু কয়া ফজ্রদুনা, শানৌতোনগী হি য়াইরুবদা হি অদুগী মরমদা নিংঙাই খর ভৌনখি। খাগেম্বা মহারাজনা মনাও ইবুংঙো অনিনা খৎনবগী বিচার ভৌরদা শানৌতোনা য়াদদুনা কাছড় নিংখোদা মচন হুপীনা ফংলিবা অদুগী মফম তান্না চেনখি। শানৌহন্জ. শানৌয়াইমা অমস্তুং শানৌতোন মখোই অহুম অসি মমা তিন্নদে! শানৌহন্জগা, শানৌয়াইমগা মমা অমত্তনা পোকপনি অমস্তুং শানৌতোনগা মচন ইবেম্মগা অনিশুবা মমানা পোকপনি। শানৌতোন্না মশেল নীপা ময়াং নিংখোগী মফমদা ভৌনখিবা মরম পূমনমক তম্মুরে। মতম্ম খর সৈরগা শানৌতোনগা মশেল ময়াংনিংখোগা তেঙ্গোল শেমদুনা খাগেম্বা মহারাজগী মথক্তা লান্দরকলে! বিষ্ণুপুরদা শানৌতোনগী তেঙ্গোল শারে। লানগী পাও অসি তারদুনা মহারাজ খগেনদ্রসিংহনা শাওরদুনা বিষ্ণুপুরদা অকনবা লান শোকনখি, খাগেম্বা মহারাজনা ভমলদুনা মনাও শানৌতোন হাৎলে, ময়াং নিংখোনা মরৈপাক্তা চেনখ্রে। অদুগা মী ১০০০ রোম ফারে; শামু ৩০ অমস্তুং সোংমে ১০০ রোমস্তু মুল্লে।

লান্দগী ফারকপা মীশিং অদুগী মরক্তা হিন্দু মখেনা বিষ্ণুপুর চথে য়াংবিদা খুন তাহল্লে। অদুগা মুসলমান্না লিলোংদা খুন তাহল্লে। বিষ্ণুপুরদা লৈব হিন্দুশিং অদুবু বিষ্ণুপুরিয়া হায়না মমিং থোনখি। হায়রিবা মীসিং অসি অহানবদা শক্তা ধর্ম্ম চৎলমই। মমৈদা মৈতৈগী ধর্ম্মদা তিনখি লিলোংদা খুন তাহনখিবা মুসলমানসিংবু বাঙ্গালা দেশতগী লাকই হায়দুনা মতম অদুদা বাঙ্গালা হায়না কৌনৈ। মমৈদা মৈতৈ লোন চংনবি

মতুং ইন্না থৈরকতুনা পাঙ্গল হায়না কৌনৈ। মখোই অসি নোংচুপ হারমনি।

লান্দা শিখিবা মনাও ইবুংঙো শানৌতোনগী দমক খাগেম্বা মহারাজনা বিষ্ণুপুরদা (লম্মাংদোং) থা ৩ লৈত্নুনা কর্ম্ম তৌরমই শ্রীবিষ্ণু লেংশিল্লম্বগী ফুরা হুজিক ফাওবা লৈরি।

মহারাজ খাগেম্বা (খগেন্দ্রসিংহগী) স্নাহাক্তক্তা কংলা কোন্নুং যাত্রা হুনবগী দমক্তা পাঙ্গি কোনোক থেঙ্গ্রাবু কৌত্নুনা যাত্রা পুংফম য়েংহল্লি। মাদদা থেঙ্গ্রানা মহারাজদা হঙ্গংলি — মহারাজ ননাই এনা হঙ্গৎচবিবা পুংফম অসিদা যাত্রা হুল্লবদি শোইদনা স্নাগী থম্বাল শাৎকনি। যাত্রা হুনবদা মতম থর থেন্নহনা স্নাগী থম্বাল শাক্রে। মাতুদা মহারাজনা শাওরত্নুনা থেঙ্গ্রাবু গুয়ুদা অঙাং ওনহল্লু হায়না স্নায়াথং থাখ্রে। থেঙ্গ্রানা হাযবা পুংফম অতু পাঙল অমনা তত্নুনা পুংফম অতু ইশোই শোইদনা লাফু পাম্বি অমা থাই, মাতুদা স্নাগী থম্বাল শাৎলি। পাঙল অতুনা মহারাজদা কৎলি, থম্বাল অতু উবদা মহারাজনা থেঙ্গ্রাবু কৌখৎলু হায়ত্নুনা সনা য়াথং থারকই। সনা য়াথং পুত্নুনা লাকলিবা মুপা অঙ উনরমলগা নিংথৌদা তুরেনগী মরিন্দা লুপখ্রে। মহুগী মফম অতুবু কোনোক ইরেল হায়না মমিং থোল্লি।

খগেনদ্রসিংহ মহারাজনা মবুধৌ পাখংবগী মতমদা তৌবা মতৌগুমনা ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রি, বৈশ্য, শূদ্র অমস্নুং শাগৈ (শাখা) শঙ্গাই থাইদোকপিরমই।

মহারাজ খগেনদ্রসিংহগী সনা হাক্তক্তা পানা তরা থোক্লা থাইদোকপাঃ —— অহল্লুপ, লাইফম, নাহারুপ, খাৎম পানা অসিনাচিংবা।

পানালেনঃ— শঙ্গুবা পানা অহল, শঙ্গুবা মথং, শঙ্গু

পানা য়াইমা শঙ্গুবা পানা ভোম্বা।

# হিদাকফানবা পোৎসংবম।

## ( পানা খুমৈ চেরেকারি )

পানা খুমৈ হায়বদি নিংথৌ মনাই লৈমা মনাই হায়নস্থু থায়রি। খুদো হিদাক শুবা, নোইবা থিৎপা অসিনাচিংবা তৌই, অদুগা পোৎসংবমশংদা হুপি তরুকথকস্থু লালুপ কারি। হায়রিবা পানা অসিনা পারি পুরি খিত্নুনা পানালেন্দা তিল্লগে হায়বা মতমদা নিংথৌগী স্নাখুত্তা শে। কৎশিল্লি। হায়রিবা পানা অসিগী মমিং অমনা চেরেকারি কৌই! চেরেকারি হায়বগী হার্থদি চেল্লগা বনবা হায়বনি।

পাথংবগী মতুংদা খগেনদ্র মহারাজনা লোইসং অসি মশিং য়ামনা চাংখংহল্লম্বা অসিনা মহারাজগী মিংদগীলৌত্নুনা রাশকপদা খগেম্বা থাংজেংনা সাঙ্গী ওইনি হায়না শঙনরমই।

## ( স্না লমজৈ )

খাগেম্বা মহারাজগী মমাংদা পানখিবা নিংথৌ অদুগী লেপ্পদা শুংয়েংথংবা থাংগংলগা খুদোল মরি হাপলগা স্না লমজৈ অমা হায়না চংনরমই। খাগেম্বা মহারাজগী স্না হাকতকত্তা পাম্বোম অনি তিংথোকলগা খুদোল মরি হাপলগা সনা লমজৈ অমা হায়না চংহল্লি। লৌ শঙম অমা হায়বদি লোংমদা ষণ অমনা শম্বোং খোইবা ওম্বা অতুবুনি! অয়ুক অনিনা লোংমা শাই। ( শল অমনা ওম্বা ) শঙম অমনা শাবা অত্থু মরিনা পরি অমা

হায়বদি নিংথৌগী মচাশিংবু পারি কৌই, পারি অমনা চাবা ঙকপা লম অচুবু পরি কৌই।

লৌশাংগী ফৌমশিং মুং তরানিথোইনা উতোং অমা শাই, উতোং অচু তরাহুমদোইনা লাইতং অমা শাই, লাইতং মরিনা শংবাই অমা, শংবাই অনিনা কৌ পোংম্বা হায়না চংহল্লি।

মহারাজ খাগেম্বগী স্না হাক্তা তথেলগী নিংথৌনা লোইপোং হারমই। মখোইনা খোং অমা তৌরমই মাচুবু হৌজিক ফাওবা তথেলথোং হায়না খংনরি! মতম অসিদা কবো খরন্ত পোইরৈতা খুল তাহন্খি। কবোনা খুল তাবা মফম অদুবু কবো লৈকাই কৌই। ধর্ম্মদি মমৈথংদা মৈতৈগী ধর্ম্মদা তিনখি। মাইকৈ অকোইবা অসি খাগেম্বা মহারাজনা খুচুম চন্দনা তুংচাইনা লৈপাক মরা তপনা পানখি।

## মহারাজ খোগেন্দ্রসিংহগী মতম্দা লাকপা ব্রাহ্মণঃ—

| হৌরকফম | লাকফম | লাংপা লাই | মরম | য়ুম্নাক |
|---|---|---|---|---|
| ১। মুখার্জ্জি, | ঘোষণা পারা | বংশিবদন | হয়গ্রীব | অরিংম শংগোল্লাই লাংপম |
| ২। মুখার্জ্জি, | মাগুরিগাও | লক্ষীনারায়ণ | গণেশ লাংপদগী | শামুলাই লাংপম |
| ৩। আচার্য্য, | কুমিলা | গোপীনাথজী | শংলাকপা ওইবদগী | শংলাকপম |
| ৪। বেনার্জ্জি, | বড়নগর | বংশিবদন | বিষ্ণু লাংপুদগী | বিষ্ণুলাংপম |
| ৫। মিশ্র | নবদ্বীপ | শালগ্রাম | কেংবা তুরেলগী লাই লাংপদগী | কোংব্রাইলাংপম |
| ৬। মুখার্জ্জি | খরদহ ঘোষনাপাড়া | নারায়ণ শিংজমৈ | খোং খাদা লৈবদগী | খোংখাতাবম |
| ৭। বেনার্জ্জি | কান্যকুব্জ | নারায়ণ | হিদং ওইবদগী | হিদংময়ুম। |

মহারাজ অসিগী স্না হাকক্তা ভাগী লোই, শজিকী লোই, হৈগী লোই, উগী লোই, রাগী লোই, খা অমসুং মনাগী লোই, য়োংশাবা কোনশাবা পুম্নমক অসি স্না কোহুংদা কাহল্লি। লৈপাক প্রজানা মহারাজবু থাগী ওম্বা হায়না কৌ'ন।

মহারাজ খাগেম্বা ( খগেনদ্রসিংহ ) গী স্না হাকতকহ। ১০ নি 'লালূপ বাহনবা অসিদা মবুখো পাখংবগী মতৌগুমনা তারেংনি খুন্দিল, মাপাননি খুন্দিল অনি অসি ময়ুমদা ফুমহল্লে।

মরমদি ৭নি খুনদিলনা লাইনা ঈশিংদা তিল্লি। মাপননি খুন্দিলনা লাইনা লৌবুকক্তা অমস্নুং লমহাংদা লৈ। মাপননি অসি মীগী পুনদিন্নি। হায়রিবা নুমিৎ অনি অনি লমথোকপা মপাম চৎপা য়াদে। নুমিৎ অসিদা নীপানা লম চত্তবা য়াত্রবদি লাইজাও মাইকৈ মুননা য়েংদুনা চংকনি।

থা অমগী মনুংদা লালুপ অহুমলক থোকই। লালুপ খুদিংগী তরেংনী স্নবু তরেংনি, মাপননিবু মাপননি খুনদিন কৌনি। থ'চত্তি (তারিখ) নোংমা পানবদগী হৌই। বেদগী মরম অসি মপুথৌ পাখংবনা শাগোলনহল্লি। মাতুগী মতৌগুমনা পুরাণ য়েংদুনা থাগেম্বা চৎহন্দুনা মথং মথং হৌজিক ফাওবা লৈরি।

নোংপোক মাইকৈ মখিং খোইবুচিংদা স্নরুং অমা ফাওই মফম অতুবু পাখংবগী স্নরুংনী হায়বা খংনবগী দমক কিয়াম্বা মোংয়াম্বা, থাগেম্বা অহুম অসিনা হুং অহুম য়ুংলমই। মাতু হৌজিক ফাওবা লৈরি। থাগীগা লোইননা থোনবা পল অতু হুজিক ফাওবা থাগেম্বা পল্লি হায়না লৈ।

থাজনাদিঃ— মণিপুর তমপাকনা চেং, চিংনা পুথম, শেম্মুং থাং তা অসিনাচিংবা অমস্নুং মীরৈপাক অতোপ্পগী লোইপোৎনা লুপা, স্না, মুগানাচিংবা লৌরমই।

মহারাজ খগেন্দ্রসিংহগী স্না হাক্তুক্তা বিজয় পঞ্চালী পুরাণ নাচিংবা কেংলম্বা পণ্ডিত লাইশ্রম তোম্বু মুনশিরা, লাইরিক-য়েংবম নোংস্নুমৈ অনি অসিনি।

## খুনজাওবা রাজ (শতাম্বুজসিংহ)

খুনজাওবা রাজনা শকাব্দ ১৫৭৪ শুবদা নিংথৌ ওইদুনা পানখি।

# পাইখোমবা ( পাইকিন্দ্রসিংহ )

পাইখোম্বা রাজনা শকাব্দ ১৫৮৮ শুবদা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লি ।

# চাইরোংবা [পিতম্বরসিংহ]

মহারাজ চরাইরোংবনা শকাব্দ ১৬১৯ শুবদা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লি ।

মচা ইবুংঙো গরবীনিরাজগী রারি ঃ--

শাপম নিংঙোল মুংশেল চাইবী গর্ভদা থা অহুম নাও পুবে হায়না মহারাজদা হঙ্গংলুবদা মা পুকনিং য়ামনা মুংঙাইদুনা হন্দকী অঙাংসি নীপারা নুপীরা হায়না পণ্ডিতশিংবু য়েংহনবদা পণ্ডিতশিংনা হায়বকই । মহারাজ নিপাদি নিপানি, অদুবু হন্দককী অঙাং অসিগী মথৎবাক্তা মহারাজদি থরাই থাবা তারে, অসি হায়না পণ্ডিতশিংনা হঙ্গংলকই । মাদু তাবদা মহারাজনা হায়রকই, ফরে অঙাং অসিনা হেক পোকপগা ঐঙোনদা তাকউ হায়না মা য়াথং তাকখি ।

রারম অসি তাবদা শাপম নিংঙোল মুংশেলচাইবীনা মচা অসিবু হাৎলগদ্রা হায়না কিরদুনা মকেং থঙ্গাল হাও নিংথৌগী মতু শমনুরা কৌদী অদুব কৌদুনা মতা শাম্নরে । ইতা নাহাক অঙাংসিনা হেক পোকপগা শোইদনা ঐগীদা লাক্কবা য়াদে ! মতম থর নৈরগা থা অদু শুদুনা অঙাং নীপা অমা পোকলে শমনুরা লাক্কুনা অঙাং অদু পুখ্রে । নিংথৌদদি ঈ মতুম অমা ওইনা পোকলে হায়না হঙ্গংখরে । অঙাং অদু অসুম চাওরক্লবদা চহি তরাহুমদোই শুরক্লবদা অঙাং অসি নিংথৌনা হাৎপা ওমরোই হায়বা উরদুনা মখেং থাঙ্গালনা চরাইরোংবা মহারাজদা

চহিগী লোইপোৎ কাবা অত্থ কাদরে মরমদি অঙাং অত্থ স্না কোম্নুংদা পুখৎনিংবগী মরম্না মাত্থুদা চরাইরোংবা মহারাজনা শাওর্দ্ন তুনা লাল লাকলে । থাঙ্গাল মকেং চিংখোংদা তোঙ্গাল শারে । স্নুমিৎ ছুমনি লৈচিন্না পুমম্মমতনা লাল তৌবা ওমদরে। মাতুংগী থাঙ্গাল নিংথৌ কৌত্থনা লান তৌরম্নশি হায়না চান্নরে। অত্থুগী মতুংদা মহারাজনা মকেং হাওগা লোইননা মখোইগী হাওখুন তা। লাক্লে। হাওখুন য়ৌরবদা অঙাং অত্থুগী মশক উরুরে। মাত্থুদা স্নুংশিমনখ্রুত্থনা অঙাং অসি ক।না পোকপনো হংলকই। মাত্থু তারবদা থাঙ্গাল হাও নিংথৌনা ননাই ঐগী ইচানি হায়না হঙ্গৎলি। মহারাজনা নংগী মচাশি ঐ য়াম্না স্নুংশিরে অত্থনা ঐভোন্দা পিরো ঐ য়োকচরুগে। থাঙ্গাল নিংথৌস্নু য়াত্থনা অঙাং অত্থু মহারাজগী মথৃত্তা পিরে অদুগা হাও মচা অনিথকস্নু পিরে অঙাং অহুম অসি মহারাজনা পুরক্লুনা স্নাকোম্নুংদা য়োকই। অঙাং অহুম অসিনা লৈবা মফম অদুবু হাওমচা লোহশং হায়না থোনখি।

অঙাং অহুম অসিবু মহারাজনা চানমনখ্রদুনা বৈথেল থোকহল্লগ পোংফম খুদিংগী পোংলাকহল্লি। অদুগা মমন্দি হাওবম শেলুংবদা হায়দোক্লুনা পিহল্লি। মহারাজমকনা পোকপনি হায়বা থংবা অসি হাওবম শেলুংবগী মচানুপী লৌরমদাইদা মমা ইবেম্মা শাপম নিংভোল স্নুংশেল চাইবীনা থংহনখি।

চরাইরোংবা মহারাজনা নোংমগী স্নুমিত্ত তাম্নখা পাত্তা থমচেং হাবা লেংই, মাদুদা মপুখৌ পাথংবনা মথি ফোংলদুনা হুপ মরক্তা নারেংলকই। মাদু উবদা মহারাজনা মপুখৌনি হায়বা থংদত্থনা শা, ঙা ওইরবোই নিংত্থনা হি মথক্তগী তেন কাপশিল্লুবদা মপুখৌগী স্না হকচাংদা পাল্লুরে। মাত্থুদা মপুখৌ

শাওরহুনা অকিবগী মুর্ত্তি লৌহুনা য়াম্না লাওনা ঙংলমলগা ইশিং মন্নুংদা লুপখ্রে। মপুথোনা লুপখিবা মফম অহুব পুরুপ শৌবী হায়না কৌখি। লৌরেম খোংনাং থাবা পণ্ডিতনা তৌরিবা মতৌ উবদা হায়বকই। মহারাজ ইবুংঙো থোদো অসিদি য়াম্না লুই অহুনা মপুথোনা শাওবা ফনবা প্রতিকার অমত্তং তৌদবা য়াদ্রে। অহুনা মা কোম্বংতাম্না সনাখোং লেংদবা য়াদ্রে হায়দনা লেংখৎলকলে। সনাকোম্বং য়ৌরবদা পণ্ডিত লৌরেম্বা খোংনাং থাবনা হঙ্গৎলকই "মহারাজ ইবুংঙো পুং তরাদগীনা মুনিংয়ুংবা মতুং পুং অমা তাবা ফাওবসি মহারাজনা সনাকোম্বুংদগী লেংথোক-ত্রবদি কোক্কনি। পণ্ডিতকী বা মতুং ইনা প্রতিকার তৌবা হৌরে মাতুদা শ্রীমদ্ভাগবত গীতা পাঠ তৌবা তাহুনা সনাশঙ্গাই মন্নুংদা লৈখে। মতৌ অম্সুমনা লৈরিবৈদা মুমিংচপ মুংবা বান্দা নোংচুপকী হাওলানগী লুচিংবা লালানবা নিংথৌনা লান হৌরকলে, পাও অহু সনা চরম্বা হঙ্গৎলবদা সনা য়াথং তাকলকই।

লালানবা হাওগী লুচিংবা অসিনা লান হৌবকই হায়বা অসি তাবদা মহারাজনা সুবাইশেম্বা ভদ্রসিং মেঞ্জরদা অঙাং, মুপী, নহা, শন, ব্রাহ্মণ শোকপা তারে অহুনা নঙ্গী তেঙ্গোল পুক্না থুনা য়াংনা লান চৎজো হায়না সনায়াথং পিথোকলে। ভদ্রসিং মেঞ্জরনা সনায়াথং অহু তাবদা তেঙ্গোল মী লিশিং অমারোম পুন্থনা থারম পম্থোং তানা জয়ধ্বনী লাওহুনা লান চৎখ্রে। হাওগী তেঙ্গোলগা মৈতৈগী তেঙ্গোলগা অনিমক থারমপম্থোং (খুরাইবম্বন্দ) দা থেংনহুনা লান য়ানা কন্না শোকনবে। মতুং অহুদা হাওনা লাকশিন্নকহুনা মৈতৈগী লুচিংবা ভদ্রাসিং মেঞ্জরনা চিংবা থর হাওনা ফাখরে। মতৈগী লাম্মি পুম্নমক লোইনা কাইহুনা চেল্লে।

সনাকোন্নংদা লাম্মি অম। চেল্লকতুনা সনা চন্দ্রা হঙ্গংলে। 'মহারাজ ইবুঙো ভদ্রসিং মেঞ্জরনাচিংবা থরম্নু ফাথরে অতুগা লাম্মি পুমনমকম্নু খাংবা য়াদ্রতুনা লোইনা চেল্লে; অতুনা সনা কোন্নুং লৌখিবা তারে হায়না হংগৎলে। মাতু তাবদা মহারাজগী সনা পুকনিং মুংঙাইমন্দতুনা ফম ফমদগী মুক হৌগত্তুনা হংঙকই। হৌজিক পুং তাগদবা কয়া রাংলিবগে? মাতু তাবদা মনাই অমনা চেনখিতুনা তানয়ৈশংদা হংলুবদা পুং অমা তাগদবা মিকুপ (মিনিট) ১৫ দা মঙাইরে, অতুদগী মনাই অতু চেল্লক্তুনা এল্লা মিকুপ ১৫ দা মঙাইরে মাতু তাবদা মহারাজনা ভাগ্যাক লন্ লুকথতুনা লৈরগা হায়রকই মুপী, নহা, শন, ব্রাহ্মণ শোক্কদবগী শরুকপুদি পুং তাদ্রবম্নু অতুমঙাইরে। এই লান চত্তবা য়াদ্রে। মহারাজ লানগী ফীজেং থোল্লে। লালানবা হাও অসি লাইমা চম হেল্লিনা মখোই অসি কনম তৌতুনা লাকশিবা হায়দনা ম্না খুত্তা থাং পাইতুনা লান লেংথোকখরে। মৈতৈ তেঙ্গোল ময়াম পুতুনা আহানবদা খারম পন্থোংদা হাওগা লান য়ামনা কন্না শোকনরে হাওগী তেংগোল কাইতুনা চেল্লে মাতুদা মৈতৈ তেংগোলনা তাকহেন রাংমা লাংজি ফাওবা তানখরে, হাওগী লুচিংবা লালানবা ফাতুনা হাত্তোকলে।

লান জয় ওইতুনা মহারাজনা তেংগোল ময়াম পুংনা ম্না কোন্নুং তান্না চললকপদা লমথাংদা শগোলবন্দগী ম্না খোংনাং মথোংদা ভাইহাক্তুং পে থাখিসি হায়তুনা মনাইশিংগা লোইন্না পোথাপ্তুনা লৈ। মতৌ অম্নুম তৌনা পোথারিঙৈদা থংহৌদনা নোং খজিক্তুং মংখিবগুম তৌই মাহুদগী নোং থাকলকতুনা বজ্র তাদুনা খোংনাং অদু থাইথখি, মাদুগী মৈশা অদুনা মহারাজম্নু রানথখরে, মহারাজনা অম্নুম অরাবা তারিঙৈদা হাওবম

শেলুংবনা মহারাজগী থজিন্দ্বা তানা থিল্লে। তানা থিনবা মতুং ঙাহাক্তং লৈরগা মহারাজনা তুম্মুবদগী মিকপ থোকপগী মতৌ· গুম্না স্না য়াথং হায়রকই, "ঐগী থজিন্দা থিল্লিবা তাসি কনানা থিনবনো ,, হায় মাতুদা মনাই অমনা চঙ্গৎখি হাওবম শেলুংবনা থিনবা তানি ঐজ্ঞা, মাতু তাবদা মহারাজনা হায়রকই, "হাওবম শেলুংবা নহাক অসি ওস্তোক্লা ফত্তেদা ,, হায়খি। মতুং অদুদা মচা ইবুংঙোস্তু কৌশিন্দুনা হায়রকই, নিংথৌদি নংনা অত্থম মওইরো অদুগা হায়েং শিবা কান্দা নংস্তু ঐগুম্না নচানা হাক্না শিবা ওইয় " হায়তুনা শাপ তৌরমই। অমস্তুং ইপানা ঐরা কোন্নুং লান তাবা ঙস্মমদ্রে নংনা ঐরা কোন্নুং থুগাইত্তনা মনেম শীজা চকপা মথাও ঙন্বীগী লমন থুম্ম্ হায়না তাকপিরে·

চরাইরোংনা মহারাজ অমস্তুং গরবীনিৱাজ মপা মচা অনি অসি স্নুংশিংন্দবগী মরমদি মাকু শেলুংবনা মমাক ইবুংঙো গববী নিৱাজনা অঙাং ওইরিঙৈদা থোকখিবা ৱারি পূমনমক লিবিত্তুনা স্নুংশিংনখিদে।

হাওবম শেলুংবনে মচা ইবুংঙোনে মৈতৈগী লাস্মি পুন্নমক্লা মহারাজগী স্না হকচাং অত্থু পোত্তুনা খুাইরমবন্দ থোং লান্দ্রিবৈদা খোনাং মনাক তুরেল মপান্দা মহারাজগী থাওমৈ অত্থ মুংগ্রে অমস্তুং নোংগাংখ। সনা হকচাং অত্থু মংলেনদা পুশিন্দুনা সংস্কার তৌত্তুনা হৌনবী কর্ম্ম পুমনমক লোইরে।

চরাইরোংবগী মচা ইবুংঙো

১। গোপালসিংহ　　২। ময়াম্বাসিংহ

# চরাইরোংম্বা মহারাজগী স্না হাক্তক্তা লাকপা ব্রাহ্মণ

| | হৌরকফম | লাকফম | লাংপা লাই | মরম | য়ুমনাক |
|---|---|---|---|---|---|
| ১ | চট্টর্জ্জি | নয়হাটি | জগনাথ | গুরু ওইবদগী | গুরুময়ুম |
| ২ | বেনার্জ্জি | কৃষ্ণনগর | নরসিংহ | মী ১০০ পুরকপদগী | হাজারিময়ুম |
| ৩ | গম্ভিরলা | নগর | গোপালদেব | মমিংদগী | মনোহর ময়ুম |
| ৪ | আচার্য্য | উরিষ্যা | জগন্নাথ | গুরু ওইবদগী | গুরুময়ুম |
| ৫ | চট্টর্জ্জি | ত্রিপুরা | সুদর্শন | লাইপূজা তৌবদগী | লাইময়ুম |
| ৬ | চৌধুরী | মথুরা | রাধামাধব | মথুরাদগী লাকই গায়তুনা | মথুরাবাসি ময়ুম |
| ৭ | রায় | শ্বেতগঙ্গা | জগন্নাথ | ব্রাহ্মণ লান্দা কনবাওম্বা | চৌদ্রিময়ুম |

মহারাজ চরাইরোংবাগী স্না হাক্তক্তা তূ খোং পুম্নমক অসি চুমথোকতুনা ফজহললি অমম্মুং কংলা কোম্নুং অসিবু থুরাইদা চিংলম্বদগী তুরেল অচৌবা নোংপোকলোমদা থৈহ্নুনা। স্না কোম্নুং অসি ফজহল্লি অমস্মুং লৈকাই মরিগী ময়াইদা তাহল্লি। মমাংগৈদদি কৈথেল অচৌবা অসি কংলা মমাংদা কারমই, মহারাজগী স্না হাক্তক্তদি হোগাইবী থোং রাংমদা কাহনখি।

## ৯ শুবা পন্দুপ।

## গরবীনিবাজ (গোপালসিংহ)

চরাইরোংবা মহারাজনা নোংগাথ্রবা মতুংদা মচা ইবুঙো গরবীনিবাজ (গোপালসিংহ) না শকাব্দ ১৬৩১ শুবদা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লি।

গরবীনিবাজ মহারাজগী মনা হাক্তক্তা শান্তদাস গোষাই মহাপুরুষ লাকতুনা মণিপুরদা লৈরে। গোষাই অদুবু মহারাজনা য়াম্না লুনা তৌদুনা য়োকই। গোষাই অদু নিংথৌনা লাইরিক্কী মরম অমস্তুং য়ায়েল চংহল্লি। অদগী রমান্দি ধর্ম্ম চৎপা হৌরকলে। রমান্দি ধর্ম্ম চংঙবাসিদা মফম মফম খুদিংদা চাং মান্নবা চত্তবা অদু শান্তদাস গোষাইনা উবদুনা মহারাজদা হঙ্গংলে মাদুদা মহারাজনা শাওরদুনা শাগৈ শাগৈ খোমগকদুনা ধর্ম্ম অসি চপ মান্নবা চংনবগী দমক ক্লংজেং নোংখ্রং য়ারক য়াশকনখি অদুগী মতুংদগী ধর্ম্ম অসি চপমান্নবা চংখ্রে। রামান্দি ধর্ম্ম চৎপা হৌরকপা অসিদা শান্তদাস গোষাইনা মহারাজদা হঙ্গংলি। মহারাজ অনৌবা ধর্ম্ম চৎপা হৌরবদি হান্নগী পুরাণসিং অসি যজ্ঞ তৌথোকপা তারে হায়রগদা মহারাজনা য়ারদুনা মনা কোপ্পুংদা লৈবা পুরাণ খরদি যজ্ঞ তৌরে। যজ্ঞ তৌবা অদুদা পুরাণ অহুমদি মৈ চাকখিদে, মাদু উবদা শান্তদাস গোষাইনা হায়রকই, মহারাজ পুরাণ অহুম অসিনা চাকতবা অসিনদি হয়েং মমৈদা হান্নগী বৈদিক ধর্ম্ম অসি অমুক হঞ্জিনগত্রা হায়না নিংই হায়দুনা হঙ্গংলি। মাদুগী মতুংদা মহারাজসু শান্তদাস গোষাইদা গুরু ওইরে। ৺শ্রীরামজী প্রভু অমস্তুং

নরসিংহ নির্পণ তৌদুনা সেবা কায়দনা নিংথিনা চংখি।

মহারাজনা পাল্লবা মতম অসিদা ওয়াংথৈ নিংথেম পুখ্রি তৌরে অমসুং বকদস্ত বন্দা ( মহাবলি উমংদা ) হনুমান ঠাকুরগা কোন্নবা ফুরা অমমু লিংখৎলে। শান্তদাস গোষাইনা মহা ফল মলদগী ( য়ামনা কনবা ) লৌদুনা মহাবলি উমং হায়খি, মমাংঙৈদা বকদস্ত বন হায়না লৈরমই।

মহারাজ গরবনিৱাজনা ঔৱাদা অহানবদা লানতাবা মরমদিঃ—চরাইরোংবা মহারাজগী মচননুপী চকপা মখাও ঙম্বী অসি ঔৱাগী তোংদোই নিংথৌদা থাজে। মাদুদা তোংদোইনা চকপা মখাও ঙম্বীবু চহি অহুম ইম্নোকই, মরম অদুদগী চকপা মখাওঙম্বীনা মবুং চরাইরোংবা মহারাজগী মফমদা চিঠি অমা লোন্না কৎলকই। মহারাজনা নোংগাথিবনা হান্দুনা লান তারমদ্রে, মচা ইবুঙো গরবনিৱাজদা মরম পুমনমক অসি তাকপিরমই, মরম অদুদগী তেঙ্গোল শেমলে। তেঙ্গোলগী লুচিংবদি কোরেন সেনাপতি, শাপা কিয়াম্বা, থিয়া পুকচাও অসিনাচিংবনা অহানবদা শমজোক থাংং থুগাইরে, মাদুদগী মহারাজনা শমজোক নিংথৌ ফাদুনা সনা কোম্নুং তান্না পুরকলে। মরম অদুদগী তোংদোইনা শাওরদুন চকপা মখাও ঙম্বীনা পোকপা কেন্দ্রজিৎ যুবারাজবু মৈতৈ কোম্নুং থুগাইরু হায়দুনা থারকই। অদুদগী ৱাংজিং লোকলাওবুংদা তেঙ্গোল শাররে। মাদু তারদুনা গরবনিৱাজনা লাম্মি থারে, লানগী লুচিংবা পঙ্গা হুইদ্রুহনবা লাইফম ৱাঙ্গোল শংলাকপা অসিনাচিংবগা লান য়ামনা কন্না শোকনরে, মাদুদা থাংবা ঙমদ্র-দুনা ঔৱা তেঙ্গোল কায়দুনা কেনদ্রজিৎ যুবরাজসু অহিং চেনখ্রে। লেমহৌবা তেঙ্গোল অদুনা ফাদুনা মহারাজদা কৎলে।

মতৌ অসুম তৌরিঙৈগী মতমদা তখেলগী নিংথৌনা মোইরাংদা

লান তারকতুনা মোইরাং খুগাইরে, মোইরাং কাইরে হায়বা পাও অসি মহারাজনা তারতুনা রাংজিং লোকলাওবুংগী লাল লোইরমলগা মোইরাং তান্না থাখিতুনা তখেলগী তেঙ্গোল পুমনমক ফাতুনা স্না ৎখোন্নুং তান্না পুথংলকতুনা থমখি।

মাসিগী চৈরক অসিদা গরবীনিরাজগী মচন ইবেম্মা সত্যমালাবু পিবিয় হায়তুনা শান্তদাস গোসাইগী শিষ্য বক্রিদাস মহন্ত থারক্তুনা হঙ্গংলে। মাতুদা মহারাজনা লৌনম তৌতুনা মহন্তবু মপুক মুংডাইনবা হায়তুনা সত্যমালাবু ঐখোয় পুরকলগে নাখোইস্থু লুহোংনবা থৌরাং তৌরম্মু ঐখোইস্থু শ্রীপঞ্চমী মতুং হুমনি কোনবদা থুংলগনি হায়তুনা থাখি। অতুগী মতুংদা মহারাজনা তোংদোইবু ঔরাশিং অসি উশিত্তে হায়তুনা তেঙ্গোল শেমলে। তেঙ্গোলগী লুচিংবদি কোরেন সেনাপতি শাপা, কিয়াম্বা, থিয়া-পুকচাও, পঞ্জাপ্তইক্রু হনবা, লাইফম রাঙ্গোল শংলাকপা অসিনা চিংবা লান যাত্রা তৌরকলে। ইরাবতী তুরেল মপান্দা তেঙ্গোল শারে। মতম অসিদদি ঔরা কোন্নুং অসি চেগাইরোমদা লৈরমই হায়। অতুগা গববীনিরাজগী লান অসিগী মতুংদদি মন্দলেদা হোংখি হায়। তোংদোইনা লুহোংবা লাক্লমালে হায়না নিংতুনা তেঙ্গোল মীয়াম ওকপা থারকই। মাতুদা তেঙ্গোল অনি উনতুনা রা খর ডাংনরগা মুমিৎ নিনি লান য়াম্না কন্না শোক্নরে। মাতুদা তোংদোইনা লাল্লে হায়তুনা মহারাজদা খুরমলে মাতুদা মনেম-শিজা ইবেম্মা চকপা মথাওডম্বীসু লৌখংলে। অতুগী মতুংদা মহারাজনা মণিপুরদা থোক্লকলগা তোংদোই নিংথৌদা অমুক হন্না মচন ইবেম্মা সত্যমালাবু অরোং অউন তমতুনা থাজখি।

অতুগী মতুং খর লৈরগা মহারাজনা নিংথৌখোংদা হি তোংতুনা উতোংচাক হাবা লেংই। হি অদুগী মমিংদি হিয়াংহিরেল ইশম

চাইবা কৌই। য়ানবনা পিস্নুম. তুরেল মপান চিংমৈদগী য়ানবনী, উ অতুগী মমিংদি লোয়স্বালৈ কৌই। অতুদগী লোক্তাক (লেস্তাক) শমতুনা লেংঙকই, লোকতাক য়ৌরবদা মপুথৌ পাখংবা মথি ফোংলতুনা হিয়াংহিরেল ইশম চাইবনা চরাং চারকই, মতৌ অতু উবদা লৌরেম খোংনাংথাবা পণ্ডিতনা থাং থোবোম্বদা মন্ত্র শোন্দুনা হিবান্দা য়াল্লি, মাতুদা হি অতু ঈ ইভাং ভাংনা থোরকই। থাংনা য়াল্লবা মতুং অতুদা চরাংচাবা ফরতুনা হি অতু নিংখিনা লাক্লুনা নিংথৌখোং য়ৌরে। তৌখিবা থবক পূন্নমক অতু উবদা মহারাজগী স্না পুকনিং তয়াং তয়াংলে। মফম অতুদা স্না পুকনিং ইন্নুং স্নুংভাইতনা উত্তোংচাক হারে। লৌরেম খোংনাংথাবা পণ্ডিতনা তুলশিপুংদা লাইখুরম্বদা ইথং খংহৌদনা রাইস্থে। মহারাজ ইবুংঙো নপাবুংগী স্না হাক্তক্তগী পণ্ডিত ওইজরকপাসিদা অসিগুম্বা থৌদোক অসি থোকহল্লোই হায়তুনা লাক্লবু থিংবা ভমখিদ্রে হৌজিক্তি কংলা মৈ হৌরমলগনী স্নাখোং থুনা লেংলসি হায়তুনা মপু মনায় পুমনমক হি তোংতুনা লেংখংলকলে। ইশিংদা অস্নুম লেংলকপদা স্থিরাচল (কামাখ্যা) গী খুবম য়ৌরকপদা হি অতু থাংলমলগা মহারাজনা দেবী খুরম্বা লেংখংলকই। দেবী খুরমলগা হি তোংগে হায়তুনা লেংথরকপদা পাইথখিবগী মতৌগুমনা হি অতু ভাওথখিতুনা লোক্তাক য়ৌরকপদা হি অতু লুপথরে। হি অতু লৌরেম খোংনাং থারা পণ্ডিতনা লাইনী হায়তুনা হি অতুগী মমিং—ভাওদিং লাইরেন পাখংবা হায়না মমিং থোনখি।

পণ্ডিতনা থৌদৌ অসি উবদা মহারাজ শগোল মথক্তা লেংখংলো থুনা লেংদরা য়াদ্রে কংলা মৈ হৌরমলগনি হায়না হঙ্গৎলমলগা ননাই ঐদি খোংনা চৎলগে হায়তুনা মখোংনা চৎখ্রে। মাতুদগী মহারাজস্নু মনাই পুমনমকস্নু শগোন তোংতুনা স্না কোম্নুং ভান্না

লৈংশৎপকলে। কংলাদা থুংবা মতমদদি পণ্ডিতকা চপ মান্ননা থুংলুরে। স্থিরাচল ( কামাখ্যা ) অসি হিয়াং হিরেন থাংলমই হায়দুনা অসিগী মতুংদদি হিয়াংথাং লাইরেম্বী হায়না মমিং থংনখি।

অতুদগী স্নাকোম্নুং য়োরকলবা মতমদা কংলাদি মৈ হৌরমলে। মৈ অতু স্নাকোম্নুংদা লৈবা মীনা অমশুং পণ্ডিতশিংনা মুংপা ঙমদ্রবা অতুদা লৌরেম খোংনাংথাবা পণ্ডিতা হংলকই, মাতুদা ইপুনা তৌগনি হায়দুনা মথুবাক্তা মন্ত্র শোন্দুনা শুরুংদা নমথবদা মৈ অতু মুংলি। লৌরেম্বা পণ্ডিতনা হায়রকই, থাংজা চয়োল তরেৎ থুংলরে মুৎখ্রিবা মৈ অসি ইনিল ঙমনা ফাওখরে, লৈপাক অসি মরা তপনা পানবা য়াররোই হায়নমলগা ঙমনা ময়ুম ময়ুমদা হপ্পিনখি।

অতুদগী মতুং খর লৈরগা মচা ইবুংঙো শমজাই খুরাই লাকপবু নিংথৌ পিগে হৌরকলবদা চিংশাইগী মমা ইবেম্মগী মফমদা শ্রীযুৎনা মমাংঙৈদা রাশকপা অমা লৈখিবা মরম অতু মমা ইবেম্মনা শ্রীযুৎকী সনা চরন্দা হঙ্গৎলরে, মরমদি চিংশাইবু হান্না নিংথৌ হাপ্পিয় হায়না হঙ্গৎলি। মহারাজগী রাশক কনমনখিবগী মরমনা চিংশাই ( থাগী লাম্থাবা ) বু শকাব্দ ১৬৭০ শুবদা নিংথৌ হাপলে।

মমা ইবেম্মা গোমতী মহারাণীনে মবুং প্রেমনে মখোই অসিনা রা তাগ্নদুনা মপাবু তাম্মোকলে। শমজাইদি মপাবুংগী থোগন অতুমক তৌখ্রে। শমজাই য়াওখিবা মরমনা গোমতীনা অমুক থাজবা লৈখিদে। মরম অতুনা কোম্বাদগী অমুকম্ভ তাম্মোক্লে। মাতুদা শমজাইজানা শাওরদুনা মখোই অসিগা লোইননা লান তৌরগে হায়দুনা মপাবুংদা হঙ্গৎলে। মাহদা মহারাজনা ননাওশিংনা

নিংবা থুংঙসম্ভু হায়না থেমজিনখি।

অতুদগী মহারাজদি মচা ইবুংঙো শ্যামজাইগা লোইননা কবো রোমদা (ব্রহ্মদেশ) চংখি। ঔরা কোম্নুং মন্দলে য়োতুনা লৈরবা মতম অতুদা চিতশাইগী মনাও তোলেন তোনবু কৌতুনা হায়রকই, ইনাওতোন নং চত্তুনা ইপা ইবুংঙোবু থরা লেংথোকউ হায়তুনা নিংথৌ সনা য়াথং তাকতুনা শগোলতোংবা অকনবা থর পুতুনা চৎখ্রে। মহারাজ গরবীনিরাজগা মচা ইবুংঙো শমজাইগা লম কোইরুবা হল্লকপদা খুজাইরোক মপান্দা থুংলরে। মতম অতুদা শান্তদাস গোষাই অসিস্যু মহারাজগী খোঙ্গুল লিরবপদা লোক অসিগী মপান্দা অহিং থুংলরে. মতম অতুদা তোলেন তোনস্যু থুংলরে। তোলেন তোন্না হন্দক লাকপা অসিদি ময়াম্বুংমদি চুমনদা কৌথোকউ হায়তুনা থাখি অতুগা মমা ইবেম্মা গোমতী মহারাণীনদি নখোই নচিন ননাওনা য়েকনবা তিংখং লৈতনা পান্নবা খুজিন তৌজবকউ হায়না মন্নুংদা তাকখি। তোলেন তোনদি মমা ইবেম্মনা হায়বা মতুং ইন্না ইতৌরকলে।

মরমদি শান্তদাস গোষাইবু উবদা শমজাই ওইরবোই নিংতুনা তোলেন তোনগী লাম্মিনা লোক অতুদা ইশিং শোক্কে থংমখিবদা শান্তদাসবু খুজাইনা থাতুনা তুখরে। য়েংলুবদদি গোষাই ওইরমলে মাতুমকনা লাইনা ওইতুনা শান্তদাসদি মফম অতুমক্তুদা অতুমক নোংগাখরে। অতুদগী তোলেন তোন্নাচিংবা মীয়াম পুমনমক কপনরে অতুগা সংস্কার তৌতুনা অহিং অৎমা চারা হেল্লে ময়ামগী মীনিল অহ তাবদা শমজাইনা মপাবুংবু পোতনা পুরকলগা নিংথি তুরেল ব্রাংমা লান্দুনা হৈনোখোংনেম্বী লোইজিবি চিংশাংগী মখাংদা লৈরকরে। তোলেন তোন্নাচিংবা পুমনমক নিংথি তুরে মপান তান্না চংলকদে। অতদগী শমজাইগা মপাবুংগবু মখোইন

য়াম্না থিরে। খংলকপা মতম অতদা তোলেন তোন্না মপাবুংবু উনগে হায়দুনা চংলক্লে। মপাবুংনা মালা পায়দুনা নাম শোন্দুনা লৈরিভৈদা খংহৌদনা থজিন্দা খুংলাইনা পানখ্রে। তৌরিবা মতৌ উবদা শমজাইনা শাওরদুনা তোলেন তোনগা লোইননা মনাই পুমনমক হাংকে তৌরবদা মপাবুংনা হায়রকই। ইপা ইবুংঙো চরাইরোংবনা তৌরম্বা শাপ হৌজিক থুংডরবনি অদুনা ইপাগী ইবুংঙো মখোয়না নিংবা থুংলসনু অসি হায়রমলগা মহারাজস্তু নোংগাখ্রে। মচা ইবুংঙো শমজাইনা মপাবুংগী সেবা মতোল লোমনা তৌরমলগা নিংথি তুরেলদা চোংথখি। অদুদগী তোলেন তোন্না মাগী তেঙ্গাল পুম্নমক পুদুনা হল্লকলগা কোম্নুংদা থুংডরে। মানা তৌরকপা থবক পুমনমক লোইনা তম্মবে। মাদু তাবদা চিতশাহনা মপাবুংগা ময়াংস্বুংগবু কৌদুনা ওম্থাকনা কপখি। মাদু উবদা মমা করেম্মা গোমতীনা থেমজিনখ্রে। শামজাহগা মপাবুংগা অনিগী গৌনবী কর্ম্ম মতোল লোমনা তৌরে।

নোটঃ— শান্তদাস গোষাই অসি পুরাণ থারুবগী দমক লাইথুং থুংখি। গোসাইনা মহারাজগী মফমদা মতৌ করম তৌরগা লাইথুং অসি কোক্কদগে হায়দুনা মহারাজদা হঙ্গংলে। মাদুদা মহারাজনা পাণ্ডিত লৌরেম থোংনাং থাবদা হংলকপদা পণ্ডিতনা থমলক হ— মহারাজ নবুধৌ পাখংবগী মফম পুরুপ সোৌবা কৌবা মফম অমা লৈ, মাদুদা লুপলবদি কোক্কনী হায়না হঙ্গংলে। মাডদা মহারাজনা শান্তদাস গোষাইবু লুপ্‌পুরো হায়দুনা থাখবদা মফম অদুদা মতোক পানবা সনা অহিংবা মচু মানবা লিন অমা থোকসমই. মাত উবদা গোষাই খংলদুনা কোনুং ত মা চেল্লকুনা মহারাজদা হঙ্গংলরে। লৌরেম থোংনাংথাবা পণ্ডিতনা হায়রকহ— গুরুগী মফমদা পাখংবনা কৃপা তৌরিবনি

অত্তুনা হৌজিক অমুক লেংঙো. হন্দক অমুক লৈরমলবদি চোংশিন তুনা মফম অতুদা হেক্তা লুপিয়ু সোয়দনা লাইথুং কোকনি। গুরুনা অমুক হন্না লেংখিবদস্তু ইলেং লেংদনা মফম অতুদা লৈরমই, গোষাইস্তু অপনবা লৈতনা মফম অতুদা চোংথতুনা লুপখি, মাতুদগী হন্নরুগা মতম খর লৈরগা লাইথুং কোকখি। মহারাজবু য়েংতুনা গুরুনা হায়রকই:— "মহারাজ য়াইফৈদা লৈপাক অসিদা আনন্ত লেংদনা লৈরি হায়বসি হন্দক্তা থংই। অসিদস্তু নত্তুনা বিষ্ণু, মহাদেব অমস্তুং দেবসভা (উমংলাই ময়াম) ইকাই কাইদনা লৈরি"। মহারাজগী লৈপাক ইন্দ্রলোক কুম্বনি অসি হায়রমলগা ঐদি লাক নিংচুরগে নংগী মমাংডৈগী পৌরাণিকী হৌনবী পূজানাচিংবা ভোগৈরো হায়রমলগা নোংমাই-জিং মখোং তান্না চংখি। গুরুনা লাইনিংবা মফম অতুবু মৈতৈনা রাখন তৌফম হায়নৈ। মাতুদগী লোন মথং মথং থৈথরক্তুনা রাখা হায়না থংনৈ।

অতুগী মতুংদা গুরুনা তাকলম্বা মতুং ইন্না লৌরেম খোংনাং থারা পণ্ডিতনা নিয়ম পিতুনা মপুখৌ পাখংবা হবাওখি।

শ্রীযুক্ত গরবীনিৱাজ মহারাজগী স্না হাক্তক্তা মপুখৌ পাখংবগী মতৌগুমনা চিং অকোইবদা লৈরিবা হাও পুমনমক অমস্তুং কবো লৈপাক, ত্রখেল, আসাম, কাছাড় অসিনাচিংবা পুমনমক লোইপোৎ কারা মতমনি, মাসিদা হাও পুমনমকস্তু কুম্মৈ তৌহল্লি, অমস্তুং ওক থাদোকতুনা ফাহল্লি, মরম অসিদগী মেরা হাওজোংবা হায়না মমিং চংলি।

শ্রীযুক্ত গরবীনিৱাজ মহারাজ অসি করিগুম্বা মতমদা মাংখিবা অঙাং নরানা নিংথৌ ওই হায়তুনা নিংথৌ অসিগী মমিং মৈতৈনা গরবীনিৱাজ হায়বা মিংথোল অসি থোনখি অমস্তুং নোংচুপ লোমগী

হিন্দুস্থানীশিংনা লাইরবগী মপুনি হায়ত্নুনা গরীবনিৱাজ হায়নস্থু থোল্লি।

## গরবীনিৱাজগী স্না হাক্তক্তা লাকপা ব্রাহ্মণ।

| হৌরকফম | লাকফম | লাংপা লাই | মরম | য়ুমনাক |
|---|---|---|---|---|
| ১। মুখার্জ্জী | শান্তিপুর | রাধা কৃষ্ণ | নিংথৌমচাহ্নপী বৃন্দাবন্দা পুবদগী | গতি ময়ুম |
| ২। বেনার্জ্জী | কান্যকুব্জা | শালিগ্রাম | হঞ্জবা ওইবদগী | হঞ্জবময়ুম |
| ৩। মুখার্জ্জী | লুনারজি পশন পারা | বৃমানী ঠাকুর | হিদং ওইবদগী | হিদংময়ুম |
| ৪। তেৱারী | কান্যকুব্জা | মহাপ্রভু | নৌনালাকপদগী | অনৌবম |
| ৫। মুখার্জ্জী | বেনারস | শালিগ্রাম | ব্রাহ্মচার্য্য চৎপদগী | ব্রহ্মচারীময়ুম |

## শ্রীযুক্ত গরবীনিৱাজ মহারাজনা পোক্লম্বা মচা ইবুংঙোশিংদি মখাদা ইরিবা অসিনি

১। শ্যামজাই—গৌরশ্যাম, ভাগ্যচন্দ্র, কৃষ্ণচনদ্র, ভবানন্দসিংহ মরি অসি শ্যামজাইনা পোকপনি।

২। মুরারিশ্যাই---ধারা লৈতে অন্নাদা মাংখি।
৩। চিংশ্যাই–নিংথৌ ওই ধারা পান্দে।
৪। নন্দশ্যাই—ধারা পান্দে।
৫। দকো শ্যাই– মচা পোক্তে ধারা লৈতে।
৬। শৈবশাজীশ্যাই— মচা পোকতে অন্নাদা মাংখি।
৭। ভরতশ্যাই—নিংথৌ ওই ধারাদি পাচহন্নমনি মশা অন্নাদা মাংখি।
৮। শত্রুঘনশ্যাই—ধারাদি উরুংব্রেন ময়ুম স্না চপ্রান্দ।
৯। হরিচরনশ্যাই–ধারাদি লৌরু পুরেন ময়ুম।
১০। গদাধরশাই—ধারাদি স্নাইমা সেনাপতি ময়ুম অতুগা লৌরুংপুরেন ময়ুম।
১১। তুল্লোবশ্যাই—ধারাদি লৌরুং পুরেনময়ুম অচৌবা স্না নোংমাইথেম স্নাহন।
১২। ধরশ্যাই—ধারা লৈতে।
১৩। হরিশ্যাই---ধারা লৈতে।
১৪। ভৌব্রামশ্যাই–ধারাদি জয়সিং, যতুসিং, রাঘবসিং, ভদ্রসিং (থাবা) মরি অসি পোকলমই।
১৫। আনন্তশ্যাই - ধারাদি মন্ত্রি পুনশিবাগী কাংবু (মন্ত্রিময়ুম)
১৬। তুলশিশ্যাই - ধারা লৈতে।
১৭। মেঘশ্যাই—ধারা লৈতে।
১৮। কিশোরশ্যাই—ধারা লৈতে।
শ্যাই তারানিপান অসি পোকসমই।

নোট:—পাচহন্নম—হায়বদি নিংথৌ মচাশিং অসি মথৌ অমমম পুরি। স্না কোন্নুংদা রাজপুরোহিতনা মনিপুর প্রজাগী দমক পঞ্চশনা হায়বা যজ্ঞ ৫ থক নীতিগী তৌরি। যজ্ঞ মশিং

মঙা অহুবু পাচ কৌট, যজ্ঞ তৌরিবা মকম অহুবু পাচ লোইসং কৌই। পাচ লোইসং অসিগী মকোক ওইরিবা মচা ইবুংঙো: শিংবু পাচহন্নম কৌই।

খবক্তি—কোম্বুংগী পোকপা অমস্তুং সিবগী য়ুম মাংবা য়ুম-শেংবা (শুধা শুধি) অসিগী পাও চেল্লি। অমস্তুং প্রজাশিংগী য়ুম্মাং য়ুমশেংবগী দমকস্তু নাপিত কোইথা থাই। মরম অসিদা চংবা মীদি-- পাচহনবনে, রাজপুরোহিতনে, নাপেত হঞ্জবনে অমস্তুং অচ্ছিদ্বি শংলাকপনে মরি অসিনি।

পোৎচাদি—পাচহনবনা লৌ অহুগা অতৈসিনা য়ুম অমমমদা ফৌ লাইতং অমমম খায়রগা পুলপ পুল্লগা য়েনৈ।

উরুংপুরেন ময়ুম---উ, রাগী লোইশংগী মকোক ওইরিবা মচা ইবুংঙোশিংবু উরুংপুরেন ময়ুম কৌট।

লৌরুংপুরেন ময়ুম— লৌ ইংখোলগী মকোক ওইরিবা মচা ইবুংঙোশিংবু লৌরুংপুরেন ময়ুম (এল, আর ও) কৌই!

মাসিদা অচৌবা মচা খায়রি। নিংথৌমকনা পোকপা অহান-বদা ওইবা অহুবু লৌরুংপুরেন, উরুংপুরেন অচৌবা হায়না থংনৈ। অহুগা থুলকতগী অকোনবদা ওইবাশিং অসিনা লৌরুংপুরেন উরুংপুরেন ময়ুম মচা হায়নৈ।

আনন্তশ্যাই—আনন্তশ্যাই মন্ত্রি পুমশিবা অসিগী ধারনা মন্ত্রি ময়ুম হায়না মথং মথং থংনখি।

শ্রীযুক্ত গরবীনিরাজ মহারাজগী স্না হাকতকত্তা মণিপুরগী অকোইবদা লৈপাকশিং অসি লৌসিনবিরমই অমস্তুং রামাউৎ নিমান্দি ধর্ম্ম অসি ফজনা চংতনবিরমই।

মহারাজগী স্না হাকতকত্তা পুরাণ অমস্তুং বিজয় পঞ্চালিনা চংবা লাইরিকলেংবা পণ্ডিত:—

১। লৌরেম খোংনাং থাবা
২। দ্বিজ সীতারাম শর্ম্মা

মমাংঙৈদা মহাবলী উমংদা য়োংশিং অসি নোংমাইজিংদা লৈরমই। য়োংশিং ঠাকুরগী সেবাগী মওং ওইনা মহাবলী উমংদা য়ৌরমই। শ্রীযুক্ত গরবীনিৱাজগী স্না হাকতকতা পুখ্রি তৌসিল্লক মী য়াম্না তাসিল্লকপনা মহাবলী উমংদা থাঙ্গেশেংনা লৈখি। য়োংশিংনা লাল্লম্বা চহী কুহুবু ৱাংখৈ য়োংলাক লম্বি হায়না হৌজিক ফাওবা থংনরি।

---

# তরাশুবা পন্দুপ।

## নিংথোইওম্বা মহারাজ (ভরতশাই)

নিংথোইওম্বা মহারাজনা শকাব্দ ১৬৭৪ নিংথৌ ওইদুনা পাল্লি।

## মোরাম্বা মহারাজ (গৌরশ্যাম)

মহারাজ মোরাম্বা (গৌরশ্যাম) না শকাব্দ ১৬৭৫ শুবদা

নিংথৌ ওইহনা পাল্লি। ময়াম্বুং গৌরশ্যামগা কর্ত্তাগা শিন্না শিন্না নিংথৌ ওই। মহারাজ গৌরশ্যামগী সনা হাকততক্তা মনাও ইবুংঙো কর্ত্তানা কংলা মেন্দা কারুরে। গৌরশ্যামগী কনাগুম্বা মনাই নিপাঅমনা থোঁদোক অসি মহারাজ গৌরশ্যামদা হক্ষৎলুরে। পাও তারবদা মহারাজ গৌরশ্যামনা শাওরহনা মনাও ইবুংঙো কর্ত্তাবু সনাকোম্বংদগী তাম্থোকখ্রে। কর্ত্তানা মমাগা পোকমিন্নবা মাকলৌরেন মোইরাং নিংথৌগী ময়ুমদা লৈরুরে।

অহগী মতুংদা ময়াম্বুংনা মনায়শিংগী থোইনসিন্দগী কর্ত্তাবু হাংননবা মোইরাং নিংথৌদা চিঠি অমা লোননা পিখি। চিঠি অহ ফংবদা মোইরাং নিংথৌ থেলৈম্বুংব্রা তেলহৈবনা থাংজিং লাই কাবদা নংবু হাংকদবা মীদি কর্ত্তানি হায়না ফাওরে। মাহুদগা তেলহৈবনা কর্ত্তাবু হাংনবা থৌরাং তৌরে। তৌনরিবা থৌরাং অসি কর্ত্তানা উরহনা নিংথৌখোং তাম্না চৎখিহনা নিংথৌখোং নিংঙোল কিশোরীগী ময়ুমদা লৈরুরে।

মতুংদা তৌনরিবা থৌরাং পুমনক অসি কর্ত্তাবু পোকপী মমা ইবেম্মনা মরম পুম্নমক অহ উরহনা লোনা চিঠি অমা হহনা নথরাই হিংনবা চেললো হায়হনা মচা ইবুংঙোদা পিরকই। মমা ইবেম্মনা পিরকপা চিঠি অহ হেক ফংবগা থরাই হিংনবগী দমক হাও শাহনা চিংদা হাইগৎখরে। মাহুগী মতমদা নিংথৌ-খোং নিঙোল কিশোরী কৌবী অসিদা কর্ত্তাগী মচা অমা গর্ভ পুহনা লৈহৌই।

মাহুগী মতুংদা কর্ত্তানা হাও শাহনা লৈমতাক তুরেল মপান্দা তাহনা মরাম হাওথুনদা চেং নিরুবদা হাওশিংনা নখোই মৈতৈ নিংথৌ মচা অসিনা মমাংঙৌদা ঐথোইগী মরাম হাও য়াম্না হাংখি, মরম অসিনা নঙোনদা চেং চাক পিনিংদে। মাহুদা

কর্ত্তানা শাওরদুনা ঐনা নিংথৌমচা অশেংবামক্ত ওইরবদি মারাম নখোই পানাও সিংনাও তারাম্নু হায়না শাপ তৌরম্লগা থিগোমৈ হাওখুন ( কোহিমা ) য়ৌখি।

কর্ত্তানা থিগোমৈ হাওখুলদগী লাক্লুনা হিরম্বা ( উত্তর--কাছাড় ) দেশগী মনেমশিঞ্জানা ওংবাময়াং নিংথৌ রামনারায়ণগীদা মতম খর কৈরমলগা আসামলোমদা লেংখিদুনা তেথাও স্বর্গদেবগা উন্নরুরে। মতম অসিদা তেথাও নিংথৌ স্বর্গদেবগী কোন্নুং শিবশাগরদা ওইরম্মি। কর্ত্তানা মণিপুরদা তৌনরকইবা ব্লারি পুমনমক স্বর্গদেবগী মফমদা শন্দোকনা পিরে। ব্লারম পুমনমক তাবদা স্বর্গদেবনা কর্ত্তাবু য়ামনা ইকাই খুমনবগা লোইননা মাগী কোন্নুং মপুংদা মফম অমা শেমদুনা থমখ্রে।

মণিপুর অসোমদা তেলহৈবনা কর্ত্তা হায়বা মমাক অসি থাংজিং লাইনা ফাওবা ব্লাহৈদগী কিবনা অহিং, গুংথিল, তুম্বা চিপ্পা অমস্তুং চাবা থকপা য়াদ্রদুনা গৌরশ্যামগী স্নানাক্তা চংলদুনা ব্লা তান্ননা হৌরকলে। মখোই অনি ব্লা তান্নদুনা স্বর্গদেবগী মফমদা কর্ত্তাবু হাংলু হায়দুনা চিঠি অমা পিখ্রে। ব্লারোনদি মহারাজগী ননাক্তা লৈরিবা কর্ত্তা হায়লদু নিংথৌ মচা নত্তে মহাক্না হায়জিন্নবনি মরম অসিনা চিঠি অসিনা হেক ফংবগা মাবু থুনা হাংলু।

চিঠি অদুগী মরোল তাবদা স্বর্গদেবসু মপুক্তা চিংনরদুনা মাগী লৈপাক্কী অঙম অথৌ পুমনমক তিন্নদুনা ব্লা তান্নরে। মখোই ময়াম খুমবদা কর্ত্তাবু হাংপা তারবদা ভোগিন্দ্র কৌবা মন্ত্রি অচৌবা অদুদি দরবার য়াওরমদে। মাদুবু স্বর্গদেবনা কৌখংদুনা ব্লা তাননবদা মহাক্না হায়রকই। " কর্ত্তাবু হাংফম থোকতে; মহাকনা মতম অস্তুক কুইনা ঐখোইগী লৈপাকতা

মাগী মরমচং ফত্তবা অমত্তা ফংদরি। মখোইনা কর্ত্তাবু য়েংথিত্নুনা পংহাই হায়রকপস্সু য়াই। মখোইনা হায়রকই হায়ত্নুনা ঐখোইনা ইথন থন্দনা নীপা অসিবু হাৎলবদি ঐখোইবু তুংদা মীনা য়ামনা থিনা ঙাংনহৌরনি।

নিপা অসিবু মণিপুরগী কর্ত্তা হায়বত্ত অশেংবনী শেংদবনী য়েংসি হায়বা লৈরগা মহারাজগী শামু য়াইসা অঙাওবা অতু পুথোকলগা কুম্মৈ ওইনা মহাকপু হেক মফাহনসি করিগুম্বা নীপা অসিনা কর্ত্তা হায়বা নিংথৌ মচা অতু থাংজৈশেংবা ওইরমলগা শামু অসি ফাগনি, শাজম্নবা ওইরগা শামুনা হাত্তুনা মাগী মথরাই মাংজগনি। ঐখোইনা মাবু অমুক করিগী হাৎকনি। মণিপুর নিংথৌ মচা হায়বসিদি লাইগী ধারানি, মানা অশেংবা ওইরমলবদি লাইনা শোইদনা মহাকপু কনজগনি।

মন্ত্রিগী রা অতু ময়ামনা য়ারত্নুনা কর্ত্তাবু দরবারদা কৌশৎলগা স্বর্গদেবনা কার্ত্তাবু শামু য়াইসা অঙাওবা অতুবু ফাও হায়ত্নুনা হায়রে। রা অতু কার্ত্তানা তারবদা য়ামনা অৱাবগা লোইননা মানা লৈরিবা য়ুম অতুদা হল্লকলে। অহিং য়ৌরকলবদা কর্ত্তানা শ্রীগোবিন্দাবু কৌরত্নুনা কপ্লকলে। মনায়না রাবা অতু উত্নুনা শ্রীগোবিন্দনা কর্ত্তাগী মমংদা লাক্কুনা হায়ররে কর্ত্তা নং কবি অমত্তা রাগম্নু, শামু য়াইসা অঙাওবাতু হয়েং ঐ ফাবিগনী, হয়েং নংনা মণিপুরদা হন্দুনা নিংথৌ ওইরগা ঐগী মূর্ত্তি অসি লিংখৎলু! নোংঙাল্লগা স্বর্গদেব অমস্যুং মহাক্কী প্রজা পুমনমক কর্ত্তানা শামু ফাগা য়েংগদবগী তিল্লে। কর্ত্তানা খুত্তা মালা পাইত্নুনা, য়োৎকী পন্না খাজিল্লবা উচেক পাইবা য়াদবা শামু অতুগী মনাক তাননা চংলকলে। শামু অত্নুনা কর্ত্তাবু হেক উবদা ইতে তেত্নুনা কুম্থাখরে। কর্ত্তানা শামু অতুগী মখোং খুয়ৌ চল্লি।

তৌরিংা মতৌ অদু উবদা তেখাও প্রজা পুমনমকনা ইকক ওকলহনা কর্ত্তানা জয় ওইরে ২ হায়না জয়ধ্বনি তৌখি। স্বর্গদেবনা কর্ত্তানা হায়রকই মহাক অসি থাংজৌশেংবা লাইগী মচা মগুনি হায়বনি থাংজৌশেংবা খংলে। হৌজিক্তি দরবারদা চংলাসি হায়তুনা কর্ত্তাবু খুজেং পাইতুনা পুশিল্লে। দরবারদা স্বর্গ-দেবনা মহারাজ ওসিদগী হৌনা মহারাজবু জয়সিংহ হায়বা মিংথোল অসি থোনজল্লে। হৌজিক্তি মণিপুরদা লান তানবব: লাম্মি অমসুং খুৎসু খুৎলাই ঐনা পিগনি, মহারাজ কদোইগে হায়বগে মরোল অমতং তাকপিয়ু। স্বর্গদেবগী রা অদু তাবদা কর্ত্তানা হায়রকই মহারাজ মতম খংদং চাইবিখো। ঐহাক মনিপুরদা অমুক্তং চংতুনা মণিপুর প্রজাশিংনা ঐবু কয়ামুক লুংশিনিরিবা হায়না য়েংলুখিগে

অদুগী মতুংদা কর্ত্তানা খোংজাই থিজেৎ শেংতুনা নমদা শম পোতুনা অমসুং খুত্তা তা পাইতুনা মনিপুর মাইকৈ তম্না খোংশাল্লকলে। কর্ত্তানা খোংজাই শাতুনা তেখাওগী কোম্মুংদগী হৌজিকী নগাও জিলারোমদা লাক্লুনা হাফলোং তারে। অতদগী তমেলোং হাওখুন তাতুনা খেবুচিং য়ৌরে। কর্ত্তানা খেবুচিংদোল কাতুনা মথাদা হায়রিবা ব্রাহ্মৈশিং অসি হায়দনা তা খৌশারমই ঐনা মণিপুরদা নিংথৌ ওইতুনা পানগদবা লৈরবদি ওসিগী মুংপাক অসিদা তা খৌশাবদা তাদবা ওইসনু অদুগা ওইরোয়দবা লৈরবদি মুংপাক অসিদগী তাবা ওইসনু অসি হায়তুনা কর্ত্তানা তা খৌশাবদা মুংপাক মথক অদুদগী তাখিদে।

অদুদগী কর্ত্তানা লৈমতাক তুরেলগী মপান্দা লাক্লুনা বিষ্ণুপুরদা মুংখিল পুং ৪ তাবা মতমদা থুংলরে। কর্ত্তানা বিষ্ণু-পুর কৈথেল্দা মুংপাক অমগী মথক্তা ফমতুনা শৈরিংদা অঙাংশিংনা

চলকতুনা হাও অসি ফজৈদা হায়দনা য়েংনরে। মতম অতুদা হন্নুবী অমা চংলকতুনা হায়রৈ, মাতুদি চিংলেন নোংত্রেন কৌবা মৈতৈ নিংথৌমচা অমা চিংদা মাংখি : নহাকী নশক অসি য়াম্না মান্নে নংগী নমিংদি লোয়নাই চিথংথোব্বা কৌ হায়রমগগা চংখি।

অতুদগী কর্ত্তানা ইমফালদা কারকতুনা হুমিদাং পুং ১০ তাবা মতমদা অহোম কশিচনদ্র পণ্ডিতকী ময়ুমদা চংতুনা য়ারি পুমনমক শানখি। প্রজাশিংনা মাগাকপু য়ামনা চান্নি হায়বসি থংলতুনা নোংডাল্লমদায়দা মী উগরিহৈদা তেখাও তান্না চংখ্রে।

মহারাজ গৌরশ্যামস্থ মতম অতুদা স্না হকচাং ইদুনা নোংগথরে। মোরাম্বা (গৌরশ্যাম) না পানবা মতমদা গবর্ণমেণ্ট এজেণ্টকা মরুপ ওই। মরমদি চট্টগ্রাম বন্দরদা আকাম হাওনা লুট তৌরুতুনা গবর্ণমেণ্ট এজেণ্টকা থংনরে। হায়রিবা এজেণ্ট অসিনা অকাম হাওগী নিংথৌ থিরকপদা গৌরশ্যাম মহারাজনী হায়বা থংলতুনা য়ারকপিন্নু অমসুং মরুপ ওইসি হায়তুনা চিঠি পিরকই। এসু থর চংশিনলককে মহারাজস্থ থর লেংসিনবিরকউ হায়খি। মখোয় অসি কাঞ্চনবারিদা উনরে। মাতুদগী মরুপ ওইতুনা লশিং মুগা অমসুং শেল মথাই চামডাগা ৫০০ লুপা ১২৲ পাশিন্দুনা ললোন্নরে। গৌরশ্যামনা ব্রহ্মাগী সানস্থ ব্রিটিশকী মাতেং পাংলে। ইংরেজগা মৈতৈ নিংথৌগা থংনবসি গৌরশ্যাম মহারাজনা ইহান হানখি। নিংথৌ অসিগা ইংরেজগা খৃষ্টাব্দ ১৭৬২ শুবদা মরুপ ওইবগী লাইরিক ইনখি।

গৌরশ্যামনা নোংগথ্রবা মতমদা অমসুং কর্ত্তানস্থ তেখাওদা লৈরিহৈদা তেলহৈবনা করোদা মচান্নুপী পিতুনা লৈবাক ডাকই। করোনা মণিপুরগী নিংথৌ মচা অশেংবা কনা লৈরিবগে হায়তুনা থিরকপদা, য়াংথৈ ময়ুমনা ঐথোইনি হায়তুনা চোংথোকলে। অতু

শুইরবদি লুগুনগা কন্থিগা লৌথোকউ নিংথৌ হাম্পিগে হায়তুনা লুগুন কন্থি লৌথোকতুনা কখোগী মথাদা লৈপাক শাকহনলি। ফম্বাল তোংগে ত্তৌবদা ইথং খংহৌদনা ঈশিং য়ামনা চাওরকতুনা থুমলকতুনা ফম্বাল তোংবা ঙমথিদ্রে। মাতুদগী কর্ত্তা লাকপনা চান্দুনা অতুম্মক তোকখ্রে। হায়রিবা অসি লৈকাই লাকপদা ভাখ্রে। মতম অতুগী ঈশিং অতুবু য়াংগৈ হাক্রককী ঈশিং হায়না মমিং চংলি।

গৌরশ্যাম মোরম্বনা তুরেল অসি শমতংতনা হীরম শমতং পীরমই মাতুগী মমিংবু হিরাল হায়না কৌরি।

তেথাও য়্যোরবদা কর্ত্তানা তেথাও নিংথৌদগী লাম্মি লিশিং মরিরোম (৪০০০) খুংগু খুংলাই লৌতুনা মণিপুর তমনা লান যাত্রা তৌরকলে। হন্দক লাকপা অসিদি থিগোমৈ (কোহিমা) বোমদা লাকই। থিগোমৈ অমম্বুং মাওগী গ্রামে হাও পুমনমক কান্নাগী লান পাংতুনা কোইরেংগৈদা তেঙ্গোল শারে। তেঙ্গোল অনি থোকনা শাথি, অমনা অরাং লম্বীদগী অমনা ইরোইশেম্বা লম্বীরোমদগী চংলকতুনা কোম্বুং পাইরে। অয়ুকতগী লাল তৌরকপনা গুমিদাংবাই কোম্বুং পাঈররে। মৈতৈগী লানমিশিং অতুম্বু কাঈতুনা লোইনা চেনখ্রে।



# ১১ শুবা পন্দুপ।

## কার্ত্তা মহারাজ

কার্ত্তা মহারাজনা শকাব্দ ১৬৮১ শুবদা নিংথৌ ওইহনা পাঙলি। কার্ত্তা মহারাজনা পাললবা মা হাক্কক্কা মাকলোরেল মোইরাং নিংথৌ খেলৈমুংবা তেলহৈবনা মহারাজদা চিংডা ফাওবা মোইরাংগী লমপাগু হায়না নিরবদা, মহারাজনা মমাংঙৈদগী হৌনা তোরকদ্রে হায়না য়াখিদ্রে। অতুগী মতুংদা থর নৈরগা অমুক হন্না লাকপদা লোকপচিং ফাওবা পাঃথু হায়না অমুক নিরুবে অতুদস্তু য়াখিদবে। মহারাজনা য়াখিদববা অতুদা মোইরাং নিংথৌনা শঙ্গাই মতুংদা মলৌ কলমসগা ফুক হৌগৎতুনা মোইরাং তান্না হনখবে।

মোইরাং নিংথৌনা মমাংঙৈগী থাংজিং লাইকাবদা ফাওখিবনে অতুগা লম নিরুবদা পিরগুবনে অনি অসিগী মুংডাইত্তবনা কবো নিংথৌগী মফমদা মাগী : স্ত্রী অমা থাদুনা লানগী থৌরাং তৌরে। কবো নিংথৌসু মোইরাং নিংথৌগী চিঠি অতু পারগা লাল তৌসি হায়বদা য়ারহুনা মৈতৈ নিংথৌগী মথক্তা লান তারকলে। মৈতৈ গী নিংথৌসু তেথাওগী লাম্মিগা লোইননা লাঙডাথেল তান্না লাল থেংনবা চংলে। তেতোল অনিমক লাঙডাখেলদা য়ামনা কঃ। য়ান্নবে। মৈতৈনা লাল ৎমলহুনা কবোগী লাম্মি পুমনমক কায়হনা পলেনগী লম্বীগা লাঙডাথেলগী কবো তাবা লম্বীরোমদা

চেনখরে। মৈতৈ লাম্মিনা চেনখিবা কবোগী অমসুং মোইরাংগী লাম্মিশিং অদু কবোগী চিক্কা লৌবুক্তা ফাত্নুনা য়ামনা হাংলে।

মৈতৈগী লাম্মিশিংনা মোইরাংগী লাম্মিশিং খরদি ফাত্নুনা পুরকই। মোইরাংগী লাম্মি ফাত্নুনা পুরকপা অদু উবদা মহারাজনা মাগী মমাগা পোকমিন্নবা মোইরাং নিংথৌগী থুজিন্না তৌবা ওইরে হায়বা অসি খংলত্নুনা য়ামনা শাওরত্নুনা মোইরাং নিংথৌগা লোইননা মোইরাং পুমনমক ফাত্নুনা মোইরাংখোমদা হাংখি। মোইরাং খরদি চিংদা কাত্নুনা লোংখি। মোইরাং পুমনমক থোনত্নুনা মমাংদৈদা মবুধৌ নিংথৌখম্বা মহারাজনা মোইরাং হাংখিবা মফম অসিদা কার্ত্তাম্ম অমুক হন্না মোইরাং পুমনক হাংখি।

ইমফাল তুরেল অসি মমাংদৈদা চরাইরোংবা মহারাজনা তুরেল অমনবী অসি শিংজমৈদগী লিলোং তান্না নোংপোক লোমদা খৈরমই। কবো লান তাল্লুবা হলকপা মতম অদুদা শিংজমৈগী তুরেল অনি লোংবা থিঙেল অসি ঈশিং চাওত্নুনা কাইরমই, মফম অদু তেথাওগী লাম্মিশিংনা থোল্লি হায়ত্নুনা মফম অদুবু তেথাওপাং হায়না হৌজিক ফাওবা খংনারি। লান অসি লোইরগা ফমলোন হাপ্পদা পাওনগী লুচিংবা কাজিন্সু গাপখি।

কার্ত্তা মহারাজগী স্না হাক্তক্তা শ্রীনরোত্তম ঠাকুরগী শিষ্য মঙা মণিপুরদা গৌরধর্ম্ম শন্দোকপা লাকখি। গোস্বামীশিং অদুগী মমিংদি গঙ্গানারায়ণ চক্রবর্ত্তি, কৃষ্ণচরণ চক্রবর্ত্তি, শ্রীকুঞ্জবিহারী অমসুং নিধিরাম আচার্য্য ঠাকুর, রামগোপাল বৈরাগী মঙা অসিনি। মণিপুরদা হান। লৈরম্বা শ্রীরূপ পরামনন্দ ঠাকুরনা রামগোপাল বৈরাগীদা নাম লৌগদবগী ইরুজখ্রিভৈদা ভাংবম শেলুংবনা লাক্কুনা নাম হানা লৌথোকখ্রে। শ্রীরূপ পরমানন্দ ঠাকুরনা ইরুজবা লোইরগা গোস্বামীদা নাম পীয়ু হায়ত্নুনা হায়রখদা

শাওগনা হায়রকই, নংনা হৌজিক্তা নাম লৌখি্রৈভনা অমুক হন্না নাম পীয় হায়দনা লাকলিররা ? মাতু তারবদা শ্রীরূপ পরমানন্দ ঠাকুরনা হায়রকই, ঐগাক নক্তে ঐগা মানবা ভাংবম শেলুংবা ওইরিগনি হায়রকই মাতু তাবদা রামগোপাল বৈরাইগীনা ভাংবম শেলুংববু কৌতুনা হংবদা চুমলে। মরম অসিনা ভাংবম শেলুংবনা নাম ফংবা ইহান হানখি।

ভাংবম শেলুংবনা কৃষ্ণদাস ঠাকুর অধিকারী কামদেব ব্রজবাসী অমসুং শ্রীরূপ পরমান্দ ঠাকুর মরি অসিনা মণিপুরদা বৈষ্ণব ধর্ম্ম শন্দোকখি। শ্রীরূপ পরমানন্দ ঠাকুরনা কার্ত্তা মহারাজগী গুরু ওই।

নোট = শ্রীযুক্ত কার্ত্তা মহারাজনা গৌরধর্ম্মগী অনৌবা নাম লৌফম শং অতুবু "গুরুশংসা" হায়না হৌজিক ফাওবা মিংখোন্নরি।

কার্ত্তা মহারাজগী স্না হাকতকতা মণিপুরগী মন্নুংচনবা অরাং লমখৈদা লৈবা মোরান ( মরিয়ানী ) হাওখুলগা তেখাওগা য়ামনা কন্না লান তৌরে। তেখাও নিংথৌনা কার্ত্তা মহারাজবু লান পাংবীয় হায়না হঙ্গৎলকই। মাতু তাবদা কার্ত্তা মহারাজনা তেঙ্গোল খরগা কার্ত্তা মহারাজবু ধীমারাজগী লৈপাক্তা ভাইরমই। তেঙ্গোল অনি অতু উরগা মোরান চিংদগী চেম্থরকপা যোরহাতকী ভুরেল নামতাং কৌবা তুরেল মপান্দা তেঙ্গোল শারে; মৈতৈনা তেখাওগী মিচং চংতুনা মাখোইগী লান তৌগান হায়তুনা লাকপা অতু উবদা মোরান হাওখুলনা শাওরে। মৈতৈগী লাইনিংথৌনা ঐখোইগা লান শোকনগনি হায়তুনা লাকপসি মুংভাইতে হায়তুনা মখোইনা মৈতৈ লাম্মিগা লান য়ামনা কন্না শোকনরে। লানফম অসিদা মখোয়না ভমগনা শগোল ভদ্রসিংগা দোলাইগা লাম্মি

কয়া মরুমগা ফাত্নুনা মখোয়গী মখুল তান্না পুখ্রে। কার্ত্তা মহারাজনা করম ত্তৌসিগে হায়না খন্দুনা লৈরিভৈদা মোরান হাংখুন্না ফাখিবা শগোল ভদ্রসিং, দোলাই অমস্তুং লাম্মিশিং শুতুগা পুরকতুনা কার্ত্তা মহারাজদা কৎলতুনা হায়রকই। মৈতৈগী লাইনিংথৌনা ঐখোইবু কুংশিদতুনা তেখাওগী মিচং চংবা অতুদা ঐখোই থরাই সুংচাহংতাতুনা ত্তৌবনি হৌজিক্তি শগোল ভদ্রসিং-নচিংবা লাম্মি পুমনমক অসি লৌশিনবিরো হায়না কৎখি।

অতুগী মতুংদা কর্ত্তা মহারাজনা তেখাওগা মোরান হাও-খুনগা অনি অতু তাহশিনন্দুনা যোরহাত্তা তেঙ্গোল অহুম মক কুংঙাইনা মতম থবদং লৈশিন্নবগা তেখাও লাম্মিগা মোরান হাওখলগনা মহারাজবু মণিপুর ফাওবা থিল্লকই। হাবাও কুম্মে য়াম্না ত্তৌতুনা তেখাওগী মীবু মহারাজনা শগোল কাংজৈ শানবা লৌদোক পীবমই। অতুগী মতুংদা থব লৈরগা তেখাও নিংথৌনা মহারাজ জয়সিংহগী মচানুপী অমত্তা পীনবিদু হায়রকপগা মহারাজগী মচা ইবেমাদি পিক্কুনা ময়ান্থুং মোরাম্বা (গৌরশ্যাম) গী মচা ইবেমাত্ত ঐনা পোকপাগুম্বনি হায়তুনা পিখি। মচা ইবেমা অতুগী মমিং মণিপুরদদি তেখাও লৈমা হায়না কৌনৈ অতুগা তেখাও লৈপাকনা "কুরঙ্গনয়নী মোগলোইরাণী" হায়না নিংথোনখি, মরম অতুদগী তেখাও লৈপাক অসি ভাই ওইখি!

নোট = আসামগী স্বর্গদেবা অসিবু মণিপুরনা তেখাও নিংথৌ হায়নৈ। মবমদি অসামদা ভেথা কৌবা তুরেল অমা চেল্লি। ডে া হায়বা তুরেল অতুদগী মমিং হৌতুনা অসামগী স্বর্গদেববু মৈতৈনা তেখাও নিংথৌ হয়না শিজিননৈ। লালসি লেইরগা শ্রীভাগবত মৈতৈশাবনগা নিজতুনা থমহৌই, মত্ত লামতাং তুবেল মপানদা গো-খাইগাও খুল অতুদা হৌজিক ফাওবা খুদম লৈরি।

# শ্রীশ্রীগোবিন্দ লিংথৎপা।

কার্ত্তা মহারাজনা কাঞ্চিপুর (লাংথবান) দা কোক্লুং অমা শেমগৎনা মফম অতুদা মতম খরদং লৈরিবৈদা নোংমা মহারাজগী মংদা শ্রীগোবিন্দনা লেংঙক্লুনা এহাক ভাম্মুখ চিংদা (ভাত্রি-গিরিদা) থৈবোং পাম্বি ওইনা হৌতুনা লৈরে হায়না কার্ত্তা মহারাজদা তাকপিরমই।

নোংহেক ভানখগা মহারাজনা লাইরিক য়েংবা পাঞ্জি রামসিং কৌথৎলে। মহারাজনা পাঞ্জিদা ভাম্মুখ গিরি হায়বগী কদাইদা লৈবগে হায়না হংবদা কান্যাদনি হায়না হঙৎলি। মাতুগী মতুংদা মহারাজনা অঙম অখো পুমনমক পুতনা ভাম্মুখগিরি তান্না লেং-লক্লুনা অংথা খুলদা লৈরবে। ময়াম পুমনমক কান্যা চিংদা কাখৎতুনা থিংবদা পোইন্নুগী চুমনি পানবা ইরাই নুমিত্তা থৈবোং পাম্বি ফংলতুনা যানবদা থৈবোং পাম্বি অতুদগী ঈ য়ামনা থোকলে। মাতুদা মহারাজগা স্না কোকথোগ্না ঈ অতু নপথোকলগা পূজা তৌতুনা থৈবোং পাম্বি অতু মরুগা লোইননা ফুকলে।

মহারাজনা থৈবোং পাম্বি অতু অহানবা ফংবা মীঃ অতুবু য়ামনা নুংঙাইরতুনা অংথা খুলদা লৈবা পাওম্নম য়ুমনাক অমা নিংথৌগী থৌ কোকপিরমই। অতুদগী মহারাজনা বেঙ্গুল বাঝাইগা লোইননা থৈবোং পাম্বি অতু কাঞ্চিপুর তান্না পুথৎলকলে। মহা-রাজনা উশুবগী মরমদা মথুং মশা হৈবা মী শাপ্পা লক্ষনসিং কৌখত্তুনা মংদা উবা মূত্তি তাকপিতুনা লিংথৎলে। শকাব্দ ১৬৯১ শুরদা শ্রীগোবিন্দবু মহারাজগী মংদা উবা ফীজেৎ অতু খোন্দুনা জীরন্যাস অভিষেক তৌদুনা মন্দিরদা লেংশিল্লে। শ্রীশ্রী

গোবিন্দগী কৃপা ফংই হায়দুনা অমসুং য়াইফৈ হায়বগী মরমদা প্রজা পুমনমকনা মহারাজবু ভাগ্যচন্দ্র হায়না মিং থোল্লে।

অদুগী মতুং খর লৈরগা শ্রীগোবিন্দনা মহারাজগী মংদা লেংলক্তুনা মহারাস কংলু গোপীগী ফিজেত্তি অসিনি হায়দুনা উৎপেরমই। মহারাজনা হিয়াঙ্গে থাগী ১৫ নি পানবদা মহারাস কংলে। রাধিকাদি মচা ইবেম্মা শিজনা শাই।

শ্রীশ্রীগোবিন্দ লিংখৎপা থৈবেং অদুদগী গোপীনাথ, মদন মোহন অমসুং বিজয়গোবিন্দ লাই অহুম অসি লিংখত্তুনা, গোপীনাথবুনা নিংথৌখোংদা নিংথৌখোং নিঙোল কিশোরীনা পোকপা কার্ত্তা মহারাজগী মচা ইবুংঙো আনন্দরাম কাল রাজদা পিদুনা নিংথৌখোংদা লাংলি। মদনমোহনবু হাংঙোইবম চুড়াসিং শর্ম্মানা নিজদুনা পিবিখি। বিজয় গোবিন্দনা অনন্তশাই মাস্ত্রি পুনশিবনা লাংখি।

শ্রীকার্ত্তা মহারাজনা মচা ইবেম্মা শিজবু অরোং অউন তমদুনা শ্রীগোবিন্দদা কংখি। মরম অদুদগী মচা ইবেম্মা শিজা লাইরোইবী হায়না মমিং চংখি। শিজ লাইরোয়বী অসি মতম খর লৈরগা মপা ইবুংঙো কর্ত্তাদা হঙ্গংলরে "ঐ শ্রীধাম নবদ্বীপতা চংলগে হায়দুনা হঙ্গংলি" মাদু তাবদা মপাবুংনা নবুংঙোনা য়ারবরা হায়দুনা হংলকপদা "ঐ ইবুংঙোদা হঙ্গংলুরে য়ারে হায়না খুমখি"! মাদু ওইরবদি রাসেশ্বরী অসি কনম তৌহৌনি হায়না কার্ত্তানা হায়রক্পদা মচা ইবেম্মনা রাসেশ্বরীদি ঐ রাসগী ফিজে শেত্তুনা লেপকে ফিজেৎ অসি য়েংদুনা নিরুপণ তৌবিয়ু! মাদুদগী কার্ত্তানা রাসেশ্বরী লিংখৎলে। মাসি লোইরমলগা মচা ইবেম্মা শিজা লাইরোইবীনা নবদ্বীপতা চংখি। শ্রীধাম নবদ্বীপতাসু শিজ লাইরোইবীগী মমংদা শ্রীগোবিন্দবিনা অনুপ্রভু লিংখৎলু হায়না

তাকপিরমহুনা অমুপ্রভু লিংখৎতুনা হৌজিক ফাওবা মৈতৈ নিংথৌ মচামশুনা মথং মথং সেবা চৎলি।

লাংথবান হায়বসি মমাংইঙেগী লাই ময়াম তিন্নফম অমম্মুং লম্বী ওইদুম্মী। মমাংইঙেদা লাইগী মীগা শমনরিইঙেদা তাইবং মী হায়বসি ওইদবা লাংই হায়হনা লাই ঐখোই শক উহল্লমুসি হায়না উহনশিন্দ্রে মাদুদা তাইবংমীনা শাওরহুনা থোংডাক লাইরেম্বী তান্না চতুনা হন্নবা হন্নবীদা মবম অসি হংলুরে। লাং পাকউ মন্ত্র অসি শোল্লু মরাইনা থুজগনী হায়দনা তাক-পিরে। মাতুদগী তাইবংমীশিংনা মফম অদুদা লাং থাকতুনা লাই ময়াম ফাখি! মাতুদগী লাংথাকফম কৌখি। মাতুগী মতুংদা বার্তাদগী লৌতুনা কাঞ্চিপুর হায়না মমিং থোনখি।

শ্রীযুক্ত ভাগ চনদ্র মহারাজনা মতম কুইনা য়েকনা তিংথং লৈতনা পাল্লবা মতমদা বামোন কোকপৈ হায়না কৌবা য়ামনা ফত্তবা ব্রাহ্মণ অমা লৈরমই। মহারাজনা বামোন অসিবু নিংথিনা থম্মুখো হায়না পিবদা বামোন অসিবু অঙাং ওলহল্লম্মে। মাতু তাবদা মথরাই য়ামনা রারহুনা হায়রকই, "ঐনা পাল্লিইঙেদা বামন হাৎলবনিনা ঐহাক বামোন হাৎপগী পাপ পুবে" হায়দুনা ঐ শ্রীধাম নবদ্বীপতা চৎপা তারে, অসি হায়হুনা মচাইবুঙো লাবন্যচনদ্রবু মুনিৎ অমা মকতদা নিংথৌ থুবম পিরমলগা নবদ্বীপতা লেংলকলে। অহিং অমা বিষ্ণুপুরদা লেকই, অহিং অদুদা মহা-রাজগী মংদা ফাওই, "মহারাজ নংগী রাসমণ্ডলদা তাহনা লৈরিবা খৈবোং মরু অদুনা তাহদ্দত্য কৌহুনা ঐগী মুর্তি অসি লিখৎলম্মু। মোং হেক ডানবগা মহারাজনা মনাইশিং থাহুনা খৈবোং মরু লৌহল্লুরগা বিষ্ণুপুরদা মংদা উবা মুর্তি অদু শ্রীশাপম লক্ষনসিংদা তাকহুনা শাহল্লে। কাওা মহারাজনা বিষ্ণুপুরদা

মুর্ত্তি অদু লিংখৎলমুগা শ্রীআদ্বৈত্য প্রভুগী সেবা পুনবা লালুপ কাবনাচিংবা থারমলগা শ্রীনবদ্বীপ তান্না লেংখরে।

কার্ত্তা মহারাজনা মতম খরদং নবদ্বীপতা লৈরগা নোংগাখ্রে। মহারাজগী স্না চকচাং অহ শ্রীনরত্তোম ঠাকুরগী মমাংডৈগী শ্রীবাৎ ক্ষেত্রদা যজ্ঞ তৌনবগী শিং সেম্বা অদুগী মথক্তা পোৎলোইরে (সংকার) মরম অদুদগী নোংচুপলোমগী পণ্ডিতশিংনা কার্ত্তা মহারাজবু নরত্তোম ঠাকুরমক ওইগব্রা হায়না ঙাংনখি।

প্রেজা পুম্নমকনা মহারাজবু অঙাং ওইনা স্নাফম্বাল কাকই হায়ত্তনা নাওজিংলেন নোংদ্রেনখোম্বা কৌই। অদুগা শ্রীগোবিন্দগী কৃপা লৈ হয়দুনা ভাগ্যচন্দ্র কৌই। লোইনায় চিংখ খোম্বা হায়বসিনা বিষ্ণুপুরদা হন্নুবী অমনা থোল্লকই। মপোককিদি কার্ত্তা হায়না কৌই। তেথাও লৈপাকনা জয়সিংহ থোলকই।

কার্ত্তা মহারাজগী মচা ইবুংঙোশিং :—

১। স্নাহলসিংহ ২। লাবন্যচনদ্রসিংহ ৩। মধুচন্দ্রসিংহ ৪। তুলজিৎসিংহ ৫। চৌরজিৎসিংহ ৬। মারজিৎসিংহ ৭। দাওজী সিংহ ৮। গম্ভীরসিংহ।

# কার্ত্তা মহারাজগী স্না হাক্তক্তা লাকপা ব্রাহ্মণ।

| হৌরবফম | লাকফম | হৌংপা লাই | মখম | যুমনাক |
|---|---|---|---|---|
| ১। সংনির্বিয়া | বৃন্দাবন | গোপাল ভট্ট | ব্রজবাসী | ব্রজবাসী মযুম। |
| ২। ভরদ্বাজ | আসাম বেনগলা | নরসিংহ | রাবিলিবদগী | রাবিলিবম। |
| ৩। সারস্বত | পঞ্জাব | গোপালদেব | লাইনিংবদগী | ধ্যানদাস মযুম। |

কার্ত্তা মহারাজগী স্না হাক্তক্তা পুবাগ অমসুং বিজয় পঞ্চালী নচিংবা শিনদোকলম্বা পণ্ডিতঃ—

১। ৺ শ্রীলাইহিবয়েংবম হঞ্জবা।

২। ৺ শ্রীতুলসিরাম শর্ম্মা।

শ্রীযুক্ত কার্ত্তা মহারাজগী স্না হাকতকতা মৈতৈবু গৌড়ধর্ম্ম নরোত্তম বারি মাধবচার্য্য পরিবারদা পুশিলবিরমই।

মহারাজ অসিগী সনা হাকতকতা মন্ত্রি পুনশিবনা চিংমৈবোমগী মথক্তা পুথি অমা তৌরম্মি, মাহৎ হৌজক ফাংবা মন্ত্র পুথি হায়না মমিং চংলি।

# ১২ শুবা পন্দুপ।

## লাবন্যচন্দ্র (লোইরেন খোম্বা)

শ্রীযুক্ত লাবন্যচনদ্র মহারাজ শকাব্দ ১৭২০ শুবদা নিংথৌ ওইত্না পাল্লি। মহারাজ ভাগ্যচনদ্র নোংগাখ্রবা মতুংদা লাবণ্যচনদ্র নিংথৌ ওইরে। চহি অহুম পাললবদা দাওজিগা গম্ভীরসিংগা অনিমক্কীদমক মমাগা পোকমিন্নবা খুম্বোংচনদ্রমণি অমসুং নন্দলাল। মখোয় অনিনা নিংথৌ শেমগদবগী মতুংদা শরৌ শিন্নরে। নোংমগী ফুমিৎ অমদা খুম্বোংচনদ্রমণি অমসুং নন্দলালা মখোই অনিনা মীয়াম খোমলক্লনা লাবন্যচনদ্রবু কাংলৈ হেক লোইরগা কাংজৈবুংদা অতুম্মক লোইথোক্লে। মনাও ইবুংঙো মধুচনদ্রনা ময়াম্মুং লৈত্রে হায়বা তারগা মাহাকক্কী মী খোমহনা নিংথৌ ওইরে।

শ্রীযুক্ত লাবন্যচন্দ্র মহারাজগী স্না হাক্তক্তা মবুথৌ পাখংবদগী হৌনা চংনরকপা শাগৈ শাগৈগী শাথা শলাই শন্দোকখিবা অমসুং য়ুমাক ২ শদিংগী মমিং থোনখিবা পুরাণ অতুদি মবুথৌ পাখংবদগী হৌত্না শ্রীযুক্ত লাবন্যচনদ্রগী স্না হাকতক ফাওবা পুরাণ অতুগী মমিং "কংলৈরোন" কৌরমই লাবন্যচন্দ্র মহারাজগী সনা হাকতক অসিদগী পুরাণ অসিবু 'শঙ্গাই ফম্মাং" হায়না মমিং থোনখি।

পুরাণ অসিবু শঙ্গাই ফম্মাং থোনখিবা মরমদি শ্রীযুৎ মহা-রাজগী পণ্ডিত অনি জাত অফা ফত্তগী মরমদা সনা মাংদা

খৎনরমই, মাতুদা পণ্ডিত অমনা শাওতুনা পুরাণ অতুবু ঈশিংদা নমশিনখ্রে. খুদক অতুদা অতোপ্পা পণ্ডিত অতুনা লৌখৎতুনা মহারাজদা কৎখি। অতুদগী মহারাজনা শাওরতুনা পণ্ডিত অতুবু হাৎপগী মহুক্তা কৈথেল্দা জুমিৎ ৭ নি ফৌখি। মথল্লাইমকতি হাৎ পিখিদে। অতুগী মতুংদা পুরাণ অতু শ্রীযুৎ মহারাজগী সঙ্গাই মঙ্গোলদা অমুক শিন্দোকহনখি। মরম অসিদগী পুরাণ অতুবু শঙ্গাই ফম্মাং হায়না মিংথোনখি; হায়রিবা পুরাণ অসি শান্তদাস গোষাইনা পুরাণ যজ্ঞ তৌবদা পণ্ডিতশিংনা লোৎতুনা থমহৌবা পুরাণ অমনি।

শ্রীযুক্ত লাবন্যচনদ্র মহারাজগী ধাবা মচা ইবুংঙো:—

১। তরংখোম্বা, রাংথৈলাকপা।

২। কৈফাসিংহ

৩। রসচন্দ্র সিংহ

৪। তীক্ষিজিৎসিংহ

৫। পোচাসিংহ

শ্রীযুক্ত লাবন্যচন্দ্র মহারাজগী মশু ইবুংঙোশিং:—

১। তরংখোম্বনা পোকপা, খুরাইলাকপনা পোকপা—গোপালম্বা, ম্বাতোম্বা।

২। মনাও অপাম শংলাকপা

৩। ম্বাজাওবা সেনাপতিনা পোকপা শামুহজ্ববা, শগোলহজ্ববা কালি

৪। রাংথৈলাকপা।

## মধুচন্দ্রসিংহ (তমলেন খোম্বা)

মধুচন্দ্র মহারাজনা শকাব্দ ১৭২২ শুবদা নিংথৌ ওইতুনা

পাল্লি। ময়াম্বুং ইবুংঙোদা তৌখিবা মতৌগুমনা খুম্বোং চনদ্রমনি নন্দলালা মখোই অনিনা দাগুজী, গম্ভীরসিংহ অনি অসিবু নিংথৌ অমম্বুং যুবরাজ হাপকদবগী ব্বা তান্নরকলে। মন্নুংদা তৌনরিবা অসি উত্তুনা মধুচনদ্রনা মনাও ইবুংঙো চৌরজিৎপু যুবরাজ হাপ্লে, অতুগা মারজিৎপু সেনাপতি হাপলে। মধুচনদ্র মহারাজনা খুম্বোংচনদ্রমনি অমম্বুং নন্দলালা মখোই অনি অসিবু ময়াম্বু হাৎপিনা অমম্বুং মাগী হাকতকতা তৌরিবা মতৌ অতু উরতুনা মতম পুনমকতা মখোই অনিবু চিংনতুনা নোংমা মন্ত্রি পুনশিবদা লাকতুনা করম তৌসিগে হায়না তান্নরে, মাতু তাবদা নিআনতুশাই মন্ত্রি পুনশিবনা তাকতুনা মহারাজ কংলা মন, হোৎনগী অমম্বুং মতু হৌদি শেমগনি হায়তুনা লৈপাক ময়াম এইনতুনা ময়াম থবক শুরে। মন্ত্রি পুনশিবনা চৈরাপতগী শম্বো, চনদ্রমনিবু কংলা ম্বা হুনবা য়েংলুশি হায়তুনা খুৎ শমনতুনা পাংলা তাম্না পুবকা। মন্ত্রি পুনশিবনা চনদ্রমনিবু উখুল য়েংলুশি হায়তুনা উখুল মনাক্তা পুরকলগা মীয়ামদা ইঙ্গিত তৌরনা মীয়ামদা চনদ্রমনিবু উখুল মন্নুংদা ইন্থতুনা সুমজিনদ্রে। ময়াম্বু উখুল মন্নুংদা সুমজিনতুনা হাংম্বু হায়বসি তারতুনা মনাও নীপা নন্দলালা মখুত্তা পাংশাং পাইতুনা ইরাম্বা তাংপা কনানো তাগতুনা লাওবারে মী কনা অমত্তা মাগী মনাকতা চংবা ভমদ্রে। মতৌ অতু উবদা মন্ত্রিনা মনাকতা চংশিন্নকতুনা, মখোই অচৌবনা অতুম তৌবন্দি কনানা চংবা উমগনি হায়রমলগা মনাকতা চংখিতুনা থাংগা লাইননা কোনতনা নমনা ফারে। অতুদগী মী ময়াম চোংশিন্নকতুনা মবুকত্তা তানা চিনজনা হাংলে।

মধুচন্দ্রনা মতম খরদং য়েকলবা তিথং চৈতেংনা পাল্লবা মতুংদা চৌরজিৎ যুবরাজনা নিংথৌ শেমগে থৌরাংলমলে। মহরাজন

মন্নুংদা তৌরিবা রা তাহুনা চৌরজিৎ যুবরাজবু তাম্মোকখ্রে। চৌরজিৎনা ময়াংলোমদা চেনখিহুনা নবদ্বীপ য়ৌরক্রে। যুবারাজনা মী চামারোম পুহুনা মণিপুরদা লান তারকলে। যুবরাজনা লোই-নরকলিবা মীয়াম অদুদগী মীরৈপাক লম্বোইবা বাশী খোংবা হৈবা অমা য়াওরকই। মধুচন্দ্র মহারাজনা মনাও ইবুংঙোনা লান তারকলে হায়বা তারহুনা মনাও মারজিৎ সেনাপতিবু লাম্মি তেঙ্গোলগা লোইননা শঙ্গাইথেল তান্না থাখ্রে।

চৌরজিৎকা মারজিৎকা শঙ্গাইথেলদা লান য়ান্না কন্না থেংনরে, লান অদু শোক্নরিদুদা কোন্নুংলোমদা মধুচনদ্র মহারাজনা মারজিৎ পোকপি মমা ইবেম্মবু কোন্নুংদগী তাম্থাকলে। মাহারাণীনা শঙ্গাইথেল তান্না লেংখিহুনা হান্না মারজিৎ সেনাপতিবু কৌখোকলে সেনাপতিনা তেঙ্গোলদগী থোরকহুনা মহারাণীগা উনরে, মহা-রাণীনা তৌরকপা রা পুমনমক মারজিৎকী মফমদা তম্লে।

মাহু তাবদা মারজিৎনা করম তৌসগে হায়না হংলকপদা মহারাণীনা নাচিন ননাত্ত অনিমক তিন্নহুনা লান তৌরগা নয়াম্বুং চৌরজিৎপু নিংথৌ হাপ্‌পু, নহাকনা যুবরাজ ওইয় হায়হুনা হায়রে। মারজিৎনা মহারাণীনা হায়বদু য়ারহুনা তেঙ্গোল অনিমক পুনশিন্দুনা মধুচনদ্র মহারাজগী মথক্তা লান তারে। তৌরিবা মতৌ অদু উবদা আসোমদা মধুচনদ্র মহারাজস্থূ কোন্নুংদা মায়াম থোমগত্তুনা তেঙ্গোল শারে। মারজিৎনা ম্না কোন্নুং পাইরে। বাশী খোংলকপদা তেঙ্গোল অনিমক শুমহৎপশুম তৌখ্রে। তান্নক অদুদা মারজিৎ চংশকতুনা কোন্নুং পাইখরে। মধুচন্দ্র মহারাজ খাংবা ওমত্রহুনা ময়াং তান্না চেনখ্রে। অদুদগী চৌরজিৎনা নিংথৌ ওইরে মারজিৎনা যুবরাজগা সেনাপতিগা অনি সুপনা ওইরে।

মধুচন্দ্র মহারাজগী মচা ইবুংঙোশিং :—

১। য়ুমজাওম্বা ২। কৈফাম্বা ৩। নাওলসিংহ ৪। মেঘসিং
৫। পবিত্রসিংহ ৬। হেমসিংহ

# চৌরজিৎসিংহ ( ভালোকবাইরোং পামহৈবা

চৌরজিৎ মহারাজনা শকাব্দ ১৭২৫ শুবদা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লি। মধুচন্দ্র মহারাজনা ময়াংদা চেনথিত্তুনা ময়াংনিংথৌগী মনাক্তা চংদুনা ময়াংগী মী খোমত্তুনা লান হৌরকদুনা বিষ্ণুপুরদা তেঙ্গোল শেম্লি। মধুচন্দ্রগা মারজিংকা বিষ্ণুপুরদা লান য়াম্না কন্না শোকনরে। মাদুদা মধুচন্দ্র মহারাজ খুৎলাইনা পান্দুনা নোংগাখ্রে। মনাও ইবুংঙো মারজিৎনা ময়াম্বগী সংকার লোই-রমলগা ম্না কোন্নুংদা ওল্লক্রে।

চৌরজিৎকা মারজিৎকা শঙ্গাইথেলগী লানগী মতমদা চহি ৫।৫ নিংথৌ ওইনসি হায়দুনা চৌরজিৎকা ঙাংনখি, মাদু হন্দক মারজিৎনা চৌরজিৎ মহারাজদা হোৎদোকলে। চৌরজিৎ মহা-রাজনা মতমদি শুরে, অদুবু ঙাইখো হায়দুনা হায়রকপদ: মার-জিৎনা মুংঙাইতদুনা লান তৌবা তারে হায়দুনা লাম্মি খোমলে। অদুদগী মারজিংনা খুদৈবন্দা তেঙ্গোল শারে, মারজিৎ যুবরাজনা শগোল কোরি য়াংবা তোংদুনা থুত্তা তা পাইদুনা থাং নাকন্দা য়ানদুনা কোন্নুং তান্না লাকলে।

চৌরজিৎ মহারাজনা কাংজৈবুংদা চেম্থোকলগা কাংজৈবুংদা মারজিৎকা লান থেংনরে, লৈফম লৈত্রগনা মারজিৎ ময়াংতান্না চেনখ্রে। ময়াংদসু মারজিৎবু ময়াংনিংথৌ গোবিন্দচন্দ্রনা মকু

মধুচন্দ্র হাংখিবগী শাওতুনা হাংকে হায়তুনা তাললে। মাতুদগী মারজিৎ যুবরাজ শ্রীহট্ট তাম্না চেনলে, অতুদগী অমুক অরা য়োনা চংখে। অরানিংথৌগী মনাও ইয়েং যুবরাজগা মতাও শান্নতুনা মারজিৎ যুবরাজ অরাদা লৈরে।

অতুদগী মারজিৎনা ইয়েং যুবরাজদগী কবো লাম্মি লিশিং ৫০০০ লৌতুদা মণিপুরদা লান তারকলে। চৌরজিৎ মহারাজনা পাও অসি স্না কোম্নুং অকোইবা অত নিংথিনা ভাকতুনা কবোগা লোইননা লান কননা তৌরে। মারজিৎনা লান জয় ওইরতুন চৌরজিৎ মহারাজ ময়াংলোমদা চেনখরে।

চৌরজিৎ মহারাজনা স্নথোংদগী শঙ্গাইথেল ফাওবা লম্বি অমা চাওনা শেমল্লমই। চৌরজিৎ মহারাজনা পোকলম্বা থারা :—

মচা :—

১। স্নাহল
২। কেশরজিৎ
৩। ত্রিভূনজিৎ
৪। চহি অহুম
৫। নদীয়াচান্দ
৬। সেতুসেনাপতি

মশু :—

১। স্নায়াইমা
২। দামু স্না
৩। স্নাতোম্বা বলরামশাবা
৪। ধবল স্না
৫। মেরাসনা

চৌরজিৎ মহারাজনা হৌজিক্কী মপান কাংজৈবুংদগী মথা থংবা বড়সাহেবকী ইংথোল মমুংদা লৈবা ময়াইদা উ হোবা পুখ্রি অতু মহারাজগী লাই নিংকম ওইননবা তৌরমই। মাতুগী ময়াইদা কাংথল থনলগা লাই নিংই। চৌরজিৎ মহারাজনা বৃন্দাবন্দা দেবতাক্ত হায়বা উ পাম্বি অমা থারমই।

মহারাজনা নবদ্বীপ্তা লেংবদা শ্রীনদ্বীপ চন্দ্র অসি সাধু অমনা

লৈমুংদা লোত্তুনা থমলমই, মরমদি শ্রীবাৎক্ষেত্র শ্রীনগরগী নিংথৌনা দেবী লাংলু হায়তুনা দেবী লাংহল্লমই, মাতুদা চৌরজিৎ মহারাজনা লান তৌগে তৌবদা শ্রীনগরগী নিংথৌনা নখোইগী ধর্ম্মনিনা লাৎলো হায়রবদা নবদ্বীপচনদ্রবু লৈমুংদগী পুখত্তুনা ময়াম থংহল্লকই অমসুং অমুপ্রভুগা অনি অসি ফোংদোকলকই।

## মারজিৎ (নোংপোক ৱাইরোং পামহৈবা)

শ্রীযুক্ত মারজিৎ মহারাজনা শকাব্দ ১৭৩৫ শুরদা নিংথৌ ওইদুনা পানলি। অমুম তৌনা লৈরিবৈগী মতমদা নোংমগী অমিত্তা মনাও ইবুংঙো গম্ভীরসিংনা মহারাজবু থুরমগে চংলুবদা মারজিৎনা কনানো হায়দুনা হংলকই, মাদুনা মনাইশিংনা মনাও ইবুংঙো গম্ভীরসিংনি হায়না হঙ্‌ৎপদা করিসু হায়রমদনা মিৎ খানা য়েংলমলগা শঙ্গাই মমুংদা লেংসিনখ্রে। মতৌ অদু উবদা গম্ভীরসিংহনা য়ুমদা লাকতুনা ময়াম্‌পু ইবুংঙো দাওজীদা তৌরকপা মরম অদু তমলুরে। মণিপুরদা লৈবা য়ারোইদৌরি হায়দুনা দাওজীগা গম্ভীরসিংগা ময়াংলোমদা চেনখ্রে। মারজিৎ মহারাজনা মমাংদৈদা ময়াংলোমদা চেনদৈদা ময়াং নিংথৌ গোবিন্দচনদ্রনা লাকচখিবা অদু নিংশিংলুদুনা অকম অথৌ মী ১০০ রোম পাদুনা গোবিন্দচনদ্রবু ফারু হায়দুনা কাছাড় তাল্লা থাখ্রে। মারজিৎনা থাখিবা মী ময়াম অদু কাছাড় য়ৌদুনা গোবিন্দচনদ্রবু তানখাইদুনা মাগী প্রজাশিং অমসুং মরল মথুম থামনা পুরকদুনা মণিপুরদা হল্লকই অদুগা গোবিন্দচনদ্রদি চেনখিবা মফম থংহৌখ্রে। মরম অসিদগী "পশ্চিমগী মীশিংমা মারজিৎবু ময়াংঙম্বা হায়বা

মীংথোন অসি থোনখি। অতুগী মতুংদা মহারাজনা সনা শঙ্গাই ফজহল্লে, শঙ্গাইগী অকোইবা অতু চেকপন থাখরে, থাঙ্গাপাৎ অকোইবা তৌথোকতুনা শেংদোকই, শঙ্গাংথেল ফাওবা চৌরজিৎ মহারাজনা লৈরি চুমথোকলম্বা অতু মারজিৎ মহারাজনা অমুক হন্না শঙ্গাইপেলদগী য়েংলকপদা শঙ্গাই উনবা য়াম্মা পাকনা চাওনা শেমলই। মারজিৎ মহারাজনা নোংপোক থোংদা ইম্ফাল তুরেল অচৌবা (বিজয়া নদী) অসি খিংজিন্দুনা কোংবা তাম্না চেলহনখি।

মারজিৎ মহারাজনা চহি ৭ শুনা পাপবা মতমদা কবো নিংথৌগা মনাও ইয়েং যুবরাজগা কবোদা লান কন্না শোকনরে। মমাংইদদা ভাংনখিবা মচুং ইননা ইয়েং যুবরাজনা মারজিৎ মহারাজবু লান পাংলো হায়তুনা হায়রকপদা মন্ত্রি অমসুং প্রজাশিংনা নেংচুপাম্থানি হায়দুনা মহারাজবু চৎহনদ্রে।

মৈতৈ লাশ্মনা মহাককী মতেং পাংবা লাক্কবা অতুগা ইয়েং যুবরাজনা শাওরতুনা মণিপুর থুগাইরুরো হায়তুনা পগীউন, পখাউন অমসুং নাপাউন মখোয় অঙম অসিনা লুপ্লিংতুনা তেঙ্গোল অহুমথোক্লা থারকলে। মারজিৎ মহারাজনা অরানা লান তাবকলে হায়বসি তারতুনা কক্চিং পলেন্দা তেঙ্গোল অমা অতুগা হৈরোক্তা তেঙ্গোল অমগা শারে। হায়রিবা মফম অনি অসিদা মৈতৈগা কবোগা লান য়াম্না কন্না শোকনরে। লানফম অনি অসিদা মৈতৈনা কবোগী মথুঙ্গা মাইথিবা ফংলে। কবোনা মৈতৈগী কোন্নুং লৌখরে। শ্রীযুক্ত মারজিৎনা শ্রীগোবিন্দ অমসুং মহারাণীগা লোইননা ময়াং য়োনা চেনখ্রে। মণিপুরগী প্রজাগী মথুংদা শরুক অহুম থোকলগা শরুক অমনা ময়াং তান্না মহারাজগী মতুং ইন্দুনা চেনখরে।

লেমহৌবা শরুক অনি অতুগী মন্নুংদা শরুক অমনা কবোনা ফাতুনা কাবোদা পুথরে। শরুক অমনা মণিপুরদা চাইতুনা ২ লোত্তুনা লৈরম্মী। অব্রানা থৌবালদা তেঙ্গোল অমা, হাওবম লৈকাইদা তেঙ্গোল অমা শাতুনা মণিপুর পুমনমক ঙাক্তুনা লৈরে। পাখাউন কৌবা অব্রাগী লানগী লুচিংবা অতুনা মৈতৈ যারিবা পুমনমক অতু কবো লৈপাক য়ৌনা পুথরে। পাখাউন্না মণিপুরদা তৌরকপা থবক পুমনমক ইয়েং নিংথৌদা তম্মুরে। অকনবদা ফাওরবা মমিং চৎপা য়াম্বেম লাবা মচিন মনাওদি ইয়েং নিংথৌগী য়োৎকী শারং খুদেকতুনা মণিপুর তাম্না চেল্লকই।

রারম পুমনমক তারতুনা ইয়েং নিংথৌনা পাখাউন্দা যতুসিংবু মৈতৈ নিংথৌ ওইহল্লু অমসুং মারজিৎবু ময়াং তাম্না থিতুনা নমতুনা ফাতুনা পুরকউ হায়তুনা মণিপুরদা অমুক হন্না থারক্লে। পাখা-উননা মণিপুর য়ৌরকলগা যতুসিংহবু নিংথৌ হাপ্লে।

যতুসিংহগী মনাও তখেল মিংলাও গুনসিংহ অমসুং পাখাউন মথোই অহুম্না কাছাড়দা মারজিৎ মহারাজগী খোঙ্গুল লিবা চৎখ্রে।

মারজিৎ মহারাজগী মচা ইবুংঙোশিং :—

১। যুবরাজ চনদ্রহাসসিংহ( অতোলস্না )
২। চনদ্রসেল ———— ( থম্বৌস্না )
৩। যাত্রাস্না
৪। পানিস্না
৫। নবদ্বীপস্না
৬। রামস্না

মারজিৎ মহারাজগী মগু ইবুংঙোশিং :—

১। ভোগিনদ্রসিংহ

২। খুরাই লাকপা
৩। কাক্চাইন্না

মারজিৎ মহারাজনা অরাগী লান্দা মাইথিবা ফংলদুনা ময়াংদা চেনখ্রবদা মণিপুর অসি অরাগী মখাদা লৈদুনা জয়সিংহ, যদু সিংহ, রাঘবসিংহ অমস্থুং ভদ্রসিংহ মরি অসিনা মথং ২ চহি তরেং নিংথৌ ওইদুনা পাম্লি।

মারজিৎ মহারাজগী সনা হাকতক অসিদা চহি তরেৎ লৈপাক কাইদুনা ময়াংদা চেনবা অসিদা পুকচেল চেংপদা মমিং চৎলবী হুয়ামগী লৈমাসিবু খরাইরাকপা শেলুংবনা চহি মণ্ডারোম লোগে হায়বদা য়াদদুনা লৈমসি ময়াংদা চেনবা মতমদা য়াওখ্রে। খরাইরাকপা শেলুংবনা থোঙ্গুল লিখি। মাদুদা জিরি তুরেলগী মথা লক্ষ্মীপুরগী মথক বরাক তুরেন মপান্দা ফংবদা নঙোন্দা লৈগদবগী শরুকতি হায়রমুগা বরাক্তা চোংথখ্রে। তৌরিবা থৌদোক অদু উবদা খরাইরাকপস্থু বরাক্তা চোংথখ্রে। মরম অসিনা মথক্তা হায়খিবা মফম অসিবু লৈম ইরেল খরাইরাকপা ইরেল হায়না মমিং চৎলি।

মতম অদুদা ময়াংলোমদা গম্ভীরসিংহ অমস্থুং নরসিংহ অনি মকনা মণিপুর অসি ঐথোইগী ইপা ইতোম্না অরাগী মখাদা পানবা অসি গুক্তাইতে হায়দুনা খন্নরকই। অস্থুমনা খন্নরিঙৈগী মতমদা অরাশিংবু মণিপুরদগী তাম্থোকলগা মণিপুর লোগে হায়দুনা সাহেব অদুমথক লাকই।

সাহেবকী তেঙ্গোলগা তখেল মিংলাও, গুণসিংহ অমস্থুং কবোগী পাখাউন মখোই অদুমনা মৈতৈগা কবোগা পুননা টিলাইন চিংদা শারিবা তেঙ্গোল অদুগা কাছাড়গী টিলাইন চিংদা লান য়ামনা কননা শোকনরে। কবো অমস্থুং মৈতৈ তেঙ্গোলনা

অরুবা মফমদা লৈখিবনা সাহেবশিংনা নোংমৈ কাপ্তুনা হোৎন-বদা করিমত্তা কানত্রবদা তৌনিংঙাই লৈত্রতুনা সরকারনা গম্ভীরসিংহ অমস্তুং নরসিংহ অনিবু মখোইগী মহেৎ পাংবিয় অমস্থং ফাখিবা সাহেব কনবিয় হায়না হায়জরকপদা গম্ভীরসিংহ অমস্তুং নরসিংহনা হারত্তুনা লাম্মি লিশিং অমগা লোইননা টিলাই চিংদা লান য়ামনা কননা শোকনরে। গম্ভীরসিং নরসিং অনিনা লান ভমলতনা পাথাউননা চিংনা লাম্মি য়ামনা ফারে। ফারিবা লাম্মিশিং অসি নরসিংহনা নখোই মণিপুরদা লৈরম্মু ঐখোই লান লাকলগনি হায়তুনা থাদোকপিরে। অতুগা তখেল মিৎলাও, গুণসিংহ মনাও অনি অসিবু ফাতুনা গম্ভীরসিংগী মনাক্তা থাখি। নরসিংহনা গম্ভীরসিংহগী মনাক্তা য়োরকগ্রিউৈগী মরক অসিদা তখেল মিৎলাও, গুণসিংহ অনি অসিবু বরাকতা মথোং মথুং পুন্দুনা লোইথোকখে।

গম্ভীরসিংহনাচিংবা তেঙ্গোন লৈরিবা পুমনমক মফম অতুদা নরসিংহস্মু হল্লকতুনা থুংলরে। তেঙ্গোল অচৌবু ভমলকপা অতুগা ফাখিবা সাহেববু কল্লকপনে অতুদা সাহেবনা অকিবগা লোইননা গম্ভীরসিংহ অমস্তুং নরসিংহ অনিমকপু য়ামনা থাগৎখি। মতম অতুদা ব্রিটিশগা অমস্তুং নরসিংহ গম্ভীরসিংহগী রা অমা লেপনখি মাতুদি ঃ—

গম্ভীরসিংহ নরসিংহ অনিমকনা লাম্মিগা থুংস্মু থুংলাইগা লান পাংউ তায়বা মতমদা ব্রিটিশনা য়াংদবনি। মাতুদা ব্রিটিশনা শোয়দনা তৌগদবনি হায়না য়াখি। অতুগা ব্রিটিশনস্মু মুংঙাইরতুন শিলটকী মস্তুংদা মুংঙাইনা লৈম্মু হায়না লেপনখি মফম অতুবু শিলেট রাজবারি অমস্তুং নরসিং তিলা হায়না থংনরি। ব্রিটিশ তেঙ্গোনস্মু হনখ্রবদা নরসিংহনা তখেল মিৎলাও, গুণসিংহবু পুথোকলকউ হায়বদা লোইথোকখরে হায়। মাতু তাবদা নরসিংহনা

শাওরদুনা নাকন্দগী থাং সত্তুনা অঙম্বা কননা হাৎপগে চোং-থোকলকউ নঙকত্তা থাংনা কক্‌কে হায়। মাগদা গম্ভীরসিংহ ইয়াম্বনা খংদত্তুনা তৌখ্রবনি ইয়াম্বগী ওক্‌ ককউ হায়রবদা মখোই অতুদি ঐগী ইনাওনি মণিপুরদা লান তাবা মতমদা ঐখোইগী ইতেং পাংনবা হায়দুনা থাখিবনী, অতুমকপু য়াম্বুংনা লোইং-থোকখ্রবনিনা করম তৌগনি হায়রমলগা থাংথুমদা চঙ্খিনখরে। মতম অদুদা কৈফাস্নাগী চক্রিদগী চৌরজিৎ মহারাজনা ময়াং লৈপাকতা গম্ভীরসিংহ, নরসিংহ অনিগী মথকতা লান হৌরকপদা গম্ভীরসিংহ নরসিংহ অনিনা তৌনু হায়বদা কৈফা স্নানা য়াদত্তুনা থাং পাইত্তুনা চোংসিল্লকপদা শামু মথকতগী তা হুম্বরকত্তুনা হাৎলে।

গম্ভীরসিংহনা শামু মথকতগী চৌরজিৎ মহারাজদা হংলকই, "য়াম্বুং ইবুংঙোদি করম তৌবিগনী'? মাগ তাবদা চৌরজিৎ মহারাজনা খুমলকই, 'ইয়াম্বদি করিমত্তা হায়বা লৈতে কৈফা স্নানা তৌসি হায়দুনা লাকপনি"। গম্ভীরসিংহনা চৌরজিৎ মহারাজপু পুশিন্দুনা নরসিংহগা লোগননা দরবার অমা তৌরে। গম্ভীরসিংহনা চৌরজিৎ মহারাজবু মণিপুরদা হন্দুনা নিংথৌ ওইত্তুনা পাল্লুখিসি হায়বদা "ঐদি অহল ওইরে লাই নিংভুরগে হায়দুনা য়াদরে। নরসিংহনা গম্ভীরসিংহদা তঙ্গংলকই, মণি-পুরদা ইপা ইতোন্না করোগী মথাদা পানবা অসি খুঙাইত্রে ব্রিটিশনস্মু লাম্মিগা খুৎলাইগা প্যাংগনী হায়রি, অদুনা লান তৌরসি হায়বনা য়ারদুনা গম্ভীরসিংহনা নিংথৌ ওইনা, নরসিংহনা সেনাপতি ওইবা. দাওজীনা পোকপা স্না খোংশাংবনা যুবরাজ ওইবা হায়না লেপনরে। লেপনরিবা য়া পুম্নমক অদু ব্রিটিশতা খংহনখিবদা ব্রিটিশস্মু য়ারদুনা লাম্মিগা খুৎলাইগা পুরকত্তুনা

গম্ভীরসিংহ নরসিংহ অনিগী মফম ভাম্না লাকলে। মমিৎ অকনা যেংতুনা লানগী যাত্রা তৌংকলে। বিষ্ণুপুরদা তেঙ্গোল শারে। গম্ভীরসিংহনা শগোল শানাবী অতুগা নরসিংহনা শগোল কার্ত্তিং তোংতুনা মমিৎ মঙানি লান কম্না শোক্লরে। করোগী লাম্বি পুমনমক খাংবা ভদ্রপ্তুনা কাইতনা চেল্লে।

অরা পুমনমক কাইত্তনা চেনখ্রবদা মহারাজ খাব ভদ্রসিংনা গম্ভীরসিংহ নরসিংহ অনিবু বৌতুনা ঐদি অহল ওইরে, গম্ভীর-সিংহনা নিংথৌ ওইবা নরসিংহনা সেনাপতি ওইয়ু অতুগা মনা খোংশাংবনা যুবরাজ ওইয়ু হায়রে। মাতুদা মখোয় পুমনমক য়ান্নরে। মহারাজ ভদ্রসিংহনা গম্ভীরসিংহদা নিংথৌ খুবম পিরম-লগা লাই নিংখে।

মহারাজ ভদ্রসিংহগী মচা ইবুংঙোশিং:—

১। নরসিংহ ২। দেবেন্দ্রসিংহ ৩। খুম্বাওম্বা ৪। বৈগ্রাম ম্ভাবা ৫। গুণসিংহ

গম্ভীরসিং নরসিংহ অনিনা অরাগী লান খুরাইচাকপন্দা য়ামনা কম্না শোকনবদা অরা তেঙ্গোল ময়াম থাংনা ককপদা থাংদা চেম্থরকপা ঈনা খুৎকা থাংগা নপশিন্নতুনা ফাকতোকপা য়াত্রতুনা লোক্তা থাংগা খুৎকা ঈশিংদা তিংলগা চামথোকখি। লোও অহুগী মমিং থাংজামলোক হায়না বিষ্ণুপুরদা হৌজিক ফাওবা মমিং চৎলি।

গম্ভীরসিংহ অমসুং নরসিংহগী হাক্রত্তা মমাংঙৈদা খাগেম্বা মহারাজগী হাক্কী মমাংদা তেঙ্গোলগী মশিংদা য়াম্থে, চাগা, লিশিং হায়না চৎনরমই। ময়াং নিংথৌগী খুৎলাই, শামু অমসুং প্রজা পুমনমক মণিপুরদা পুরকপা মতমদা হিন্দিস্থানী ফৌজদগী মমিং লৌহুনা মী ১০০০ লিশিং অমবু দোলি অমা, ফৌজা

অমা অমসুং তেঙ্গোন্সী লুচিংববু সুবিদার, জমান্দার হায়না মমিং থোনখ্রে।

গম্ভীরসিংহ অমসুং নরসিংহ অনিনা ব্রিটিশকা মক্লপ ওই-রকপা মতম অসিদদি মৈতৈগী লুচিংববু জেনেরেল, কর্ণেল, লেপটনেন্ট, মেজর, সুবিদার, জমান্দার অমসুং গবিলদার হায়না মীরৈপাক্কী লোনগা তিম্না থোনখি। দোলিদগী তুলিহন মেজর তুলিনহা মেজর হায়না মথং২ চংনখি। কবোদনা ফৌজা (মা ১০০০) বু কোঙ্গাই অমা হায়না কৌনৈ।

শ্রীযুক্ত মারজিৎ মহারাজগী মনা হাকততা লৈপাক কাইখিবা অসিদা শ্রীগোবিন্দজীউদি সিলেট রাজবাড়ীদা লৈ। মতুংদা গম্ভীরসিং নরসিং অনিনা লেংথোকরকতুনা সেবা চৎখি শ্রীগো-বিন্দনা লৈরম্বা মফম অতুবু গোবিন্দপুর হায়না খংনখি।

---

# ১৩ শুবা পন্দুপ।

## গম্ভীরসিংহ ( চিংলেন নোংদ্রেনখোম্বা )

শ্রীযুক্ত গম্ভীরসিংহ মহারাজনা শকাব্দ ১৭৪৭ শুবদা নিংথৌ ওইহু-না পাখি। গম্ভীরসিংহনা পাললবা মতমদা অয়ানা তুমুদা তেঙ্গোল

অমা শাতুনা লৈরে হায়দনা মহারাজদা হঙ্গৎলরে। মাতু তাবদা মহারাজনা মনাও ইবুংঙো নরসিংহ সেনাপতিগা লাম্মি লিশিং অমগা থাখিতনা অরাশিংবু থুগাইহল্লুরে। নরসিংহ সেনাপতিনা অরাশিংবু খানাপাৎ তাম্না অমম্নুং থান্নাপাৎ অমম্নুং কবোথোং এঙ্গোচিং রাংমা লান্দুনা নিংথি তুরেন রাংমা লান্না তান্দনা হায়রিবা লম পুমনমক অসি লৌরমলগা তেঙ্গোলগা লোইননা মণিপুরদা হললকলে। মমাংঙৈদা ময়াং নিংথৌ গোবিন্দচন্দ্রনা মমাবোক থম্বাং অপাম্বীবু পাথোল শিজিন্নৈ হায়দনা গুপ্তাই-তুনা গম্ভীরসিংহ মহারাজনা মৈতৈ অকনবা চাম ১০০ রোম থাতুনা গোবিন্দচন্দ্রবু হাতোকহল্লুরে।

মাতুদগী মরল মথুম নুপী অঙাং পুমনমক ফাতুনা পুরকলে। অকনবা নিপাশিং অসিবু লৌপবি অমমম্গা শেল থুম য়ামনা পিরে (মনা)। শ্রীযুক্ত গম্ভীরসিংহ মহারাজনা ময়াংদা মতেক অমা নিংথৌ ওইরিঙৈদা ব্রিটিশগা জয়ন্তীয়াগা লান থেংনৈ, ব্রিটিশগী লান পাংবদা জয়ন্তীয়া নিংথৌ ফাদনা ব্রিটিশদা পি মাতুদা মহারাজবু খাহিহন্বা হায়না মিংথোল্লী।

অতুগী মতুং খর লৈরগা চনদ্রকীর্ত্তি পোকলে। চন্দ্রকীর্ত্তি পোকলগা মতুং চহি খর য়েকনা তিংথং লৈতনা নিংথৌ ওইতুনা মতম খর পাল্লগা পণ্ডিতশিংনা হঙ্গংলকই 'নুংঙেংদা পাখংবনা মঙাল ফাওই, মহারাজ কুমছিদি লৈপাক নিংথৌগী মরমদা কয়া ফঙে মরম অতুনা নবুধৌ পাথংম্বা হরাওনি হায়দনা পূজাগী মওং ওইনা হরাওথি অতুগা মঙ্গল ওইনবা লাইস্নু থুরুম্বা (প্রতিকার) তারে, মাতু তাবদা মহারাজনা পণ্ডিতশিংনা হায়বা রা অমত্তা হিকতোকপা তৌদনা থবক পুমনমক তৌই মাংদি যুগ থৈবা তারে হায়দনা কাংথবান্দা কোম তোরতুনা কোম অতুগী

মন্নুংদা লেংশিন্দুনা লাই নিংখ্রে।

লাই নিংতুনা লৈবা ৯ মাপন্নি শুবাগী নুমিৎচপয়ুংবা অসি লেনখ্রবদি দশা লোইরে, অসি হায়না হঙ্গৎলে। অতুবু মহারাজগী পুন্সি লোইবনা থংহৌদনা নুমিৎ য়ুংবা মতম অতুমকতদা লিল মচা অমা চোংথোক্লকুনা মহারাজগী স্না হকচাংদা থন্দুনা মহারাজ নোংগাখ্রে।

শ্রীযুক্ত গম্ভীরসিংহ মহারাজনা যুগ থৈতুনা লৈবা অমস্থুং নোংগাখিবা অসি নরসিংহদি কবিমতা থংদে মরমদি শ্রীগোবিন্দগা শ্রীবৃন্দাবনচন্দ্রগা অনি অসি পুলপ অভিষেক তৌনি হায়তুনা বৃন্দাবনচন্দ্র অসি লৌশংখি। অতুগা থারকপা মতমদদি যুবরাজ স্না থোংশাংবগা থাহি মরম অতুনগী নরসিংহনা স্না কোম্নুং কয়া কাখিদে অমস্নুং মহারাজনা নোংগাখিবা অসি শ্রীমতি কুমুদিনী মহারাণীনা নবসিংহবু কিবনা নোংগাখ্রে হায়বা তাকখিদে। শ্রীবৃনদাবনচন্দ্র অসি শ্রীযুক্ত লাবণ্যচন্দ্র মহারাজনা বৃন্দাবনগী সাধুদগী লৌহৌবা মতমদা যুবরাজ ওইরিবা অতুনা সেবা চৎপা হায়বা নিয়ম অাস তৌরখি।

শ্রীযুক্ত গম্ভীরসিং মহারাজগী স্না হাক্তক্তা লমথৈ থংনবগী দমক থিগোমৈ (কহিমা) দা মুংগী চরণ ছাপা অমা থম্বিরমই।

# গম্ভীরসিং মহারাজগী স্না হাক্তক্তা লাকপা ব্রাহ্মণ

| হৌরকফম | লাকফম | লাৎপালাই | মৎম | য়ুম্নাক |
|---|---|---|---|---|
| ১ । শ্রোতবী | শান্তিপুর | গোপালজী | নবদ্বীপকী মমিং লৌহুনা | ব্রজময়ুম । |
| ২ । কাইশোব | আগরতলা ত্রিপুরা | শালগ্রাম | নৌনালাকপদগী | অনৌবম । |

মনাও ইবুংঙো নরসিংহনা মহারাজ নোংগাখরে হায়বা তারহুনা ময়াম্বুংগী কর্ম পুমনমক মতোল লোমনা তৌরে। সংস্কার তৌবদি মমাংঙৈদা মহারাজ খাবাভদ্রসিংহনা নোংগাংবা মতমদা স্নাপুকনিং খজিক্কং সেপখিবা মরম অদুনা লৈপাকনদি মাহুৎ লমন খুম্নি হায়রে নরসিংহনা গম্ভীরসিংহবু মংলেন্দা তিলহন্দনা লাংখবানগী থাঙ্গপাং মপানদা পোৎশোইহুনা ফুরা অমা শাহুনা থমখিবসি স্না পুকনিংদা ময়াম্বুংনা মীসি ফজদবা অদু ইকায়দনা তৌবনি হায়না খল্লী। অদুদগী মচা ইবুংঙো চন্দ্রকীর্ত্তিবু নরসিংহনা অঙাং ওইনা নিংথৌ হাপ্লিরে; অদুগা লৈপাক ভাকপগী থবক্লাসিংবা নিংথৌগী থবক পুমনমক্কি নরসিংহনা তৌই। মতম অদুদা যুবরাজ খোংশাংবগী ব্রা অমত্তা প্রজাশিংনা তাখিদ্রে। অদুদগী ময়া দা চেনখিহুনা তেখাওদা শিখ্রে।

নরসিংহনা লৈপাক চাকলিডৈগী মতম অসিদা ময়াং লোমদগী চৌরজিৎ মহারাজগী মচা ইবুংঙো অহল ৱাংথৈলাকপা যোগেনদ্রসিংনা লান হৌরকলে। তনখোই হাওখুন য়ৌরবদা নরসিংহনা তারঙনা মনাও ইবুংঙো দেবেনদ্রসিংহ ৱাংথৈলাকপবু তেঙ্গোল খরগা লোইনহন্দুনা যোগেনদ্রসিংহগী তেঙ্গোল থুগাইহল্লি!

যোগেনদ্রসিংহগী লান লোইরবা মতুংদা অমুক হন্না ময়াং লোমদগী শ্রীযুক্ত চৌরজিৎ মহারাজগী মচানিপা ত্রিভুবন, রামসিং অমসুং তিলাও অহুম অসিনা লান হৌরকলে। মাতু তাবদা নরসিংহনা মনাও ইবুংঙো দেবেনদ্রসিংহবু অমুক হন্না তেঙ্গোল খর পুহন্দুনা লানদা থাখরে। দেবেনদ্রসিংহনা লান থুগাইবা ভম্রতুনা স্নাকোন্নুংদা লানগী মওং অসি তমলরে। অহুম তৌরিবৈগী মন্নুংদা অহিংদা লান চংশকতুনা কোন্নুং মন্নুংদা য়ামনা কন্না কাপনরে। নরসিংহ যুবরাজনা শাওরতুনা রামসিংগা তিলাওগবু হাত্তোকলে। ত্রিভুবনজিৎ মেগজিং মন্নুংদা চংতুনা লোত্তুনা লৈখ্রে। মাতুদা থোরকউ হায়বসু য়াদ্রে, নোংমৈ কাপসিনবসু য়াদ্রে, অতনা মতৌ করম তৌগনি হায়দনা নরসিংহ যুবরাজদা হঙ্গংলে, মাতুদা নরসিংহনা হায়রক্ত, “মাবুদি মথৱাই কনবিরে: নিংথিনা থেমতুনা ফাতুনা পুরকউ”। মাতুম তৌনা থেমতনা পুথোকপা য়াত্রবদা ব্রাহ্মণ অমনা মখুত্তা শালগ্রাম অমা পাইরগা থোংজিন তান্না চত্তুনা ৱাশকত্তুনা পুথোকলকই।

নরসিংহ যুবরাজনা “ঐগী ইমাংদা পুশিল্লকউ ৱা হংগে”, হায়রকপদা দেবেনদ্রসিংনা মনাইশিংদা ইঙ্গিৎ পিতুনা লমথাংদা লোইথোকখ্রে। মাতুদা নরসিংহনা য়ামনা শাওখ্রে অহুবু শিরথনিনা অহুমঙাইরে হায়তুনা অতুম্মক তোকলে।

অতুগী মতুং থর লৈরগা শ্রীযুক্ত লাবণ্যচনদ্রগী মচা নিপা

অতগ তরংখোম্বা, ক্ষেত্রিতাবা, অশাংবম তাবা অমস্তুং থাংজম তাবা মখোই মরি অসিনা স্নাফীগে নিংথৌবী শাকুবদগী নরসিংহনা তারকনা তেঙ্গোল মীয়াম পুন্থনা কাগে হায়দনা মখোইগী য়ুম শতু কোইশিনলে। তরংখোম্বদি মাগী মনায় মঙ্গল থর পুন্থনা কামুখুন তান্না চেনখ্রে।

তরংখোম্বা কামুখুন্দা লৈরে হায়বা তাবদুনা লৈতাগ মেক্কবগা খুম্বোং মেক্করগা অনিনা মী চামা রোম পুন্থনা থৌবাল তান্না চৎতুনা তরংখোম্বগা লান য়াম্না কন্না শোকনরে। মতম থর লান তৌরবা মতুংদা তরংখোম্বগী মপাম্বোম অমস্তুং মফৈ নদা শুলিনা পানতুনা নমতুনা ফারে। মথর ইদি কনবিরে অতগা নিংথৌ শেম্বনিনা মণিপুরদা লৈবদি যাদ্রে হায়তুনা ময়াং লৈপাকতা থাখ্রে।

অতুদগী মতুং থরা লৈরগা অমুক হন্না ময়াংলোমদগী তরংখোম্বনে ক্ষেত্রি তাবনে আশাংবম তাবনে থাংজম তাবনে মখোই মরি অসিনা লান হৌরকলে। মা অসি তারদা নরসিংহনা মনাও ইবুংগো দেবেনদ্রসিংহ মাংখে কপবু লাম্মি তেঙ্গোল লোইননা থাতুনা লান শোকনবদা দেবেনদ্রসিংহনা হায়রিবা মখোই মরি অসি শান্দা নমহনা হাংলে। মনাও ইবুংগো দেবেনদ্রসিংহনা জয় ওইরতুনা মাগী লাম্মি তেঙ্গোল পুরক্লুনা স্না কোম্বুংদা হন্নকলে।

অতুগী মতুংদা নরসিংহ যুবরাজ লৈপাক তাক্লুনা লৈবা অসিদা শ্রীমতী কুমুদিনীনা কললকতুনা নরসিংহবু মাংহননবা মনাইশিং কৌশিনগনা মা তাননরে। থাঙ্গাল অমস্তুং পাউশোং নখোই তনিনা নবুংগোশি চাওননবা লাকনৌ। হায়রিবা নিপা অনি অসিনা মাফম অসি য়ারতুনা থৌরাং তৌরে। সন্ধ্যাগী মতমদা শ্রীগোবিন্দগী আরতি কানদা মফী চোম্না ২ ইনতুনা মথুক্তা খুৎলাই

পাইদুনা শ্রীগোবিন্দজী মাণ্ডোব মখুংদা চংডকলে | আরতি খুরম্বগী থৌগল শাজিন্নরবুনা নরসিংহনা লাই কোইবা লোইরগা দণ্ডবত তৌবগী ইরোয় হেক লোইবগী হৌগংলকপদা মন্ত্রি ময়ুমগী নবীন্না থাংনা নরসিংহগী ঙকশম্ তমনা শায়থরকই। মহাক্ নোৎিন্দে হায়বা শব্দ অদু হেক তাবদা নরসিংহনা মপাম্বোমনা থাং অদু ঙাকভুনা পাম্বোমদা শোকলে | অমুক হন্না য়ানগে তৌবদা সিপাই শন্ত্রিনা মমাইদা নোংমৈ কুণ্ডানা সুদুনা অদুমমক লোইরে মাদুদা নরসিংহনা পেল্লদুনা সিপাই অহবু মেজর হাপ্পিরে অদুগা অকোইজাম্বা নিংথৌ খনবা হায়না মনিং তমনা লৈহনখি | থোদো অদু তাবদা শ্রীমতী কুমুদিনী মহারাণীনা মচা অপিশক চন্দ্রকীর্ত্তিগা, থাঙ্গাল, পাউশোং অমশুং বলরাম ( নেপ্রা ) অসিগা লোইননা ময়াং লৈপাকতা চেনখ্রে | নরসিংহনা ঐগী ইবুংঙোগী মচা চেনখ্রগনি হায়দুনা মী থাদুনা য়েংহল্লুবদা থিরা খংদ্রে |

# নরসিংহ ( লৈরেন নোংলেন খোম্বা )

নরসিংহনা শকাব্দ ১৭৬৫ শুবদা নিংথৌ ওইদুনা পাললে অদুগা দেবেন্দ্রসিংহবু যুবরাজ অমসুং সেনাপতিগা অনি শুপনা হাপ্লে | ভুবনসিংহবু রাংখৈশাকপা হাপ্লে। অসুম তৌদুনা মচিন মনাওন লৈপাক ঙাকতুনা মতম খরদং হংঙাইনা পাললে |

মতম অসিদা চিবনে. মেলৈ খোম্বনে মচিন মনাও অসিনা কাঙ্গাস শেমদুনা লান হৌরকলে | দেবেন্দ্রসিংহ যুবরাজনা মকলং মান্না চংদুনা লান থেংনবদা চিব হাংলে। মেলৈ খোম্ববুনা মহিনা স্নাকোম্নুংদা পুথংলকলে। মোংশাংগৈদা মেলৈখোম্ববুনা মবোং খাওদা নমদুনা হাংলে |

অতুগী মতুংদা চহি তরেৎ নিংথৌ ওইগনা লৈপাক ঙাকতুনা লুংঙাইনা পাল্লগা খর ৈ'রগা নরসিংহ মহারাজ স্নাগকচাং ইরে মাতুদা মনাও ইবুংঙো দেবেন্দ্রসিংহ অমস্তুং মচা নিপা ভূবনসিংহবু কৌতুনা দেবেনদ্রসিংহ নিংথৌ হাপ্লে। মাতুদা ভুবুনসিংহ ব্লাংথৈ-রাকপনা শাওরতুনা মচাশিং পুমনমক থোমতনা কোন্নুংদগী স্না থোংদা দেবেনদ্রগা লান ঘ্নামনা কননা কাপ্পরে। লান অতুদা দেবেনদ্রসিংহগী মংদা খাংদা য়াদ্রতুনা ভূবনসিংহনাচিংবা মখোই পুমনমক ময়াং লৈপাকতা ঙমনা চেনখ্রে। লান লোইরবা মতুংদা দেবেন্দ্রসিং ( মানিক নোংলেন খোম্বা ) শকাব্দ ১৭৭১ শুবদা নিংথৌ ওইতুনা পাপ্লে।

নরসিংহ মহারাজনা পাল্লিউঁদা লৈপাক চাওথৎপা :— নিপা পালা, কোয়েৎ, খরাংয়েৎ, অমস্তুং ঈশৈ অরিবা অনৌবা থাইবা অসিনাচিংবা পুমনমক অসি চাওথৎহলমই, অমস্তুং— ঝুলোন মওানি রস পুথোকতুনা গোস্বামী কৃষ্ণদাস ঠাকুরনা গম্ভীর-সিংহ নরসিংহ অনিমক্তা তম্বিরমতুনা মণিপুরদা মহারাজ অনি অসিনা থোপ হায়না মথং মথং শন্দোকলমই।

শ্রীযুক্ত গরীবনিৱাজ মহারাজগী মতম ঙাক্তাদা কার্ত্তা অমস্তুং নরসিংহগী লৈমাশিজাশিংগী পালা অনি থোকনা খাইদোকপিরমই মাতুদি :— কার্ত্তানা রাশেশ্বরী পালা অতুগা নরসিংহনা জল-বেলি পালা হায়না অনিথোকনা পুথোকপিরমই।

# নরসিংহ মহারাজগী স্না হাক্তক্তা লাকপা ব্রাহ্মণ

| হৌরকফম | লাকফম | লাৎপালাই | মঙ্গম | মমাক |
|---|---|---|---|---|
| ১। বেনার্জ্জি | বড়নগর | কালিঠাকুর | কুলিন ওইবদগী | কুলিন ময়ুম |
| ২। গোস্বামী | শান্তিপুর | মদনগোপাল | গোস্বামী ওইবদগী | গোষাই ময়ুম |
| ৩। আচার্য্য | শরদহ আসাম | নরসিং | রারিলিবদগী | রারিলিবম |

মহারাজ নরসিংহগী মচা ইচুংঙোশিং :—

১। ভুবনসিংহ ২। স্নাখুঙ্গাওবা ৩। অঙৌ সেনাপতি ৪। পুঙ্কোরস্না ৫। স্না হাওজৌ ৬। রাঙ্গোস্না ৭। হাওবম সনাতোম্বা ৮। স্না বরাচাওবা ৯। চিঙাখম স্নাতোম্বা ১০। লাইশ্রম স্না ১১। কৈফাস্না ১২। নিংতেকস্না ১৩। কৈফাগী মনাও ১৪। মেগজিং ১৫। স্না থেবাসিং ১৬। ফাইপোক য়াইমা ১৭। ফাইপোক তোম্বা ১৮। শঙ্গোইস্না ১৯। পাওনতোন ২০। স্না উরিবা ২১। হাওবম মরকতাবা ২২। হাওবম মরকতাবগী মনাও ২৩। কমসিংহ।

ভুবনসিংনা পোকপা ঃ—

১। সনাহুলসিংহ ২। সনায়াইমা তুম্বরসিং ৩। সনাতোম্বসিংহ

মগু ইবুংঙো সনায়াইমনা পোকপা ঃ—

১। ডুম্ব্র সিংহ ২। সনায়াইমা ডিম্ভরসিংহ ৩। সনাতোম্বা চন্দ্রহাস ৪। সনাতোম্বা ডিগেন্দ্রসিংহ ৫। চূড়াচান্দসিংহ

মমাংঙৈগী চংলম্বা চনত্রাব্দ হায়বা শোক অদু মহারাজ নরসিংহনা ককলমত্তুনা শকাব্দ হায়না চংহল্লি ; মহারাজগী সনা হাক্তক অসিদা মণিপুর বিজয় পঞ্চালী হায়বা পুরাণ অসি অমুক শিন্দোকপিরমই।

দেবেন্দ্রসিংহ মহারাজনা পাসলিঙৈদা ভুবনসিংহ রাংখৈরাক-পনা নিংথেম পিশকপু ( চনদ্রকীর্ত্তি ) নিংথৌ ওইম্মু ঐনা যুবরাজ ওইগে হায়না হায়রদা ফরে হায়ত্তুনা তেঙ্গোল শেমত্তুনা ময়াং লোমদগী মণিপুর তমনা লান হৌরকই, মখোইনা মণিপুরদা থুংবা মতমদা লাংথবান্দা লৈ।

মতম অদুদা মহারাজ দেবেনদ্রগী তেঙ্গোল মখৈ নিংথেম পিশককী মফমদা লোইনা চেংচিনখ্রে। মাতু উবদা মচা ইবুংঙো খোদোল সনা যুবরাজনা শাওরত্তুনা লান য়াম্না কন্না শোকনরে। মতুং ওত্তুদা দেবেনদ্র মহারাজগী তেঙ্গোলদি য়ামদরবনিনা লান অদু থিংবা ঙমদরত্তুনা মহারাজদি মনায় খরগা লোইননা ময়াং লৈপাক্তা চেনখিত্তুনা ঢাকা য়ৌখ্রে। মরম অদুদগী মহারাজ ঢাকা তাবা হায়না খংনখি।

মহারাজ দেবেন্দ্রগী মচা ইবুংঙোশিং ঃ—

১। খোদোলসনা ২। সিংহজিৎ ৩। থাংকোকপা ৪। অমুসনা ৫। থাংজম সনা ৬। চোংথামসনা ৭। মনাও

# চন্দ্রকীর্ত্তি ( নাওজিংলেন নোংদ্রেনখোম্বা )

শ্রীযুক্ত চনদ্রকীর্ত্তি মহারাজনা শকাব্দ ১৭৭২ শুবদা নিংথৌ ওইতুনা পাল্লি। নোংমগী মুমিৎ অমদা মমাইবেম্মাশিংনা যুবরাজ ভুবনসিংগা, অঙৌসেনাপতিগদা হায়রকই, "নপাবুংগা পোকল্লিবা তাম্বোকমগা মীগী মচাবু নিংথৌ শেম্বদি চংবিরক্‌কনু হায়তুনা শাওরকই'। মাতুদগী ইকাইখিতুনা নোংমা তেঙ্গোল শেমতুনা অহিং লান চংলকতুনা মমা কোন্নুংদা লান য়ামনা কন্না শোকনরে। লানি অতুদা চন্দ্রকীর্ত্তিগী লাম্মিনা কমনখিতুনা খাংবা য়াদ্রগনা ভুবনসিংহগা অঙৌসেনাপতিগা ময়াংদা চেনখ্রে।

মাতুগী মতুংদা নহাকপা অমসুং লাঙ্গোল জাম্বা অনি অসিবু নিংথৌ শেম্না য়াওই হায়তুনা কৈথেল ময়াইদা পুথোকললগা হাংখি। যুবরাজ ওহবিনিভাই লৈত্রবদা মচেম ইবেম্মা তম্ফাসনানা যুবরাজ ওইরে। মোইরাংথোম কৈথেল অসি মচেম ইবেম্মা তম্ফাসনাদা উনখিরমই। অতুগী মতুং থর লৈরগা মহারাজ নরসিংগী মনাও সনা লৈত্রামতাবা অমসুং খুঞ্জাসনা অনিমকনা মখাংলৈপাকতগী তেঙ্গোল পুতুনা মণিপুরগী তেঙ্গোলগা য়ামনা কাপনরে। লৈত্রাম তাবা নখোঙ্ অনিসি লান্দা মথল্লাই থাখ্রে।

মাতুগী মতুংদা কৈফাগী মচাবু সেনাপতি হাপলে। মতম অতুদা সুরচনদ্র পোকলে, হেক পোকপগা যুবরাজ হাপলে। চহি মরিরোম লৈরগা কৈফাসনাগী মচাইবুংঙো সাজৌসনা সেনাপতি শিরতুনা চৌরজিৎ মহারাজগী মচাইবুংঙোবু ( সেতুসনাবু ) সেনাপতি হাপলে।

মাতুগী মতুং থর লৈরগা শ্রীযুক্ত মধুচনদ্রগী মচা ইবুংঙো নাউলসিংহনা ময়াংলোমদগী তেঙ্গোল শেমতুনা লান লাক্কুনা মণিপুরগী রাইশেঙ মপান্দা তেঙ্গোল শাররে। হন্দককী লানফম অসিদা মহারাজ চনদ্রকীর্ত্তিমক সনাখোং লেংতুনা রাইশেঙ মপানদা লান য়াম্না কন্না কাপনরে। নাউলসিংহগী মচা ইবুংঙো তোলাচৌ সনা তোপ মরুনা পান্দুনা শিরে, অতুগা নাউলসিংহবুদি চংনা ফারে। অতগা চনদ্রকীর্ত্তিগা শাম্ন মথকতা তোংনিন্নতুনা সনাকোন্নুংদা লেংলকলে। নাউলসিংহবু য়ামনা চান্না কোন্নুংদা থমখি। মতুং চহি মঙারোম লৈরমরগা নাউলসিংহ শিখ্রে।

মতম থর লৈরগা আকাম হাওনা গোইপোৎ পিদতুনা মহারাজমক অকাম হাও তান্না সনাখোংলেংতুই। মাতুদা হাওশিংনা কিরতুনা লান ইতৌ তৌদনা চহিগী লোইপোৎ কৎলমই। মতম থর লৈরগা চিটাগোং (চট্টগ্রাম) সমুদ্র মপান্দা জঙ্গি পল্টনগা ব্রিটিশকী তেঙ্গোলগা লান য়াম্না কননা কাপ্পবে, লান অতুদা ব্রিটিশনা ঙমদ্রতুনা মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি লান থর পাংবিয়ু হায়তুনা হায়জরকই। মাতু তাবদা মহাবাঙনা নামৈরাকপা মেজর, মুতুরা মেজর অনিনা মণিপুর তেঙ্গোল ময়াম পুতুনা ব্রিটিশকী লান পাংবা থাখি। মৈতৈ লাম্মি চৎখিতুনা লক্ষীপুর য়ৌরে। লক্ষীপুরদগী অমুক ভূবন চিংখোংদা চংলে, মফম অতুদা মৈতৈ তেঙ্গোলনা জঙ্গি লাম্মি মখৈ ফাতনা লোয়না ব্রিটিশকী মথুত্তা শিন্নরমই, মাতুদা সাহেব ময়ামনা য়ামনা হরাওতুনা মহারাজবু থাগৎলমই। মতম থর লৈরগা মহারাজ চৌরজিৎকী মচানিপা স্না চহি অহুমস্ু জঙ্গিগী লানফমদা য়াওরমগ হায়তুনা ব্রিটিশনা পিরকউ হায়বদা মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিনা স্না চহি অহুমবু ব্রিটিশকী মথুত্তা পিখি, সরকারনা মাবু কালাপানিদা থমখি।

মাতুদগী থর লৈরগা মন্ত্রি পুনসিবগী বংশদা পোকপা মাইপাক সনা অচুগা মঙক্লা হায়খিবা কৈফাসনা মাংখাই মচিন মনাও অনিনা অমুক ময়াংলৈপাক্কী লান েরকলে। মাতুদা মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিনা সেতুসনা সেনাপতিবু লান তৌরু হায়না তেঙ্গোল লোইননা থারকলে। সেতুসনানা খুরাইরাকপন্দা তেঙ্গোল শেল্লে। ময়াংলৈপাকলোমদগী লাকপা তেঙ্গোলনা মণিপুরগী তেঙ্গাল শাফম খংদনা য়ামনা কোইনা লাক্কুনা লোকপচিংদা তেঙ্গোল শাররে।

মতম অদুদা ব্রিটিশকী তেঙ্গোলনা জঙ্গি ময়াম থিনা লাকপদা সেতুস্নাগী লাম্মিগা মিচংনি হায়বা খংদতুনা অহিং অমা খুরাইলাকপন্দা লান কাপ্নরে। লান অতুদা ব্রিটিশগী লাম্মি অতুম থক শিদি শিদনা গুলিনা পাল্লি। নোংডাল্লকপা অতুদদি খংনরতুনা য়ামনা চান্নরতুনা লৈরে। মতম অতুদা ময়াংলোমদগা লাকপা লোকপচিংদা তেঙ্গাল শাবা কাংবু অতুনা অহিং অতুনকতদা সনা কোম্নুং য়োরকতুনা লান কন্না শোকনরে। লানফম অতুদা জঙ্গিনা মকোক চিংলুকই। জঙ্গি অমদি নোংমৈনা পান্দুনা কংলা মমাংদা শিরে। মাতুদা মাইপাকস্নাদি চেনখ্রে। মাতুদা থঙ্গাল মেজরনা তানতুনা মাইপাকস্না ফাতুনা মহারাজদা কংলে। মহারাজনা মাবুদি পনিংথিনা য়োকতুনা থমলে। অসোমদগী খুবাইলাকপনদা চংখিবা সেতুস্না সেনাপতিনাচিংবা লাম্মি পুমনমক স্নাকোম্নুংদা হল্লক্লে।

মাইপাকস্নাগী লানফম লোইব্না মতম থর লৈরগা মারজিৎ মহারাজগী মচানিপা কাঙ্গাইস্না মণিপুরদা তেঙ্গোল থর পুরকতুনা লান তাররে। মণিপুরগী তেঙ্গোলনা য়োয়াংতেক্লা থতুনা কাঙ্গাই স্নাগী তেঙ্গোল থুগাইরে। কাঙ্গাইস্নাদি অমুক ময়াং তান্না চেনখ্রে।

মহারাজ দেবেন্দ্রগী মচাইবুংঙো গোকুলসিংহনা অমুক ময়াংদগী লান চৌরকলে। লানফম অদু থুরাইলাকপন্দা মৈতৈ তেঙ্গোলগা কননা কাপনরে। লান অদু মৈতৈ তেঙ্গোলনা জুমলদুনা ময়াংলোমদগী চৌরকপা তেঙ্গোল অদু যারে। থোবচাও সুবিদারনচিংবা ওইনামলোং থানাদা ফম্বা মীশিং অদু গোকুলসিংহ মীচং ওইদুনা নিংথৌ শেম্বা য়াওরমলে হায়দুনা মথোয় পুমনমক হাওরক্লে, অদুগা অশিবা মশাদু থাংজাম লোক্তগীনা খুরাই. বাকপন ফাওবা মণ্ডকশমদা থৌরি য়ানদুনা মুমিং তরেংনি ফোংনা থমই।

অদুগী মতুং খর লৈরগা অমুক হননা ময়াংলোমদগী তেঙ্গোল পুরক্লুনা কাছাইস্নানা মণিপুরদা লান চৌরক্লে। মাদুদা মৈতৈ তেঙ্গোলনা জিরিদা থক্লুনা কাছাইস্নাগী লাশ্মি পুম্নমক থুগাইদুনা মথোই পুমনমক ময়াং তানা চেনখ্রে।

মাদুগী মতুং খর লৈরগা ঙরাংলোমদা ডেবেণ্ট সাহেববু হুনমৈ হাওগী লান্দা হাংলে হায়বা পাও অসি মণিপুরদা লৈবা জনষ্টোন কর্ণেল সাহেবতা হায়ররে। মাদু তাবদা জনষ্টোন সাহেবনা মহারাজদা পান পাংবিয় হায়না হঙ্গৎপরে। মাদু য়ারদুনা মহারাজ শ্রীযুক্ত চন্দ্রকীর্ত্তিনা শ্রীযুক্ত সুরচন্দ্র যুবরাজ, কোইরেং কেপ্টেন অমস্তুং শামু হঞ্জবা মণিপুর সিপাই লিশিং অনি পুদুনা থুগ্লমৈ তানা সরকারগী পান পাংবা থাখি। মৈতৈ তেঙ্গোলনা খুগ্লমৈ হাওখুন ফারে, অদগা ফত্তবনা হাংত্তোক্লে। অফবা হাওশং অদু ব্রিটিশগী সিফাইবু ভাকহল্লমগা মণিপুর তেঙ্গোলদি সুরচনদ্রনা লুচিংদুনা সনা কোম্বুংদা হল্লক্লে। সরকার বাহাদুরনা পান পাংবিরা অদুদা য়াম্না তুংভাইদনুা মণিপুর তেঙ্গোলবু রূপা লিশিং মভাগা, তকথানগা লোইননা বংশিষ

(মনা) পিরে। মাতুদগী বড়লাটনা মরম পুমনমক অসি তারহুনা য়ামনা মুংঙ্গাইরহুনা মহারাজ অমুক্তা উনসি হায়দনা চিঠি কৎলক্লে। উনফমদি কাছাড় জিলাদনি ঐস্তু মফম অহু তান্না জাহাজ তোংহুনা লাক্কে। অতুগা মহারাজস্তু মফম অতুদা লেংবিরকউ। মহারাজনা চিঠিগী মরোল্ল পুমনমক তারহুনা জিলা তান্না লেংবদা বড়লাটস্তু জিলাদা লৈরমলে।

অতুগা দরবারদি জাহাজ মগুংদা তৌবা তারদুনা মহারাজগী থাংজেত্তি চিয়াংগী ফিজেৎ থোল্লি। থোলকইবা ফীজেৎ অতু উবদা লাইগী মতৌগুমই হায়হুনা সরকার বাহাতুরশিংনা য়ামনা থাগৎনখি। শ্রীযুক্ত বড়লাট সাহেবনা মথৱাই হরাওবগা লোইননা তকমানগা, শামু মুক্তিমালাগা অতুগা কে, সি, এস. আই (নাইট কম্যাণ্ডার অফ্ দি ষ্টার অফ্ ইণ্ডিয়া) হায়বা মিংথোল পুমনমক অসি পিবা লোইরগা মহারাজবু তস্পের নমলে। মতৌ অসুম তৌনা দরবার লোইরগা বড়লাটস্তু কলিকাতা তান্না হনখি অতুগা মহারাজস্তু মণিপুর স্না কোন্নুং তান্না লেংঙকলে।

অতুগী মতুং থর লৈরগা কবো নখে খুলবু মৈতৈ হাওনা হাৎলে হায়বা পাও লাকতুনা বলরাম মেঞ্জরগা শ্রীযুক্ত কর্ণেল জনষ্টোনগা মৈতৈ সিপাই পূহুনা মোরেহ থানা তান্না চৎলে। মখোই হাংনরিবা অতু তান্না লাকতুনা মৈতৈ হাওশিং অতুবু থেমজিল্লে অতুগা কবোশিংবুসু হৌনবী বিচার তৌহুনা মখোই পুমনমক চানহন্দনা তাইশিললম্লগা বলরাম মেঞ্জরগা শ্রীকর্ণেল জোনষ্টোন সাহেবকা লোইনহুনা মণিপুরদা হললকলে। মাতুদগী মতম থর লৈরগা মেজর ত্রান সাহেবনা শ্রীযুক্ত হিল মেজরনে বোম্বে ব্রহ্মা মারকিন সাহেবনে মৈতৈ বলরামসিং মেজর হায়রিবা পুমনমক তিন্নহুনা কবোনচিংবা পুমনমক অসি লোই চনশিল্লম্লগা

মণিপুর তান্না হনলকলে।

শ্রীযুক্ত চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী সনা হাকতককতদি ওকতবা, হুরানবা চিন্থিবা মীবু য়ামনা কন্না য়্যারকপিরমই, মাংদি যুন্নার শান্নবানা লীচৈ মীপোং অমা, হুরানবনা লীচৈ মীপোং অনি অনি য়ৈরগা মখোং মখুৎ পায়দুনা লাকতুনা কংশেকই। অদুগা মুমিং ৭নি শুরগা নাই কাইবা হায়দুনা অমুক নাই কাই। মতৌ অম্মম তৌনা ফত্তবা হুরানগা, চিন্থিবা মীবু য়্যারকপিরমই।

শ্রীযুক্ত মহারাজগী সনা হাকতকতা শিলেট্টা সনা শঙ্গাই অদু শের্মাজল্লি মাদুবু শিলেট রাজবাড়ী হায়না মমিং চংলি। সিলচর মনুগ্রামদসু সনা শঙ্গাই অমগা শেমই মাদু হৌজিক ফাওবা মনুগ্রাম শঙ্গাই হায়না মমিং চংলি।

কাথা হায়বা খুল অসি কাম্বা মহারাজনা তখেলদগী পুরকপা লোইনি মখোই অসিনা মহারাজগী থা খুদিংগী থা, মনা কংলম্বা অদু নিংথৌরেন খুদিংগী কংলকই।

শ্রীযুক্ত মহারাজনা শ্রীগোবিন্দগী হনুমান গরুড় য়াওদবা অসি মুংভাইতে হায়দুনা চুংখাম মুংলা হাজারিদা মুং থিরু হায়দুনা তাকপি মাদুদা মুংলা হাজারিনা মুং থিরকপদা ইভৌ-রোক মহাদের নির্পণ তৌবিরমই অদুগা হনুমানগা গরুরগসু লিংখৎলে অদুগা শরিক অচৌবা অনি শ্রীগোবিন্দদা কংলমই।

জঙ্গিশিংনা মণিপুরদা লোৎচগে লাকপদা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা কনবিগে হায়না নিংলদুনা য়ারে। ব্রিটিশনা জঙ্গি থিরকপদা মণিপুরদা লৈ হায়না তাদুনা মহারাজদা জঙ্গি পিয়ু হায়দুনা হায়রবদা মহারাজনা য়ারদুনা জঙ্গি পিথোকখ্রে। মাদুদা জঙ্গিসিংনা মণিপুর মহারাজবু কয়া মুভাংখিদে।

সনা চপ্‌গ্রান্দ হায়না কৌবা নিংথৌ মচা অমা লৈরমই।

মথুংমশা হৈবদা মমিং চৎলি। নোংমৈ অমস্তুং গুলিনাচিংবা শাবা হৈ অতগা নোংমৈ. থাং, তা, চংদে হায়না হুম্নরকতুনা মাইস্নাম কুমুদিনী মহারাণীনা থুজিল তৌত্ত্বনা তুরেল অচৌবদা ভাবোং থাওদা নমত্বুনা হাংখি।

প্রেমটৌন এজুটৌন অনি অসিনা ব্রহ্মা, চিনগী লম্বী অসি চংপা মুংভাইনবগী দমক তোংজৈ মরিনগী লম্বী অসি শেম্মমই।

শ্রীযুক্ত চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী স্না হাকতক অসিদা পোলিটিকেল এজেন্টগী মরোং ওইনা কৌশিন্দুনা লৈহল্লুমই, মরমদি মণিপুরগী নিংথৌমচা অসি লান য়ামনা কন্না তৌগল্লি অমস্তুং ব্রহ্মা চিন নচিংবা অসি ভাকপগী মরমদা ব্রিটিশকা য়াম্নত্বুনা লৈহনখি।

সাহেব শং অদুগী মমিংদি:—

১। ডিলেন ২। ডাত্বুয় ৩। মেকলোট ৪। জোনষ্টোন ৫। গ্রিনউদ অসিনি।

কর্ণেল জোনষ্টোন সাহেবনা মহারাজগা তাম্নত্বুনা স্কুল অমা লিংখৎলমই। স্কুল অত্বুবু হৌজিক ফাওবা জোনষ্টোন স্কুল হায়না মমিং চৎলি।

মতৌ অস্তুম তৌনা শ্রীযুক্ত চনদ্রকীর্ত্তি মহারাজনা প্রজাবু মচাগী মতৌগুমনা ভাকপি শেম্বিরমলগা অমস্তুং শ্রীগোবিন্দগী সেবাবু নিংথিজনা চংলমত্বুনা চহি নিফুরোম পাল্লগা মহারাজ নোংগাথরে।

শ্রীযুক্ত গম্ভীরসিংহ মহারাজগী স্না হাকতকতগীনা চনদ্রকীর্ত্তিগী ফাওবা লাংথবান্দা সগ্রমোইনা পঞ্চাবী কৌবা সিপাই জাত অমা ফমম্মী।

# চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী স্না হাক্তক্তা লাকপা ব্রাহ্মণ

| | হৌকরকম | লাকফম | লাংপা লাই | মরম | য়ুমনাক |
|---|---|---|---|---|---|
| ১। | পেচৌরী | রাধাকুণ্ড | গিরীরাজ | রাধাকুণ্ডদগী লাকই হায়রনা | রাধাকুণ্ড বাসি ময়ুম |
| ২। | শুবা | রাইবিরিণ | রামজি | নৌনা লাকপা | অধিকারী অনৌবম |

মহারাজগী মচা ইবুংঙোশিং :—

১। সুরচন্দ্রসিং ২। কুলচন্দ্রসিং ৩। ফৈজাওবাসিং ৪। টিকেনদ্রজিৎসিং ৫। থঙ্গৌসনাসিং ৬। পাক্কাসনাসিং ৭। গম্ভারসিং ৮। গোপালসিং ৯। অঙৌ সেনাপতি ১০। জিলাঙম্বা।

---

# পান্দুপ ১৪ শুবা

## চিংলেন লান্থাবা ( সুরচন্দ্রসিংহ )

সুরচন্দ্র মহারাজনা শকাব্দ ১৮০৮ শুবদা নিংথৌ ওইহুনা পাল্লে। মহারাজনা চহি মরি নিংথৌ ওইহুনা পাল্লিবৈদা কুলচন্দ্রনা যুবরাজ অদুগা টিকেন্দ্রজিৎনা সেনাপতি ওইরে। মহারাজনা পাললিবৈ মতম অসিদা শ্রীযুক্ত নরসিংহ মহারাজগী মচা ইবুঙো পোরাচাওবনা লান তৌবক্লে; তেঙ্গোলগী লুচিংবা পাওনা মেঙ্গব অমস্তুং চোংথাম মিয়া অসিনাচিংবা নম্বোল হৈবী মখোংদা লান বন্না য়াম্নরমই, খাংবা য়াদহুনা চেনখ্রে অদুগী মতুংদা অমুক শঙ্গাইথেল চিংখোংদা তেঙ্গোল শেমলগা লালানবুং মখোংদা তান্না তকশিল্লকই অদুদগী লাঙ্গোলদা ঙাহাক য়াম্লে। লান অদু সুরচনদ্রনা ঙমগদহুনা পরাচাওববু ফাহুনা হাজারিবাগ্রা থাজনখি।

অদুগী মতুংখবা নৈরগা লাবণাচনদ্র মহারাজগী মচা ইবুংঙো রাংথৈরাকপা কান্জেবুং মপান তাবনা লান তৌরকহুনা কংলাগী শা পায়রমই। শা মখোংদা নোংমৈনা পান্দুনা শিখি নিংথৌদি ওইখিদে।

অসিগী মতুং খর নৈরগা মচিন মনাও নিপাল অসি পুকচেন তিম্নরকহুনা মরি মরি ভাগ তাম্নরে মৃগদা টিকেন্দ্রজিৎনা অহিংদা

লান তৌরকলে। সুরচন্দ্রনা থাংবা য়াত্রক্তনা হাপ্তা বাঙ্গালাদা চেললে। অদুদগী মতম খরা লৈরমলগা কাছাড় চংকনি হায়তুনা তৌবদা কুলচন্দ্রনা নিংথৌ ওইগে [হায়দুনা] থামলে অদুদা সুরচন্দ্রনা নিংথৌদি নং ওইজহোরো হায়দুনা নিংথৌগী থাং পিরমলে। অদুদগী সুরচন্দ্র মহারাজনা কাছাড়দগী কলিকাত্তা য়ৌখিদুনা বড়লাটতা দরখাস্ত থারুরে। মরক অসিদা কুলচন্দ্রনা শকাব্দ ১৮১২ শুবদা নিংথৌ ওইতুনা পাললে। কুলচন্দ্রনা পাল্লবা মনুং অসিদা সুরচন্দ্রগী দরখাস্ত মতুং ইন্না মণিপুরদা সাবেহ মরিথক টিকেনদ্রজিংপু হুকুম তাকপা লাকখি। সাহেবসিংগী মমিংদি চিবকমিশন কুইন্টন নং ৪২গী পল্টন কামাণ্ডেন্ট কর্ণেল স্কিল নং ৪৬ পল্টন লেফটনেন্ট শিমসন এসিষ্টেন্ট সেক্রেটরি কসিন হায়রিবা সাহেব মর অসি গ্রিমউডকী হাপ্তা বাঙ্গালাদা থুংঙরে। অদুদগী নিংথৌগা লোইননা দরবার তৌরসি হায়তুনা তৌরে। টিকেনদ্রজিৎ হাপ্তা বাঙ্গলা য়ৌরকলম্মগা দরবার য়াওদনা হনখি। মাতুদা মিষ্টার কুইন্টন্না মথল্লাই খিত্তং স্নুংঙাইখিদে। কুলচন্দ্র মহারাজদঃ টিকেন্দ্রজিং পিয়্ হায়রকই, অদুদা কুলচন্দ্রনাঃ ঐনা পিবা ঙমদে হায়না খুমখি। অদুদগী দরবার লোইরগা স্নুংদাং মহারাস ঙাহাক য়েংই। মহারাস অদু লোইরগা টিকেন্দ্রজিং পু ফাগে হায়তুনা সাহেবশিংগা সিপাই খরগা লোইননা তুরেল অচৌবা মপাল গিন্নুখোংলোমদগী চংলকতুনা যুবরাজগী মমাং তুরেল মপান্দা লৈররে। মাতুদা মৈতৈগা বৃটিশকা ঙাহাক কাপ্পরে, অদুদা বৃটিশকী মীপু স্নুবিদার হোমাচন্দ্র নাচিংবা খর শিরে অমসুং মৈতৈগী খরসু শিরে। অদুগী মতুংদা নোংঙাল্লকলবা মতম অদুদদি নোংপোক থোংদা বৃটিশকা মৈতৈগা অকনবা লান অমা ওইনা থোকখ্রে। মাতুদা মৈতৈ লাম্মিনা থুগাইতুনা

হাপ্তা বাঙ্গালা তান্না চংখ্রে । হাপ্তা বাঙ্গালাদস্ম মৈতৈনা বম কাপ্তুনা থুগাইরে। অদুগী মতুংদা.বৃটিশনা সন্ধি তৌরসি হায়দুনা ফিরালহাইগৎলে। সাহেব মণ্ডাসি খুৎলাই থাদুনা মণিপুরগী দরবার হোলদা (বঝাইশংদা) চংওকলে।

হায়রিবা সাহেব মণ্ডা অসিগা মণিপুবগী অশুম অথৌ পুন্নমক্তা দরবার তৌরে। ঙাংনরিবা রা অদু য়ানদদুনা সাহেব মণ্ডা অদু অশাং ওল্লহনখ্রে। অদুগী মতুংদা মণিপুবদা তৌরিবা থৌদোক অসি ইণ্ডিয়া গর্ব্বমেণ্টনা তারদুনা লম্বী অহুমদা তেঙ্গোল অহুম থোকনা থারকতুনা মণিপুবদা লান অচৌবা অমা থোকখি।

অরাংলোমদা লাকপা তেঙ্গোলদি ইম্ফাল য়ৌবকতে, নোংচুপ লোমদা লাকপা মেজর মেক্সূয়েল (Major Mexwell) না লাম্মিগা লোইননা স্না কোণ্ণং পাইখি। মথারোমদা লাকপা তেঙ্গোলদি অকনবা লান থেংনখি। স্না য়াইস্কুল লাকপনা থৌবাল অথোকপমদা তেঙ্গোল অমা শেমদুনা লান শাকই। ব্রিটিশগীস্মু লানজবা মী খরদং ইকোপ মপানদা লাক্লুনা অথোক-পম খুল্লক চংলকই। মাসি মৈতৈ লাম্মি খংহৌদে। খংহৌদনা লানদরক্লুনা অকনবা লান থেংনৈ। ব্রিটিশ অমস্মুং মৈতৈ অনিমক শিরে। য়াইস্কুল লাকপনা সাহেব অমা শগোলদগী তাদুনা শিরে হায়দুনা চংলুবদা শিন্নমদদুনা পিস্তোলনা কাপ্তুনা য়াইস্কুল লাকপা শিখ্রে।

অনিস্মুবা মথংগী তেঙ্গোল শাফম :—

পাওনা মেজর, চোংথাম মিয়া অমস্মুং য়েংখোইবা মেজরনচিংবা

তেঙ্গোল অমা খোংজোমদা ঙাকই। অতুগা ব্রিটিশগীস্থ লাংঙথেল লোমদা ল্যাক্‌না খোংজোমদা মৈতৈগী তেঙ্গোলগা লান অকনবা থেংনরে! পাওনা মেজরনা ব্রিটিশকী মতিক মগুণ অচৌবা অদু মতম খরদং মৈতৈগী থাং তেন হৈরুগী মতিক মগুণ উত্তুননা ঙাক্লমগা লান্দা মাই ওন্দনা শিথি। ব্রিটিশনা লান অদু ঙমলহুনা স্না কোন্নুং য়ৌখি।

ব্রিটিশনা স্না কোন্নুং পায়হুনা কুলচনদ্র মহারাজ, টিকেনদ্রজিৎ অমস্থুং থাঙ্গাল জেনারেল অঙম অথৌনাচিংবা ফাহুনা কোটকী হৌনবী বিচার তৌবা হোরে।

সেনাপতিগী বিচার:-

থোকখ্রিবা থৌদোক অসিগী বিচারগী মরমদা মণিপুরদা জবান লৌবা থারকপা আফিসারশিংগী মমিংদি মখাদা ইবিবা অসিনি।

(১) প্রেসিডেন্ট, সেন্টজোনফ'র কাউন্ট মাইকেল।
(২) কামাডেন্ট, আর, কে, রিজওয়ে মেজর।
(৩) এ ডাব্লিউ ডেভিস 'ডঃ কমিশনার, নাগাহিল (কোহিমা)

জবানদি মখাদা ইরিবা অসিনি:—

মথোই পুমনমক লমজাও মপানদা চঙনা সেনাপতিগা রা ঙাংনরাম্মি অমস্থুং মিনিট খরগী মতুংদা চিফ অহুনা খুৎস্থ খুৎলাই পুমনমক থাদোক্‌না অহিংদা মণিপুর থাদোক্‌না চৎলু গায়বা য়াদ্রহুনা কোন্নুংদা চংলমই। পুং অনি চুপনা তর্ক তৌনরম্মি।

পিথিবস্থ মহাকনি ; হায়রিবা অসি মশামক্কা য়ারিবনি। মহাক্কা নিংদবু নিংলবদি মাগী লান্মিশিংনা বৃটিশকী মথক্তা কাপলিবা অহু তোকহনিংবা মতমদা তোকহনবা ওয়মগদবনি অমস্থং চান্নবগী ফিরান হায়গৎপা ওয়মগদবনি হায়বসিদা করিস্থ চিংনকম থোক্কে। ইকোন কোনবদা মহাক্কা তাং ২৪ গী অহিংদা বৃটিশ লান্মিশিংবু লাল্লে হায়জৌ হায়রমই।

হৌজিক কোর্টকী অমত্তা ওইবা মততি অসিনি, মাহুদি অহানবা কোর্ট অসি আসামীগি বিরুদ্ধদা প্রমাণ ওইরে।

## গার্ডকী বিচার ( GUARD )

ওসি অয়ুক যুবরাজনা সাহেবশিংবু চোকশিন্না মিয়েং চংনবগী দমক Mr. quinton গী পার্টিগী মথক্তা থম্বা মী ৯ না শাবা গার্ড অহু চিফ পলিটিকেল অফিসারনা মেজর য়েলগী মমাংদা বিচার তৌথরে।

## অঙোম নিংথৌগী জবানঃ—

বাদী পক্ষগী অহানবা জবান সাথিদি অঙোম নিংথৌনি মানা পিবা প্রমাণ অসি হৌথিবা বিচারদা পিথিবা অহুম্বা অমহা ওইনা তৌই। সাহেবশিং অহু য়েংজু হায়হুনা যুবরাজনা মঙোন্দা য়াথং পিরম্বা অত ফংই হায়না মানা য়ারি অমস্থং মানা হায়রি মাহাক্কা বন্দিশিং অহদা অফিসারশিং অহুগী করিগুম্বা থুদোংথিবা থোক্তনবগী দমক অমুক্কা য়াথং পিরমই।

অসিগী মতুংদা সাখি অসি ময়ুমদা চাক চাবা চৎখরে অমস্নুং মানা হল্লক্লি্্রবা ফাওবা সাহেবশিং হাৎপগী মরমদা করিস্নু ভাবা লৈখিদে।

### যাত্রাশিংগী জবানঃ—

অনিশুবা সাখিদি যাত্রাশিংনি মানা পিবা প্রমাণস্নু অহানবগা চপ মান্নৈ অমস্নুং ফারকলিবা সাহেবশিং অদু অভোম্ম নিংথৌনা মভোন্দা শিন্নরম্মি হায়বসি মাস্নু য়াই, তৌইগুম্বস্নুং অতুম ওইনমক সাখি অসিনা হায়রি, মাতুদি যুবরাজগা, থাঙ্গালগা তোপগারোত্তা অফিসারশিং অদুবু হাৎপগী মরমদা ব্রা ভাংনবা মতম অতুদা সাখি অসিদি করিগুম্বা অকিবগী মশক ওইরবা থোদোক থোক্লরগনি হায়বা উরতুনা মাগী লৈফম তান্না তুম্মুগে হায়রতুনা চৎখ্রে অমস্নুং মতুং স্নুমিৎকী অয়ুক ফাওবা সাহেব শাংপগী মরমদা করি অমত্তা ভাখিদে। সাখি অসিনস্নু হায়রি মাতুদী মানা M. Grimwood কী মশা অদু শিরি মনাক্তা উবা লৈতে অমস্নুং মতৌ করম্না হাৎখিবগে হায়বা অদুস্নু থংবা লৈতে।

### উশবগী জবানঃ-

অহানবা বন্দি উশবগী জবান্দি অনৌবা মরোল অমা থোইদোকপা য়াওবা লৈতে, মথাগী অসি নত্তনা। মানা মীহাৎপাশিংগী মথুত্তা সাহেবশিং অসিবু পিথোকপা মতম অদুদা মথোয় অসি হাংকদোরিবনি হায়বসি মানা থংলমই।

গী হাংপগী মখুত্তা মখোইবু পিথোকলুবদি থাঙ্গাল জেনেরেলগী থংদগীনি। মানা হায় মমাংগি থোথোক অমদা থাঙ্গাল জেনেরেলনা সাহেব হাংপগী দমক পিবা য়াথং অহু মানা ইনখিদে। হন্দক্তি করিগীদমক মাগী য়াথং ইল্লুবগে হায়বা অসিগী শাখি অসিনা পিরিবা মরমদি অসিনিঃ—মানা খংলমই থাঙ্গাল অসি যুবরাজগা য়ান্না চান্নবা থবক তৌই অমসুং মানা হায়বা য়াথং শোয়দনা যুবরাজনসু য়ারমগনি।

## অনিশুবা কোর্ট।

মার্চ্চগী তাং ২৪ গী অহিংদা লানবন মগুংদা তৌবা দরবার অহুদা আসামীগা বৃটিশ অফিসার শিংগা উনরম্মি। আসামীনা হায়বি মাহুদি সুমিং অহুদা থোকখিবা থোদোক অহুগী দমক মখোয় মশেল অরানা ফোংদোক্নরবগি মতুংদা আসামীনা বৃটিশ লান্মিশিংবু খুৎলাই থাও হায়ম্মি অমসুং মতুতদা কোহিমা ফাওবা য়েখায়বা লৈতনা চংহনগনি হায়রম্মি অমসুং মানা অমুকসু হায়রমই, মাহুদি মণিপুর লান্মিশিং অসি অসুপকী মতিক শাওবনা ময়াই কাখ্রে মাহুদি মহাক মশামক্না মখোয়বু লাকচবা ঙমদ্রে।

হায়নরিবা রারোল অপুন্বা অহু চিফ কমিশনারনা য়াদ্রবহুদা দরবার অহু কাইরে। আসামীসু তোপগারোতলোমদা চংখরে। বৃটিশ অফিসারশিং অহুবু অতোপ্পা মাইকৈলোমদা মখোয়না থোকপা চংচখিনবা থম্বিরম্মে। হৌজিক কালগী চংনবিগী মতুং ইন্না ব্যবহার থোক্তবা অমসুং মণিপুরগী হৌনবিসু কাইরবা

অসিগুম্বা সাজং অসিনা থংনববু বৃটিশ রিপ্রেজেন্টেটিভ অদুগী মথক্তা য়াম্না তুকচনা শাগরে হায়বসি তাকই।

হায়না ময়াই কাহুনা লৈরিবা মীয়াম অদু যুবরাজগী মতৌ ঙাদুনা অমুক হেনগলক্তুনা অফিসারশিং অদুগী মথক্তা হৌরক্লে অমসুং হাংলো হাংলো হায়না থাং, তা নোংমৈ, শাঙ্গন্নচিংবগা লোয়ননা হোৎচিন্নরক্লে। অফিসার অমদি খর শোক্লমই অমসুং অঙোম নিংথৌনা হোংনহনা অফিসারশিং অদু দরবার হোলগী শিরিদা আশ্রয় লৌহনলমই।

মিঃ গ্রিমুউডকি কম্পাউন অদুগী থোং হেক চংবা মক্তদা তানা থিন্দুনা শিরি মখাদা তারমই অমসুং মফম অদুদা অদু-মক শিরে। লাওনরকপা মীনিল অদু তাহুনা আসামী অমুক হুল্লক্লমই অমসুং ইরায় লায়না মীয়াম অদুবু তাহোক্লমই। মাসিমক্কা মীয়াম অদুগী মথক্তা মংগী কয়ামুক তৌবা ওম্বা পাঙ্গন লৈবগে হায়বা অকনবা প্রমাণ অমা ওইরে। মাহু-দদি মানা অঙোম নিংথৌবু অফিসারশিং অদু শংনবা থনম্নগা চংখ্রে। অফিসারশিং অদুগী মরক্তগি মহাক্কী চান্নরবা মরূপনি হায়রিবা মিঃ গ্রিমুডকী অসিবা মশা অদুনা শিরি মখাদা তাহুনা লৈরিবা অদু উনা উনা অমসুং লৈহৌরিবা সাহেব অতৈ অদুগী মথন্নাইসু মাংবা য়ারবগী ফিবমদা লৈরে হায়বা খংনা খংনা মানা মখোয়গী খুদোং থিদনবা অনৌবা উপায় অমা তৌবি-রমদে। অফিসারশিং অদুনা মখোয়গী তাম্বুরদা য়ৈখায় থিঙ্গায়বা লৈতনা লৈবা য়ানবা অমত্তা তোংনবিরমদে। মহাক্কা মাহু হোৎনবিরমদবদি মতম অদুদা য়াম্না কম্না নোংমৈ কাপ্পরম্বা মতম অদুনা ঙমদবনি হায়, তৌইগুম্বসুং নোংয়াই য়ৌদ্রিবা

অস্থম তৌরিবৈঁদা শাওবনা ময়াই কারবা মী কাংবু অমা মাইকৈ মরিমক্তা তিল্লরে। সেনাপতিনা মহাক্কী বেঙ্গুল ওয়ালাশিং অহুদা তুমিন্না লৈঙ্গন্নবগী দমক য়াথং পিরমই, তৌইগুম্বসুং করিমত্তা কান্নাখিদ্রে। মিয়াম অহুদি মখোইগী পুরান্নচিংবা লাইরিক্তা ইরিবা মণিপুরদা অসিগুম্বা অচৌবা লানফম অমা থোক্লরগনি মাহুদিঃ—য়েকনবারোমদগী মী মঙাখক্কী ঈ অহু করিগুম্বা লাইদা কৎথোকতুনা মখোইগী মকোকনা লাংখোং অমদা ফুমজিনদ্রিবা মথৈ লান ঙম্মরোইদবনি হায়বা অহুগী থাজবা অহুনা থুহুম চন্দ্রনা নোমনরিবা ঙাক্তনি। সেনাপতিনা মখোইবু চৎনরো হায়হুনা য়াথং পিরকপা কান্দুদা মখোই থরনা খুমলকই, নংগী নরমগী দমক্তা ঐখোইগী ইথরাই মাংনরিবনী অমসুং তৌরিবা লান অসিগী মরুস্থু নংনি। নংনা অমুক হন্না ঐখোইবু থিংলবদি নংবুস্থু হাৎলগনি। অহুদগী চিক অহুনা হল্লগে হায়রমই। অহুদা সেনাপতিনা লামথাংদা থোক্কদবা অন্নাবহু মঙোন্দা তাকপিরমই অমসুং মখোইগী কাংবু অহুবু কোম্পুং থাদোক্তুনা চত্তনবগী দমক হন্না হন্না হায়রমই।

## অমৃতবাজার পত্রিকা ৪। ৭। ১৮৯১ ইং।

অহানবা কোর্টকী রায়ঃ–

আসামীনা মাগী মথক্তা বিলাট মহারাণীগী বিরুদ্ধদা লান তৌনবগী দমক রা কৎলিবা অসিদা মাগী মরাল লৈতে হায়না লাওজে; মাবু ফাধা লাকপা ব্রিটিশ লাম্মিগী মথক্তা নোংমৈ কাপ্পি হায়বহুদি মহাকস্থু য়ারি। মানা হায়রি মহারাণীগী মথক্তা

লান তৌগে হায়দুনা তৌববদি নত্তে নতোমগী মশা কঞ্জনবগী দমক তৌরকনি।

মণিপুর দরবারনা নিংবদি ইণ্ডিয়া গভর্ণমেণ্টকী মখোয়না য়ামিংদবা করিগুম্বা ওরডার লাক্লবদি মাতু মপাঙ্গন্না খিংগে হায়বা অসিনি। মাসিগী অওইবা প্রমাণদি, ঐখোইনা শাসন কর্তাগী কেরাণী ওইরিবা বামাচর মুখাৰ্জ্জীদগী যংই। মানা হায়, লান ঙাকনবগী অমসুং লান তানবগী থৌবাং অসি চিফ কমিশনারনা থুংলবগী মমাং থা অমা নৈসিরিডৈদগী তৌরক্লবনি।

নিংথৌ খুবম্ থাদোকখ্রবা হান্না ওইরম্বা মণিপুব মহারাজনা আসাম চিফ কমিশনারগা লোইনদুনা কোহিমাদগী মণিপুররোমদা লাকলে হায়বা পাও অসি মণিপুব দরবারনা তাবমই। আসামীনসু নৈপাক ঙাকনবগী দমক লানগী থৌবাং তৌরমই হায়বসি য়াদবা তৌবে। লাকলিবা অদু থিংনবা মণিপুর সিফাই ১০০০ মাও থানাদা থাব তারে হায়না লেপনদুনা থমখিবা সভা অদুগী মকোক আসামীনা ওইরমই! হান্না পালম্বা মহারাজ অদু চিফ কমিশনারগা লোয়নরক্কে হায়বা টেলিগ্রাফগী পাও অমা তাবদগী, অমুম্না ইণ্ডিয়া গবর্ণমেণ্টবু থিংগনি হায়না ইচং, থৌনা হোৎনরম্বা অসি তোকনখি।

চিফ কমিশনারগা মার্চ্চগী তাং ২৯ দা শেকমায়দা থুংঙবা মুমিৎ অদুদগী হৌনা তাং ২৩ মার্চ্চগী অহিং ফাওবনা থোকখিবা থৌথোকশিং ঐখোয়না খন্দুনা য়েংগা য়াই। হায়রিবা থৌথোকশিং অসি সাক্ষি পুমনমকনা অমসুং আসামী মশামকনা হায়বনি অমসুং মখাদগী পোইণ্ট থরসি নত্তনা অতৈদি মখোয়না য়ারবনি

১। মিঃ গ্রিমহুডকী উনবা।

২। আসামীনা নাৱা অমসুং

৩। মাহাকনা শাসন দরবারদা য়াওবা।

তাং ২১ ইং অমসুং ২৩ ইংদা আসামীনা বন্না নারদনা দরবার য়াওবা ঙমদে হায়রিবা অসি অচুম্বনি হায়না লৌবা য়াদে। হায়রিবা পুমনমক অসি চিফ কমিশনারগা উনরোইনবগী দমক্তা হায়শিন্নবা মাল্লি। আসামীনা মণিপুরগী মপান্দ মাইল খর চথোকলগা চিফ কমিশনারগা উনবদী ঙম্মন্দি অমসুং হায়রিবা কুমিৎ অক্রমকুদা শগোল ত্তোংদুনা দরবার য়াওবসু ঙম্মন্দি ; মতম খরদং হাপ্পা বাঙ্গালাগী থোঙ্গাংদা ঙায়দুনা লৈহনবদগী ময়ুম হানখিবনি।

মহাকপু ফাগদৌরে হায়দুনা মাগী চিংনবা অমা পোকলমই মাসিগী ঐথোয়না ফংবা প্রমাণদি চিফ কমিশনারনা আসামীবু ফাগে নিংই হায়বসি মতম খরগী মমাংদগী মণিপুরদা থাইনা ঙাংনরমই অমসুং অসামী অসি তাং ১৩ ইংগী সুংথিলগী শাসন দরবার য়াওবা ঙম্মগদবনি অমসুং তাং ২৪ ইংগা এটেক অতুদা থোনা ফাবা শরুক অমা লৌরন্দি হায়বসিগী অতোপ্পা প্রমাণশু লৈরি।

অনিশুবা সাক্ষি:—বাবু রামাচরণ মুখাৰ্জীনা হায়, গবর্ণমেন্টকী ওরডারশিংগী মরমদা থন্নবা তাং ২৩ ইং মার্চ্চগী সুংথিনগী কোন্নুংদা তৌখিবা রিজেন্ট দরবার অতুদা আসামী অসি ফাওরমই অসামীনদি য়াওদে হায়রি! অনিশুবা সাক্ষি রামাচরণনা থোয়-দোকনা পুকচেল তিংবগী মওংদা মাগী প্রমাণ পিরি অমসুং থোক্নিবা থোথোকশিং অতুগী হিরম পুমনমক য়ামনা চংখোননা নিংশিংবগী মতৌ ওইনা উই। মরম অতুনা মানা হায়বসি অচুম্বনি হায়না লৌবা য়াই। অতুদগী তাং ২৪ ইং মার্চ্চগী অয়ুক্কী রাদি অসিনি:—

মণিপুরীনা বৃটিশকী লান্মিগা তাং ২৪ গী অয়ুক অঙনবদা

নুমিৎ চুপ্পা প্োথবা লৈতনা নুমিদাং পুং ৮ লোম তাবা ফাওবা কাপ্পরমই হায়বসি বাদি পক্ষগী সাক্ষিশিংনা প্রমাণ পিরে অমসুং আসামী মশামকনসু অতুগা বিবাদি পক্ষগী সাক্ষিশিংনসু মাসি য়াবগনি। আসামী দোষ হন্থনবগী দমক হায়জরি, অহানবা বৃটিশনা কাপ্পা হোৎমই। মহাকমক্কী সাক্ষিশিংগী মরক্তগী ৩ শুবা সাক্ষি অতুতনদি কাপ্পা হোৎই হায়বসি চুম্মি হায় তৌইগুম্বসুং হায়রিবা সাক্ষি অসিদা অসুমনা হায়বা য়াবা সাক্ষি থোক্তে, মরমদি মনা হায়খ্রে, মহাক অসি তুশতুনা লৈরম্বদগী নোংমৈ মখোল তাতুনা হোৌগৎলকনি অমসুং খুদক অতুমক্তদা চেনখিবনি। অতুগা অমরোমদা ঐশোয়না ফংবা প্রমাণদি কেপ্তেন বচার লেফটনেন্ট চাটারটোন অমসুং হার্বীভার ধুপ্পাউনা হায়রি, মাতুদি বৃটিশ লান্মিশিংনা হান্না হৌরুফদে হায়বা অকনবা য়াথং অতু কাইদনা অফিসার অমিমকনা শিল্ল হায়রি। মরম অতুনা মনিপুর বোমগীনা হান্না কাপ্পা হোৌরকই হায়না মখোয়না লৌবদা করিসু পানফম থোকতে। তাং ২৪ গী হাপ্তা বাঙ্গালাদা তৌখিবা এটেক অতুদা আসামী অসি য়ামনা ইচং থৌনাগা ল্োইননা মাওরমই হায়নগী প্রমাণসু ফংই।

অমুক অঙনবদা লানবন্দগী অরাং নোংচুপ থংবা কাচিন্দা লৈবা মীশিংবু মানা মিয়েং তাতুনা লৈবা উরমমি, মণিপুরীশিংনা মহাক মক্কী ময়মদা (মতম অতুদদি বৃটিশ লান্মিশিংনা লৈরিবা) নোংমৈ কাপ্লকপা অতু হায়বিবা মফম অসিদগীনি। নুংথিলদনা নোংমৈ থম্বগী মরমদা অমসুং নোংচুপ থংবা চেকপন অতুদা নোংমৈ কাপনবা মথুল অমা শেম্বগী মরমদা মীয়েং চংতুনা লৈব উরম্মি, তৌহিবা পুমনমক অসিগী য়াথং পিবদি মহাকি অতুগা তাং ২৪ ইংগী নুংথিন্দা কাপনবা তোক্রো হায়তুনা য়াথং

ক্ষাওবা থোয়দোক্না কাপ্পবা লৈরমদে হায়বগী অওইবা প্রমাণ ঐখোয়না ফংই। অমসুং হায়রিবা দরবার অহুমক পুং ৯ তাবগী অংরাইদা ফমখিবনি হায়বগী প্রমাণসু ফংই। আসামী মশামক্কসু হায় মাগা লানবলদা যাত্রশিং অমসুং উশবাগা ওক্কবা মতমদা খোয়দোকনা কাপ্পবা তৌরমদে। হায়রিবা সাখিশিং অনিনা আসামী দরবার শংদগি চেক চৎখিবগা মাবু লানবলদা থিক্কবনি। মবম অহুনা মানা হায়রিবা অসি চুমদবনি হায়না লৌরে।

ঐখোইনা তশেংনা থংলে মাহুদি আসামীনা অফিসারশিং অহুবু খোগী মপান্দা থোকহনগে হায়নবু নিংলবদি মানা করিসু ঙমদফম লৈতে। মরমদি মহাকমক্কী মীশিং অহুনা মাগী য়াথং ইনবা অমসুং মখোইগী মথক্কা মাগী কয়ামুক চাওবা মপাঙ্গন লৈবগে হায়বগি নিংথিজবা প্রমাণ পিরে। মানা মথক্কা হায়জখ্রিবা অসিনা অচুম্বা ওইংম্নবসু অফিসারশিং অহুবু মপুং ফানা য়ৈখায় থিঙ্গায়বা লৈত্রবা তোপগার্ড মত্রগা লানবন্দা মানা পুহনা চংপদা কনানসু থিংবা ঙম্লোইদবনি।

মানা অভোম নিংখোদা চুম্নদা ঙাকশেনবদা পিরম্লগা লাম্মিশিংবু য়েংনবগী দমক চেকপনলোমদা চৎখিবা অসিনদি অফিসারশিং অসিবু মানা করিগুম্বা হাংকে নিংলমত্রবসু মাগী করিগুম্বা অনিংবা অমদি পাংগে হায়বগি মখোইবু বন্দি ওইনা থম্বানি হায়বসি ময়েক্কা তারে। আসামীনা চেকপন্দা লৈরিঙৈদা যাত্রাশিংগা উশবগা লাক্কুনা হায়রৈ মাহুদি থাঙ্গাল জেনেরেলনা মখোয়দা অফিসারশিংবু হাংলু হায়না য়াথং পিরে, তৌইগুম্বসুং মখোয়না মাগী ( আসামীগি ) য়াথং পামই। মফম

অশল্লাইদা সাখিশিং অসিনা পিবা প্রমাণ অসি থৈনবা খর য়াওই। যাত্রাশিংনা হায়, মতম অতুদা আসামীনা হায়খি। "ঐখোয় চতুনা অহল অতুগা ব্লাতান্নরুসি"। তৌইগুম্বস্নুং উশবনা হায়বদি আসামীনা মতম অতুদা হায়খি মাতুদি থাঙ্গাল জেনেরেলনা পিরিবা য়াথং অতু ইনফরোই, মহাক (আসামী) লাক্লগা হিরম অপুন্বা য়েংলগে।

আসামীনা থাঙ্গাল জেনেরেলদা অফিসারশিংবু হাংননবা য়াথং পিরুবগী দমক চৈরিভৈগী মতম অতুদা যাত্রাশিংস্থু তোপ-গারোদতা লৈরমই, তৌইগুম্বস্নুং মখোয়না ব্লা ভাংনবা লোয়বা ফাওবদি ভাইরমদ্রে। যাত্রাশিংগী মরুপ উশবনা দর-বার শংদা চৎপদা আসামীনা থঙ্গাল জেনেরেলগা তোপগারোদতা উনগে হায়না চৎপা অতু উরমই অমস্নুং পুংখাইমরুনগী মতুংদা য়েংখোয়বনা মাতুদগী (তোপগারোদতগি) লাক্তুনা হায়রমই। মাতুদি থাঙ্গাল জেনেরেলনা বৃটিশ অফিসারশিংবু মী হাৎপগী মথুক্তা পিথোকউ হায়না য়াথং পিরে। মাতুদগি মতৌকরম্না অফিসারশিং অতুবু দরবার শংদগি পুথোকখিবা অমস্নুং শা মমাংদা (dragon) হাংখিবা অসি অপুন্বা মানা লিরম্মি তৌইগুম্বস্নুং হাংপা মক্তি উদে হায়, মাতুদগি মাহাক তোপ-গার্ডদা চংখিরমই। চুম্না হংবা কান্দদি মানা (এংখোইবনা) আসামী অসি মফম অতুদা লৈরমম্লে হায়; অতুগা মুন্না হংজিন-বদা (cross examination) আসামীস্থু লৈরমই হায়। হিদাম চাওবী ১১ শুবা সাক্ষিনা উশবনা হায়বা অতু চুমই হায়না পাংশিল্লে। অতুগী মথক্তা মানা হায়বদি অফিসারশিং অতুবু মী হাৎপগী মথুক্তা পিশিল্লগা তোপগার্ডদা হল্লকপা

তমদা মানা আসামীবু থাঙ্গালগা য়া ভাংনহুনা লৈবা অহু রমই। অমস্তুং সাখি অসিনা হায়বা মতুংইন্না মীহাৎপশিংগী দার অহু মীহাৎপুংদা লৈরম্মি।

১৪ তরামরি শুবা সাখি য়েংখোইবস্তু, উশব অমস্তুং হিদাম ওবীনা অহু চুমই হায়না পাংশিল্লি অমস্তুং অহুগী মথক্তা কানবা পাণ্ড থরস্তু পিরি। মানা হায় মাহুদি থাঙ্গালনা মঙোন্দা হায়রমই "অসিগি মমাংদা যুবরাজনা মঙোন্দা সাহেবশিং অসিবু মীহাৎপগী মথক্তা পিয় হায়না য়াথং পিবামাক্তদা নংনা করিগী ইলমদ্রিবনো?" অমুক্তা মানা হায়রি মাহুদি আসামী অসিপু মতম অহুমক্তদা তুমশিন্নবগী মওংদা লৈরমই। অমস্তুং মানা হায় সাহেবশিং অহুবু মীহাৎপাশংদা পিথোক্লগা কনখিবা মতমদদি আসামী অসি তোপগার্ডতা লৈরমদ্রে। মাহাক্তি মীহাৎপবু কৌরুদে হায়না হায়। তরাশুবা সাখি মীহাৎপনা মতৌ করম তৌনা হাৎখিবগে হায়বা য়ারোল অপুন্বা হায়রে। মানা হায় যুবরাজগী য়াথং মতুং ইন্না য়েংখোইবনা মাবু কৌরবনি। মানা হায়বা অসিদগী এখোয়না ফংবা প্রমাণদি মীহাৎপগী লুচিংবদো ( সতুয়াল ) মীহাৎ পুংদা লৈরমদে।

১২ তারানিথোই শুবা শাখি মীহাৎপগী পুচিংবা (সতুয়াল) অসিনা মথক্কী অসিবু চুম্মি হায়না পাংই, অমস্তুং য়েংখোইবনা মখোয়বু কৌই হায়বসি অচুম্বনি হায়। মহাকস্তু হায়রি মীহাৎ পুংদা মহাক লৈরমদে। মণিপুব সাখি পুন্নমক্কী জবান অসি ৱর মথৈ চুমই হায়বা থংলে হায়বদি মীহাৎপা অসি নক্তনা খোইগী মরক্তা কনানস্তু হাৎপা মতমদা উরুই হায়বা য়াওদে।

মরম অদুনা মী হাৎপমদায়গী ডাহাক অদুদা থোকখ্রিবা থোথোক শিংগী মরমদা মথোয়না পিরিবা প্রমাণশিং অসি শুম্হোক্না য়ানিংদে।

যাত্রাশিংনা হায়বনা আসামীগা থাঙ্গালগা অফিসার হাৎপগী ব্রা ডাংনবা মতমদা মঙাক চথোকখিরমই। মথোয়গি দমক (অফিসারশিংগী) মানা অমুক হোৎনখিবা অমসুং মথোয়গী থৱাই কনবগী অমুক য়াম্না তৌখিবা অপুম্বা কার অমত্তা মনল্ য়াওদ্রে। অমসুং অসিগুম্বা জবান অসিদি থাঙ্গালগা আসামীগা ডাংনখিবা মানা তারুবা অপুম্বা অমুক হন্না তমনিংদবুনা তৌবা নত্তনা অতৈ করিস্নু নত্তে। আসামীনা অফিসারশিংবু হাৎননবা য়াথং পিবগী থাঙ্গালগা ব্রা ডংনগে হায়না তোপগার্ডদা হল্লক্লুপা মতমদা অমসুং জেনেরেলনা মাতুগী য়াথং পিরুবগী মরম পিনবগী মতুংদা আসামীনা ভুম্বা চংখিরমই হায়বা অসি থাজবগী মপাল থোকপা ব্রানি। মানা থাংগৈ শেংনা মাথু তৌরম্বা থেংক্লবদি মানা তৌরিবা থৱক অদুমক্তা মীহাৎপদা মাহাক য়ারে। অমসুং থাঙ্গালনা হায়বদু ইল্লে হায়বা তাক্লে। আসামীনা মশানা য়াহুনা তৌবনি অমসুং মীহাৎপশিং কৌরু হায়দুনা অনিশুবা য়াথং পিবা অদুম্বু মানা য়াদবগী থোকখিবনি হায়বসি কোর্টনা করিস্নু চিংনবা লৈত্রে অসি নকনা থাজনিংঙাই অতোপ্পা অমা লৈরমগনি হায়বসি ওইথোক্তবা ব্রানি। মন্ত্রিনা মথন্তুগী নিংবা মতুংইন্না বৃটিশ অফিসারশিংবু হাৎপগী দমক আসামীনা য়াম্না শাওদুনা তোপগার্ডদা হল্লক্লমই। আসামীনা মাগা য়েৎনৈ অমসুং মণিপুরগী মন্থুংদা মাগী মথংদা অচৌবা ওইরিবা মন্ত্রি অদুবু চৈরমই অমসুং

আম্নামীদি অফিসারশিংবু হাৎকে হায়বা করিস্থ লৈতে হায়রকই।
আসামীনা মতম খর য়েংনরগা তুমখিরমই।

মাহাক্না থাংগৈ শেংনা অফিসারশিং অতুবু হাংনিংদবা ওই-রবদি অপুক য়াম্ন মুংশি চৈতবা ওইরোইদবনি, মানা অফি-সারশিং অতুবু মাগী য়াথং য়াওদনা কনাগুম্বগি মথুক্তা পিবা য়াদে হায়না কনাগুম্বা মন্ত্রিশিংদা মনায় অমা থাদুনা তাক-খিবস্থ তৌরমদে। অতুগা মখোয়গী মপুং ফানা য়ৈথায় খিঙ্গায়বা লৈররোইদবা থোয়থোক্লস্থ লাপত্রবা গজ ৫০ রোমদা লাপ্পা লান-বন অতুদা মখোয়বু থিনজিনবিবস্থ তৌরমদে। আসামীগি থাংগৈ শেংবা য়াথং য়াওদনা উশবনা থাঙ্গালগী আহানবা য়াথং অতু ইনখিপ্রবা ওইরবদি অমস্থং আসামীগি য়ানিংদবা ভাব অতু খংলমুবদি অনিশুবা য়াথং জাকপা কান্দা আসামীস্থ তোপগার্ডতা ইনক নক্লা লৈ হায়বা ৎংনা খংনা থবক অসি তৌরম্মোয়দবনি। অতুনদি রা খর জাংনমুগা আসামীনা চৎখিবা অতু উশবনা উহৌবা অতুদা আসামীনা আহানবগী য়াথং হায়বদি, অফিসারশিংবু হাংকদ-বনি হায়বা অৎদা য়ানিংবগী ভাব শোইদনা উশবদা উংপিরম্বা তায়।

অসিদস্থ নত্তনা আহানবদা থাঙ্গালনা মন্ত্রিশিং অতুদা অফি-সারশিংবু হাৎলু হায়না য়াথং পিরম্বা অমস্থং অনিশুবদা মখোয়বু মীহাৎপগী মথুক্তা হাৎলু হায়না য়াথং পিবা অসিনদি অনিশুবা য়াথং অসি আইনগী মতুং ইনবা অমস্থং লৈপাক জাকপা অওম্বগি য়াথং ওইনা থোকপা অসিনা অনিশুবা য়াথং অসি থাঙ্গাল জেনেরেলদগী হেন্না চাওবা মীনা পিবনি হায়না লৌবদা করি থোইনা লাল্লোই। মাসিগী অচুম্বা খংবদি আসা-মীনা থাঙ্গালবু নত্রগা মীহাৎপগী মরিদা য়াওরিবা মীশিং অতুবু

থোয়দোকপা দণ্ডি পিথিদবা অসিনা মথক্তা ঐথোইনা লৌখ্রিবা অসি অচুম্বনি হায়বা তাক্লে। কোর্টনা হৌজিক চপ্‌মাননা নিংদে মাহুদি আসামীগি বিরুদ্ধদা থাংগৈ শেংনা অনিশুবা কোর্টনা প্রমাণ তৌরে। অহুম শুবা কোর্টতদি মী হাৎপা মতমদা আসামী য়াওরমদে হায়না প্রমাণ তৌই ; হায়রিবা কোর্ট অসিনা আসামীগি থোয়দোকপা দোষ ফংদে।

মতৌ অম্হুম তৌনা বিচার লোয়রগা কুলচন্দ্র মহারাজবু মনায় খরগা লোয়ননা হাজারিবাক্তা বন্দি থমখ্রে, টিকেন্দ্রজিৎ অমস্তুং থাঙ্গাল অনিনা অঙাং ওলহনখ্রে।

শ্রীযুক্ত কূলচন্দ্র মহারাজগী স্না হাক্তক অসি ফাওবা মমাং-ঙৈদা মপুখৌ পাখংবগী হাক্তকগি চৎনরকপা শেল মখায় মথক্তা নাগ্‌রি ময়েক শ্রী অমস্তুং নিংথৌগী মমিং ইবা অহু হৌজিক চৎনখিদ্রে।

মথক্তা হায়রিবা শেল মখায় অসিনা চংলম্বা মরোল অমস্তুং মশিং থিবনচিংবা মখাদা ইরি।

শেল মখায় অনিনা শেল অমা (১)
" " ৪ " " য়াঙ্খৈ (৫০)
" " ৮ " " চামা (১০০)

শেল মখায় নিপালনা শাবা শেল চাম অসিগুম্বা তারানা শেল লিশিং অমা (১০০০)।

শেল লিশিং অসি মঙানা লুপা অমা শায়, মতৌ অস্তুম্না চৎনরমই।

## পন্দুপ ১৫ শুবা।

### শ্রীযুক্ত চূড়াচান্দসিংহ (হুয়েন লাংজন ফাবা)।

—:(০):—

শ্রীযুক্ত চূড়াচান্দ মহারাজনা শকাব্দ ১৮১৩ শুবদা নিংথৌ ওইতুনা পাল্লে। মহারাজগী স্নাহাক্তক্তা থোকখিবা লানঃ— অৱাং নোংপোক্কী ওমখৈদা লৈবা হাওখুন্না লান হৌরক্তুনা, চূড়াসিংহ জমান্দারনাচিংবা অমস্তুং সরকারগী তেঙ্গোলগা লোইননা লান চংলে। লান অদু ওম্নতুনা ইং-শক ১৯০৪ শুবদা হাওশিং অদু নমতুনা ফারে।

অদুগী মতুং থরা লৈরগা মাপকী হাওখুন্না অমুক লান হৌরক্লে। মাতুদা মণিপুর এসিষ্টেন্ট সুপারিন্টেণ্ডেন্ট মিঃ ডুলবকা অমস্তুং লাইশ্রম চূড়াসিং জমান্দারগা অনি অসিনা মৈতৈ সিফাই থর পুতুনা হাওশিং অদু থুগাইতুনা নিংথৌ ফারে। ইং ১৯০৪ মতুংদা অমুক মথোয়বু থেমজিন্দুনা নিংথৌ হাপ্লিরম্লে।

ইং ১৯০৫ শুবদা কর্ণেল শেক্সপিয়ার অমস্তুং মাইবম তাম্রসিং মৈতৈ সিফাইগা লোয়নতুনা খোইরাও হাপখুন মৈ থাবা।

ইং ১৯১১ শুবদা কর্ণেল সেক্সপিয়ারগা হিগিনগা লোইনতুনা সোমরা হাওখুন মৈথাবা মৈতৈ সিফায়গা

ইং শক ১৯১০ দা মহারাজনা ধন মঞ্জরী ভাংবী মহারাণীগা

লোয়নতুনা চারিধাম লেংবাঃ—অহানবা শ্রীধাম নবদ্বীপ, কাশী, প্রয়াগ, অমসুং বৃন্দাবন অতুদগি হরিদ্বার, রামেশ্বর, (সেতুবন্ধ) দ্বারিকা. পুরি ( জগন্নাথ ক্ষেত্র ) অতুদগি আস'মগী মিশমি আবরগী চিংখোংদা পশুরাম কুণ্ড স্নান তৌরগা মণিপুর স্না কোন্নং তান্না লেংডক্লে। পশ্চিমগী পণ্ডিতশিংনা শ্রীগোবিন্দগী সেবা নিংথিন। তৌই, লাই য়াম্না নিংই অমসুং তীর্থ য়াম্না লেংই হায়তুনা ভক্তরাজর্ষি শ্রীকুণ্ডসেবা বিনোদ হায়বা মীং অসি খোল্লমই।

চারিধাম লেংবগী থোগল ইনগা ১। বিলমাধব শর্ম্মা পণ্ডিত ২। মাইবম তাম্রসিংহ ৩। থাবল মচা শর্ম্মা ৪। ভুবনসিংহ মেম্বর ৫। নেনেসিংহ মেম্বর ৬। শামাচরণসিংহ মেম্বর অসিনচিংবা।

মাতুগি মতুং খর লৈরগা ইং শক ১৯১২ দা ইউরোপিয়ান শিংনা মণিপুর অসি শগোল কাংজৈ য়াম্না হৈ হায়বসি তারতুনা মহারাজদা কাংজৈ শিংলক্লে। মহারাজ ঐখোয়সু জিলাদা ( শিলচর ) লৈরমগে মহারাজসু জিলাদা অমুক্তা লেংবিরকউ মুগুাইনা শগোল কাংজৈ অমুক্তা শান্নসি হায়তুনা চিঠি পিরকলে। মাতু তাবদা মহারাজনা স্না পুকনিংদা য়ারতুনা কাংজৈরোয় থরনে, প্রেসিডেন্ট মিষ্টার হিগিন, মিষ্টার বেলকি, অমসুং মৈতৈগী লুচিংবা সোগাইজাম্বা ভুবনসিং মেম্বরনা ওইতুনা মথক্তা হায়খ্রিবা পুন্নমক অসিগা লোইনতুনা শ্রীযুক্ত মহারাজ চূড়াচান্দ্রসিংহনা জিলাদা লেংই। জিলাদা মেম্নে সাহেবনে লিশিং অমরোম লৈরমলে মহারাজসু জিলাদা থুংলতুনা য়া ঙাংনরে অতগী মতুংদা শগোল কাংজৈ শান্নরে। মহারাজনা কাংজৈ থোইরে, মাতুদা মেম অমসুং সাহেবশিংনা মহারাজবু

ইকোগ কোয়শিন্দুনা য়াম্না থাগৎখি। মহারাজনা স্নাপুকনিং হুঙাইনা মনাহ ময়ামগা লোইননা মণিপুর স্না কোন্নুংদা লংঙক্লে।

ইং ১৯১১ শুবদা মহারাজনা আবর লানগীদমক কুলি থাহনা লান শাংবা হৌবে।

অহুগী মতুং খর লৈরগা আবর মিশমিগা সরকারগা লান শাক্লরে হায়বা আস মহারাজনা তারহুনা সদিয়া অমস্নুং পাসিঘাট অসি ব্রিটশকী মতেং পাংহুনা ঙাক্লবগী দমক সিফাই থারে। অহানবগী তেঙ্গোলদা লাইশ্রম চুড়াসিং সুবিদার অমস্নুং মাঙ্গ্যা জমান্দার অনি আসনা লুচিংই। অনিশুবা তেঙ্গোলদা নিংথৌজাম্বা সুবিদার, হুইদ্রোম্বা জমান্দার, মুতুম্বা পিতাম্বর জমান্দার অসিনা লুচিংই। ইংশোক ১৯১৫ দা।

অহুগ মতুং খর লৈরগা খৃঃ ১৯১৬ গি মনুংদা ব্রিটিশগা জর্মনগা লান অচৌবা অমা (গ্রেটৱার) তৌরে হায়বা তারহুনা মহারাজনা স্না হকচাংমক চোংথোক্তুনা ঐস্নু লান য়াঙগান হায়হুনা আবরদা চংখিবা তেঙ্গোল কৌথোক্লে। অহুদগি মহারাজনা অমুক তেঙ্গোল শেমহুদা গ্রেটৱার খৃঃ ১৯১৬ দা মণিপুব লাম্মি থারে। অহানবদা মৈতৈ তেঙ্গোলগি লুচিংবা কেপ্টেন বেলকি, চূড়াসিং সুবিদার, তোম্বী সুবিদার; চিংথা জমান্দার থিংগোম চূড়া জমান্দার মখোয় অসিনাচিংবা তেঙ্গোল অমা মেসপোটেমিয়া তান্না থাখ্রে। অনিশুবা—নিংথৌজাম্বা সুবিডার, সরোখাইবম অঙৌ জমান্দার, যাত্রাসিং জমান্দর, তলেন জমান্দার অসিনাচিংবা তেঙ্গোলনা লেন্সডাউণ্ড (ডিপোট) দা থারে। অহুম শুবা তেঙ্গোলদি লেবারকোশনি—লুচিংবদি কর্ণেল কোল; কেপ্টেন জেফরি লেপ্টেনেন্ট ডরৱাড, বাঙ্গালী গগণ

চন্দ্রদে সুবিদার, খরাইরাকপম নবকিশোর জমাদ্দার; আথাম মাধবসিং ক্লার্ক নেপ্রম গোলাপসিংহ ক্লার্ক, জয়সুরস্রে রাজকুমার ক্লার্ক অসিনাচিংবা তেঙ্গোল অমনা ফ্রান্সদা থারে।

অসুম তৌরিঙৈ মতম অসিদা মণিপুরগী চিং অকোয়বদা লৈরিবা হাওশিংনা ইংশোক ১৯১৭ শুবদা চিঙাথম স্না চা[illegible] লুচিংহনা নোংপোক্তা চশাংনিংথৌ, তোংহুনিংথৌ, চি .খনি[illegible] নোংচুপ্তা তামেলোং, থাঙ্গাল, লাইমতোন, খাদা মোঃ ডাম্পী নিংথৌ অমসুং চিঙ্গুংহুংকী হাওশিং পূম্নমক অসিনা লোয়নহুনা লান হৌরকলে।

লান হৌরকক্লিবা খোজাইশিং অসিগী জাংতি থা[illegible]. শিমলোন হাওকিপ অমসুং দোঙ্গেল অসিনি।

মাহুদা শ্রীযুক্ত চূড়াচান্দ মহারাজনা শাওরহুন্দা চিংগী হাওশিং অসি মতৌ করম ভৌহুনা ৱারকসিগে হায়হুনা মখাদা হায়রিবা মফমশিং অসিদা অঙাং, লুপী. শন, ব্রাহ্মণ অসিনা চিংবা ভাকননবগী দমক লাম্মি থাহুনা তেঙ্গোল অমমম্ শেম্লে — মাহুদি মাক্লং, ইরেংবম, বিষ্ণুপুর, নিংথৌখোং, মোইরাং, শুগ্নু, হৈরোক, থোংজাও অমসুং তেংনৌবল অসিনা চিংবা। অহুগা তেংনৌবন্দদি মতম খবদং কাপ্লরমই।

শ্রীযুক্ত চূড়াচান্দ মহারাজনা অৱাংভামে হাওগা মৈতৈ তেঙ্গোলগা লোয়নহুনা ইহান হানবদা মোইরাং তাম্না লেংই মাহুদগী সাগাং তাহুনা ওকশোংবুঙ লেংই অহুগা ওকশোংবুঙদগি ভানপী তাম্না লেংহুনা হাওশিংগা লান কাপ্লরে। মহারাজনা লান ওম্নহুনা হাওশিং পূম্নমক কায়হুনা চেনখরে। মহারাজমু লাম্মিগা লোয়ননা স্নাকোম্নুং তাম্না স্নাখোংলেংলক্লে।

তানগী লানগী থোগন ইনবা ভাস্কর রাজকুমার, অ্যাং দরেন্দ্রসিংহ, রাইথা সুবিদার অসিনাচিংবা।

হাওরান্দা হাওশিংগী লুচিংঙম্বা চিঙাখম সনাচাওবা ( মৈতৈ নিপা অমা ) অসি কবোদা চেনখ্রে হায়বা তারক্লনা মণিপুরগী প্রেসিডেন্ট মিষ্টার হিগিন সাহেবনা শুগুদগী তান্নবা অ কবোদা নমক্লনা ফারে অতগা মাকোমুং তাম্না পুরক্ল।

হাওশিং অসিগা মা চাওবগা মতিক থোক মথরাইমক্তি হাংপিখিদে।

হাওরান লোয়বগা জর্ম্মনগী গ্রেটরারস্ বা তেঙ্গোল পুম্নমক মণিপুরদা থুংলরে। তৌরিবা পুম্নমক অসিদা য়ামনা পেল (কমাণ্ডার ওফ ব্রিটিশ এম্পায়ার) হায়বা উপাধি লোয়ননা তকমান অনিগা ফংলে। অতগা মহারাজ হায়বা উং অসিদি মহারাজগী মচাইবুংতো মগুইবুংতোনা নিংথৌ ওইরবা ফংবা য়ারে হায়না পিরে। তকমান অনি অসিগী মমুংদা মরম অনি থোকনা থাইরি মাগদি জেনেরেল সার্টিশশী অমা রারসাবিশ অমা।

ইংশোক ১৯২২ শুবদা হাইলাকান্দিদা প্রজাশিংনা বৃটিশবী মথক্তা বিদ্রোহ তৌবকপা অসি মহারাজনা তারক্লনা সিফাই থাক্লনা বৃটিশকী মতেং পাংই। তেঙ্গোল অমনা খিঙ্গোম চূড়া জমান্দাবনা লুচিংক্লনা বদরপুরদা ভাকই অতগা তেঙ্গোল অমনা তোম্বি সুবিদার, অভো জমাদারগনা লুচিংক্লনা শিলচরদা ভাকই। মতৌ অমুম তৌনা মতম থর নৈরুরগা প্রজাশিং অদু ইংথনরবা মতুংদা হায়রিবা লান্মিশিং অসি মণিপুরদা হল্লক্লনা মহারাজদা হঙ্গংখি।

তৈ শ্রীযুক্ত চূড়াচান্দ মহারাজনা মণিপুরগী প্রজা অপুম্বা হায়-মাচি- মৈতৈ, মুসলমান, হাও অসিনাচিংবা প্রজা পুম্নমক খনিবু ইচা মিচা থাইদনা শাসন চপ মান্নবা তৌই হায়বগি দমক
ৰকার বাহাদুরনা কে, সি, এস. আই, (নাইট কমাণ্ডার লৈ দি ষ্টার ওফ ইণ্ডিয়া) হায়বা উপাধি অসিসু পিরে।
লুচিংবনা লোং চূড়াচান্দ মহারাজনা পোলো, ক্রিকেট অমসুং নোংচুপ্তা তামেবো শান্নবগী মরমদসু য়াম্না ফজে অমা ডাম্পী নিংথৌ অমান য়াম্না ফংই। অতুগা হৌজিক অচৌ জোয়নজুনা লান সদসু শান্নবগা দমক মপোং মচৈ চেনবিদ্রন লান হৌরকৌরকানিব। অঙাংশিং অসিবু ইতং তত্তনা, লজ, শিমলোন য়ুগা মরমদা চাওখংনবগা দমক য়ামনা পুকা উংপিরি।
হাওয়াগাক্তক অসিদা লাইরিক লাইসু তম্বা, ফি রোল্লা শাবা, ম্ন শাবা, কোন নৈয়বা, য়োৎ সুবা, উ সুবা, চেকশাবা অসিন চিংবা য়ামনা চাওখৎলি, অতুগা গৌহাটী, অবো (ব্রহ্মা) কাছাড়, ত্রিপুরা, শ্রীধাম নবদ্বীপ, বৃন্দাবন অসিনাচিংবা পুম্নমক অসিগী অশেং অমাংগী মরমদা মহারাজ স্যার চূড়াচান্দসিংহন ৱায়েল্লি।

শ্রীধাম বৃন্দাবন রাধাকুণ্ডদা মহারাজনা মন্দির অমা কংলি মন্দির অতুগী মমিংদি গোপালজী কুঞ্জ হায়না খংনৈ। হায় রিবা মন্দির অসিদা ইংলোক ১৯৩২ দা মেরা থাগী পূর্ণিমাদ (ৱাফুকপা) দা মহারাস অমা কৎলি। মতৌ অসি উবদ রাজপুতনাগী সাধুসিংনা মাধবচার্য্য ধর্ম্ম অসি খল্লাইদগি হেন্ন চোকশিন্না চৎলি হায়দুনা থাগৎখি। অতুগা শ্রীধাম নবদ্বীপতাং